বধিল বহুল মৃগ রাজা সেই কালে।
বাণ সন্ধি এক মৃগ বুকেতে হানিলে ।।
পালাইয়া গেল মৃগ রাজা ধায়ে পাছে।
একারাজা ধায়ে সেনা নাপাইল পিছে।।
মৃগনাহি পায়ে রাজা তৃষ্ণায় কাতর।
জল অন্বেসন করি অরণ্য ভিতর ।। ৬ ।।
কতদুরে শুনিরাজা জলচর সব্দ।
জলাসয় আসে বোলি শুনিপক্ষি সব্দ।।
জন্তুর গমণ কৈল সব্দ অনুছাড়।
তাতে আছে সরুবর অতি মনুহর।।
পদ্ম উৎপন্ন ফুটে গন্ধে সুশিতল।
দেখিরাজা জলপাণ তখনে করিল।।
একবট বৃক্ষতলে বিশ্রাম করিল।
অশ্ববান্ধি বৃক্ষমুলে শয়ন করিল ।। ৭ ।।
কাছেরাখি অস্ত্রগণ ঘোরনিদ্রা গেল।
মন্দমন্দ বহে বায়ু শরির সিতল।।
বীজন সমান পত্র চালন তখণ।
কিছুনাহি জানে রাজা নিদ্রাপরবিণ।।
হেণ কালে প্রেত বাহ নাম এক প্রেত।
তারশাত প্রেত আসি তথা উপস্থিত।।
তাহার শরির অস্থি চর্ম্মসিয়া খান।
ভোক পেয় অন্বেষণ করিলা এমন ।। ৮ ।।
উতি ইতি করিসবে সঙ্গ কুলাহল।।
সব্দশুনি মহারাজা তখণে জাগিল।।
অপরূপ দেখিরাজা ধনুর্ব্বান জোড়ে।
অগ্রভাগে রহে যেণ প্রেতের আকারে।।
নিচল হইয়া দেখি রাজা জিজ্ঞাছিল।
তুমি কুনজন মোরে কহয়ে সকল।।
প্রেত কহে মহাজন তোমারে দেখিয়া।
প্রেত ভাবে দুরহৈল সংভাব হইয়া। ৯।
রাজাকহে ঘুরবনে বিকৃত আকার।
কেনবা হইল তুম্রা কহত আমার।
অগ্নি স্বর্প গৃদ্ধিকাদি অতি ভয়ানক।
কম্পিত হৃদয় মম ভয় পাইলেক ।।
প্রেতকহে সংস্কার শ্রাদ্ধ তর্পণাদি।
সরির উৎপত্তলাগি আর স্বপিণ্ডাদি।।

---

অদু পুণসিনলগা লুংডাইনা পোৎথাই তুম্মী ।। ৭ ।। মনাক্ত খুৎলাই অদু থম্নগা তুবদা লুংশিৎনা রিরি শিৎপণা হুমাই গুম্বা ঈংঙনা অহুম তুমথরে। মতম অদুদা বাহ কৌবা প্রেত ১ মচা মনাই ১০০ পুহৃণা লাকই মাগী মশাদু সরুদা উস্তনা কূপই, মপুক য়াংদা পকই চয়ামনৈ ।। ৮ ।। নাকয়েৎ য়েংহুনা লাও খোংহুনা লাকই। মখোন অহনা নিংখৌ মীকপ খোক্লুনা হৌগংলে, ময়াম অদু উবদা লিরুংতেন খুৎলাই পাইয়ে, লিরি খিংডি তেক্পা খোংডি অদু উবদা প্রেত চেন্দে ময়োক্ল লেপ্তুণা লৈয়ে। অদু উবদা নিংখৌনা হংডি নখোই কনানো। প্রেতণা হাই হে মহাশয় নং উবদা জ্ঞানতারে ।। ৯ ।। নিংখৌনা অমুক হংডি অশুকপা বন অসিদা নশক নতৌ অশুক থীনা চাব কংদবা ওইনা লৈবা নখোই অসি কনানো। মৈ, লুংশিং লৌরাচিংবা অকিবা পোৎশক কয়াদগী নখোইনা হেন্না কিবাকরিননো। বাহ প্রেতর্না হাই মহাশয় ঐখোইগী রা হাইগে তারো। গুরুজনগী শ্রাদ্ধ তর্পণ, দশাংগী পীণ্ড ১০ কৎত্রবা, চিনচাক্ত য়ুথকপা মীবু থাজহল্লগা হাৎপা, হুরানবা, মা হুবা ।। ১০ ।। মখোইদ অপমৃত্যু লনথাংদা শিয়ে। অসিব শোক্লগা শেংদোক্তবা, পাপ কর্ম্ম তৌবা, তৌহৈদবা কর্ম্ম তৌরুরগা প্রায়চিৎ তৌদবা অদুম্বা জীবদো চাব কংবা হৌনদে অহনা মরম ওইহুনা রারিবনি হে মহাশয়। অসিবনা স্বর্গ কানবা কর্ম্ম তৌদবা, মমা মপা মচু মচা

এইক'র্য্য নাকরিলে আর সুরাপাণ।
বিশ্বাস ঘাটক আর চৌর করি স্বর্ণ ॥ ১০ ॥
অবমৃত্যু হয়ে মরি আর উপক্রণ।
অসৌচ পরস মৃত্যু আর কর্ম্ম পাপ ॥
প্রায়শ্চিত্ত নাকরিলে অগম্য গামিরে।
দুষ্কর্ম্মের ফল জীব খাদ্য নাহি পারে ॥
তার হেতু কষ্টপায় শুনহ রাজন।
স্বর্গলাভ হেতু কর্ম্ম নাকরে যেজন ॥
মাতা পিতা পুত্রবন্ধু নাহিক তাহার।
স্বর্গলাভ কুনকালে নাহিক তাহার ॥ ১১ ॥
প্রেতপায় তারাসব এমত লক্ষণ।
শুন রাজা তারলাগি মুক্তির কারন ॥
কিবা পুত্র পৌত্র বন্ধু তারকর্ম্ম করি।
তারাসব পরলোকে মহাসুখ করি ॥
মুক্ত হয়া মহারাজা স্বর্গেতে গমণ।
পুত্র ভার্য্যা ধন বান্ধবাদি জত জন।
কারসঙ্গে নাহিলয়ে পাপ পুণ্য মাত্র।
সঙ্গ করি লয়াজাবে মরণ কালেত ॥ ১২ ॥

অসার শরির এই শ্মসানেতে বাস।
ধনরত্ন বন্ধুসব সকল বিনাস ॥
বিশ্বাস নাকর সব অনর্থ সকল।
নেত্রমুদি নাহিকার সমন সকল।
অতএব মহারাজা নিজ হিত করি।
রাজাকহে কুন হেতু কৃষ দেহ করি ॥
প্রেতরাজা কহে মোরা জানাই আপণ।
পুর্ব্বের বৃত্তান্ত কহি তার তত্ত্ব শুন ॥ ১৩ ॥
বৈদেশ নগরে নাম আছিল আমার।
নানাসুখ ধনবাণ পরম সুন্দর ॥
নানাপুণ্য জনাবৃত নানাপুষ্প ফুটে।
সর্ব্বসুখ সমাবৃত সম্পদ রহুতে ॥
সেই দেশে রহি আমি জন্মে বৈসজাতি।
সুদেব আমার নাম দেবর্চ্চন রতি ॥
হব্য আমি দেবার্চ্চনে কব্য পিতৃ পুজে।
নানাদান করি আমি ব্রাহ্মণের পুজে ॥ ১৪ ॥
দিনজনে পালি আমি অতিথি সেবন।
আহার সম্পতি আমি সকল সম্পূর্ণ ॥

---

মচিন মনাও লৈতবনা কর্ম্ম তৌরবদি স্বর্গ কংবা হৌনদে ॥ ১১ ॥ প্রেত ওইনা পোকুনা তৌরিবা ঐখোই অসিনী। অদুগা হে মহারাজ মুক্তি'গী মরম হাইগে, মচানা মশুনা মরুপ মপাংণাচিংবা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌরিবদো শিত্রিবসু স্বর্গ কাই, কর্ম্ম তৌ'রবসু স্বর্গ কাই। অদুগা মমা মচা মচিন মন ও শিবদা কনা লোইনদে মানা তৌবা কর্ম্মতগা লোইনবনী ॥ ১২ ॥ মচি লৈত্রবা সংসাংরনি সনা রুপা মনি মুক্তা অনেম্বনী লেংদবনী হাইনা থাজফম থোক্কে প্রমাণদি হৌজিক মীৎ উইশিনলগা করি উবগে। অদুগুম্বনী মরম অসিনা ঐ হাইবা অসিদি ঐনা ফনবা শেমগদবনী। নিংথৌনা হে প্রেত নংনা কয়াং কংলিবা অসি কারিগীনো প্রেতন মহারাজ মাগী মরম হাইগে ॥ ১৩ ॥ মপোক ১দা বৈদেশ নগরদা পোকলনই দেশ অদো য়াম্না ফজে সুংতাঈ মশুন লৈ মী থুদিং পুণ্য চোম্ল লৈপাণ লৈপাণ কজনা হৌই। ইনাক থুনব বৈভব সম্পদি চাওবা য়ামনা লৈরে। অদুগুম্বা দেশদা বৈস জাতিদা সুদেব কৌদুনা পোকলদুনা লাইনিংতি যজ্ঞ হোম কৎলি, পিতৃ মাতৃ পুজা তৌই ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুজা তৌই ॥ ১৪ ॥ অতোনবদা দান তৌই, অতিথি পুজা তৌই, ঐ চংসে লাইরদে মতিক চানা লৈজে ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পেলক-লৈজে অদুদা ঐগী অরহেংপেদি ইচা, ঐগী মী কনা লৈরদদুনা, ঐনা শিরবদা, দশাহ পীণ্ডদান শ্রাদ্ধ কর্ম্ম বৈশগী ত্রিপক্ষ মাসিক

ব্রাহ্মণ সকল তুষ্ট আর সাধু জন।
কিন্তু মোর কর্ম্ম সর্ব্ব বিফল হয়েব॥
পুত্র আর বান্ধবাদি কিছু নাহি রয়।
শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নাকরিলে শুন মহাশয়॥
একাদশাহে সপিণ্ডিক শ্রাদ্ধ নাহিকরে।
ত্রিপক্ষ মাসিক বৎসরিক শ্রাদ্ধ আরে॥ ১৫॥
শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নাকরিলে সেহেতু প্রেততে।
ষড়ৃষি দানাদি কিছু নাহিক আমাতে॥
এই হেতু মহারাজা আমার উদ্ধার।
রাজা হৈল বর্ণগণে বন্ধু হই যার॥
আমার উদ্ধার কার্য্য কর মহারাজ।
এই হেতু মনি এক দিব মহারাজ॥
তাহাকরি সেই ভাগ করোক আপনি।
নাকরিবে পিণ্ডদান স্বগোত্র আপনি॥ ১৬॥
বৃষবর্গ নাকরিলে সেই হেতু প্রেত।
ক্ষুধা তৃষ্ণা মোরদেহ পরম তাপিত॥
কৃষত হইল মোর মহাকষ্ট পাই।
এই হেতু বারে বারে বোলিল তুমারে।

রাজাকহে শুণ প্রেত আমার বচনে।
মোর জ্ঞাতি গেতজন কোণমতে জানে॥
প্রেত কহে শুণ রাজা তাহার কারন।
পুত্র নাহি জন্মে মৃত্যু বয়সে নবীন॥ ১৭॥
সেইজণ প্রেতজন্ম অন্যথা নাহিক।
যত্নকরি রাখেধন হরে নাপাউক॥
বানির্য্য নালাভে আর কৃষি বৃত্তি নাশে।
পত্নি রোগি করে যেবা প্রেতদোষ আসে॥
বৃসস্বর্গ করিতার দোষ হৈতে মুক্তি।
অত এব বৃষস্বর্গ তুমালাগি কহি॥
কোনরাজা পুত্র এক মরিল যখণ।
তাহাতে একটি মণি পাইল আপণ॥ ১৮॥
তুমাপ্রতি এইমনি দিবয়ে আমার।
কাত্তিকম পূর্ণিমা তিথি রেবত্তি প্রচুর॥
সেইদিনে মোরলাগি বৃষোৎসর্গ কর।
পবিত্র ব্রাহ্মণ যত্ন আবাহণ কর॥
যথাবিধি হোম করি মন্ত্র সমন্বিত।
কতেক ব্রাহ্মণে ডাকি করহ তৃপ্ত॥

বৎসরিক শ্রাদ্ধ কৎপীনিড়াই লৈজদহ্নগা কৎত্রে তৌত্রে॥ ১৫॥ শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌদ্রে যোড়সদান দান ১৬ কৎত্রে অদুনা প্রেত ওইন' পোকলিবা অসিনি হে মহারাজ নহাক্না ঐবু লানবিয়ু নিংথৌ হাইবা অসিদি বর্ণ পুন্নমক্কী মরুপনি অদুনা ঐবু লানবীয়ু ঐ হৌজিক মণি ১ পীগে অদুনা ঐগী কনবা হোৎনৌ নহাকী গোত্রগা শ্রাদ্ধ পীণ্ডদান থৎলু॥ ১৬॥ বৃষস্বর্গ তৌদবনা প্রেত ওইনা পোকুনা অরাম থৌরাংবনা দেহ চাকুনা য়াং কংহুনা রারিবা অসিনি কয়ারক হন্না হাইজরি। নিংথৌবা হে প্রেত ঐগী জ্ঞাতি শাগৈসিংনা করম্না প্রেত কর্ম্ম অসিবু খংগদগে। প্রেতনা হাই নিংথৌ অডাং ওইহুনা মচা পেক্তুবা॥ ১৭॥ মহাক অদো প্রেত ওইনা পোকনী। মীগী মরন হুয়ানবা অদুমা প্রেত ওইনা পোকই। ঐখোইগী তৌবদ লালানবা তোংহন্দে লৌ ইংথোল শুবদা কারহন্দে মতু মচা নাহল্লি, পুন্নমক অসে হে নিংথৌ বৃষস্বর্গ দান তৌরগা পুন্নমক কোকই। অদুনা বৃষস্বর্গ দান তৌ। মণি অমা নিংথৌগী মচা ১দগী হাৎতুনা ঐনা লৌহোবনি॥ ১৮॥ নঙোন্দা মণি অসি পীগে, মেরাগী পুর্ণিমাদগী অহুমা রেবতী নক্ষত্র থরান মী চাকনা পানবদগী ঐগীদমক বৃষ স্বর্গ দান তৌবীয়ু, ব্রাহ্মণ ৬ বর্তন তৌহুনা (ভোজন) চাক পীজৌ হোম কৎলু ব্রাহ্মণ ভোজন তৌবিয়ু। মণিসে মনিব মনা লুপা পীবদি ঐন প্রেত ওইবগা মণি পাইবম্ন, কায়রে নুংনা ঐবু লানবীয়ু

সেইরত্ন বিনির্ময় লব ধন হয়ে।
এইকার্য্য কর তুমি প্রেত মুক্ত হয়ে ॥ ১৯ ॥
কহিলন্ত কৃষ্ণচন্দ্র মনি লইলেন।
প্রেতকর্ম অধিকারি হইল ব্রাহ্মন ॥
কার্ত্তিক পুর্ন্নিমা বৃষবর্গ করিলেন ॥
প্রেতের উর্দ্দেশ যথা বিধি করিলেন ॥
প্রেতযদি স্বর্গকান্তি দেহেতে পাইল।
কৃষ্ণকহে সেই প্রেত উদ্ধার পাইল।
কর্ম্মদোষ মুর্ত্তিহয় স্বধামে পাইল।
ইহা যেই শুণে পাই বিপদ খন্ডিল ॥ ২০ ॥
কৃষ্ণজপ কৃষ্ণ ধ্যাণ করো সাধুজন।
দরশন দেহযথা তোমার স্বরূপেণ ॥
তোমর চরন তলে নেও হয়ে তাপ।
অধম জানিয়া প্রভু খণ্ডহ ত্রিতাপ।
অন্ধকুপে পড়িযাছে তোমার মায়াতে।
বিষয়েত থাকিমণ নাপারে গাঁচতে।
ধনলাগি দিবানিশি আসাকরি মনে।
মোর ভার্য্যা মোরপুত্র সদাকরি মনে ॥ ২১ ॥
ধনের লালসা মাত্রসদা করি ধ্যান।
তোমার চরন ধ্যাণ নাকরিলা মন ॥
কৃপাবলে নাপারিবে সংসারে তারিতে।
ত্রাহি ত্রাহি ভগবান তোমার কৃপাতে ॥
নিচজাতি দয়াকর প্রভু ভগবান।
অনাথের নাথ কৃষ্ণ পতিত পাবণ ॥
ভক্তপ্রাণ ধণ বোলি জগতে বাখানি।
মুক্তি অতি মুঢ়মতি সাধন নাজানি ॥ ২২ ॥
আমোরে তারিলে যদি সংসার মাঝারে।
পতিত পাবণ বোলি জানিবে সংসারে ॥
ইন্দ্রজয়দাস কহে কৃষ্ণের চরনে।
প্রার্থণা করয়ে সদা এই আসামনে ॥
ইহাশুনি সর্ব্বপাপ মুক্ত হয়া নর।
ব্যাসের বচণ এই তেলাএ না কর ॥
বৃষবর্গ কলকানি প্রেতের মুচন।
শ্রদ্ধা করি শুনি যেবা বিপদ খন্ডন ॥ ১৩ ॥

০— । ইতিশ্রীগরুড় পুরাণ দশম অধ্যায় সম্পূর্ন।

০— ॥ ১১ ।একাদশ। — ॥

---

॥ ১৯ ॥ গোবিন্দনা হাই হে গরুড় নিংথৌনা মনি অদু লৌরগা নিংথৌনা প্রেতকী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অদু মেরাগী পুর্ণীমদা বৃষ খর্গ দান তৌরে প্রেতসিং অতগীদমক কংলে, হেক লোইবদা প্রেত ১০১ দো সনা মচুগুম ভাদুনা খর্গ কাপ্রে গোবিন্দনা হে গরুড় মাসী মাসী কর্ম্ম দোষ কো ভুনা মুক্তি কংখি অসি তাবনা অতবগু অরানব ওইগনী ॥ ২০ ॥ মতাং অসি লাইরিক লেংবা কবিনা প্রার্থণা ১ কংচৈ। ইবুংঙোবু শোঞ্জবা নিংজবা, সাধুগা তিন্নজবা শ্রীমুর্ত্তী দর্শণ কংজবা পিবৌ। চরন্দা চিংশিনবীয়ু মৈ ৩ কোকহনবীয়ু মায়ানা শুহাদা তারিবা অসি চিংথংশিয়ু। সনা লুপাদা পুত্রদারাদা ঐগীগী খল্লিবা অবেঙ্গা অসি থাগোকহনবীয়ু ॥ ২১ ॥ সনা লুপা পাম্বা নীংবা তোকহন্দুনা ইবুংঙোদো পাবজবা পিজৌ। সংসার লান্নবা লবা থংজদে তাকপিয়ু লানবীয়ু। অতোনববু লানবীবা মপু নৈতবগী মপু ভক্ত থিবকী থম্মোইগী লন নমইদি ভজন সাধন থংজদে ॥ ২২ ॥ কলাইবু লানবীয়ু অতোনবগী মপু হে ইবুংঙো ইন্দ্রজয়া কবিনা গোবিন্দ পাদদা খুরমজহুনা লোংহৈ অসি তাবনা পাপ পুম্নমক, কোকই ব্যাস মুণিনা লেংবা পুরাণদগী লেংজবনি অসি তাবদা অরা অনা কৌকই ॥ ঞ্জ ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১০ শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥

নমঃ নমঃ নারায়ণ পতিত পাবন।
যমুনা হ্রদেত প্রভু কালির দমন ॥
নিত্য করি মহারঙ্গ দেখি ব্রজজন।
নন্দ আদি ব্রজবাসি আনন্দিত মন ॥
কালির দুর্ম্মতি মন ঘোষিল তৎক্ষণ।
রমণ দ্বিপতে পাঠাইল সেই ক্ষণে ॥
হেনই মাধব পদে কোটি নমস্কার।
যাহার কৃপাতে তরি এভব সংসার ॥ ১ ॥
পূণ কহে করজোড়ে বিনতা কুমার।
শুণ প্রভু ভগবান বচন আমার ॥
স্বপিণ্ড করন জীব কোন যোণী পায়।
দেবতা মনুষ্য পক্ষি জন্ম কেন প্রায় ॥
জীর্ণ জীর্ণ আহরই কোনমতে করে।
একই প্রকার শ্রাদ্ধ কোন মতে তারে ॥
কিমতে পাইবা প্রভু কহ নারায়ণ।
জীর্ণ জীর্ণ করিতথা কেমন করেন ॥ ২ ॥
শুভাশুভ কর্ম্ম তার সকলি পাইল।
কুণহোম কুণজীব স্বতৃপ্তি পাইল ॥

কিপ্রকার তৃপ্তিহয় কহত আমারে।
আমাবশ্যা তিথি শ্রাদ্ধ কেমনে প্রকারে ॥
শুণি হাসি কহে হরি শুনহ গরুড়।
লোকেরহিত লাগিয়া প্রশ্ন করি মোর ॥
শ্রাদ্ধে তৃপ্তি পাই জীব সেসব কারন।
কর্ম্ম শুভে দেবরূপি জনম যখন ॥ ৩ ॥
শ্রাদ্ধেতে অমৃত রূপ পক্ষি ফল রূপ।
গন্ধর্ব্বতে ভোগ রূপ পশু রূপ তৃণ ॥
নাগ গণে বায়ুরূপ প্রেতেত রুধিরে।
দাণব রাক্ষস গণে মাংসরূপ করে ॥
নরগণে অন্নপাণ তৃপ্তি হয়া থাকে।
শুনিয়া গরুড় কহে ভক্ত বাসল্যকে ॥
ইহলোক জন প্রাপ্ত হব্য কব্য যত।
পিতৃ লোক কোনমতে পাইবে তথাতে ॥ ৪ ॥
সেই বস্তু কেবানিয়া কুনমতে পাই।
মৃতুগণ নিজ নিজ কর্ম্মফল পাই ॥
নির্ব্বান প্রদিপ তৈল্য দিয়া কিবাফল।
শ্রাদ্ধ করি পিতৃগণ তৃপ্তি কুণ ফল ॥

---

(পাংজবা তোয়বা ননাই মনিনা মৈতৈরোন্দা হন্দোকটে অরানবা পুন্নামক ভাকশীবু)

[ ১১ শুবা অধ্যায় হোজরে ॥ ॥ ]

শ্রীগোবিন্দজীবু হন্না থুরুমজে যমুনাগী ইরেন্দা লৈবা কালিবু তাম্হোক্তুনা নন্দ নিংথৌনাচিংবা ব্রজ বাসিবু হুংহনহল্লি। কালিনী পুকচেল ফত্তাবু হোকহনদুনা রমনক দ্বিপ্তা চৎহনখি, অসুম্বা গোবিন্দগী পাদ দা হন্না হন্না খুরুমজে ইবুংঙোগী কৃপাগ সংসার সমুদ্রবু লানবিরি ॥ ১ ॥ বারি তাবিবা গরুড়না হে প্রভু পিণ্ডদান শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌনা জীবনা লাইদা মীদা, শা, উচেক্কা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোকপে মথোই অপিদি দরম তৌগনি অদুগা মথোইদা করম্না দান তৌগনী ॥ ২ ॥ অফবা ফত্তবা করম কংগনী করবা হোম যজ্ঞ দান্না মওং কমদোনা মথোইবু পেনহনগনী অমাবস্যা তিথিদা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবা অসিনা করম্ব মওংনো অদু তাবদা গোবিন্দনা, নোংহুনা হাই হে গরুড় নংনা হংবদগী মংগারগী কারবা ওইগনী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা সেংনা কৎলিবদো অকৎপা মীগা অসিবা মীগা মথোই ২ দো মপোক ১ দা লাইগুম্না পোকনী ॥ ৩ ॥ হে গরুড় শ্রাদ্ধগী পোশক অমৃতদো উচেক্কনা চৈ ওইনা। গন্ধ বদনা সন্দেশ ওইনা শাদনা নাপি ওইনা লিন্দনা দুংশিং ওইনা প্রেৎতনা ঈ ওইনা দানব রাক্ষস দনা শা ওইনা মীদনা চাক য়েনশাং ওইনা জীবহুনা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোকলুরিবা অদুগী চিনচাক

পিতৃ তৃপ্ত পুত্র কর্ম্ম মহাসুখ পাই।
অসম্ভব হয়ে আমি লহি অতি প্রায়॥
শুনি কহিলেন হরি জানিবা তোমার।
শ্রুতির প্রমান তাহা বোলিব যাহার ॥ ৫ ॥
শ্রুতিকহি যথাবিধি অনুষ্ঠান করে।
ইহোলোক পরলোক সুখ উভয়ের।
পিতৃলোক নাম গোত্র হব্য কব্য দান।
প্রাপ্তের লক্ষণ এই জ্ঞান দঢ় মম॥
শ্রাদ্ধ মন্ত্র ভক্তি সহ করহ পঠন।
প্রাপ্ত হয় কিবাহেতু শ্রদ্ধা কর মন॥
অগ্নি বার্ত্ত দিয়া পিতৃ এই কার্য্যজন্য।
যাহার উর্দ্দেশে রহিয়াছে পিতৃগণ। ৬ ॥
যার নাম মন্ত্র গোত্র বেদ উচ্চারন।
সেখানে পাইল পিতৃ স্বপিণ্ড করন॥
শত যোনী জীবগণ ভিন্ন নাম গোত্র।
তাহার শ্রাদ্ধ করি পুত্র পাইল তৃপ্তি॥
ক্ষিতি তলে কুশপড়ি পিণ্ডদান করি
প্রেতস্থাণ জীবথাকে সন্তুষ তাহারি।
যাহার ভুতলে সৎকর্ম্ম করে যেইজন।
নরকের ভোগ নাহি পায় যেই জন॥ ৭ ॥
নানাবিধ যোনি জম্মে যখনে পাইল।
শ্রাদ্ধ বস্তুর ঠাই উপস্থিত হৈল॥
গাভির হারায়ে যদি বৎস ফিরে যায়।
যেমন অগ্নিরে নিয়া দিলতার ঠায়॥
বিশ্বদেবগণ সহ পিতৃগণ খাই।
বসুরুদ্রদেব গণ পাইল তথাই।
পিতৃগণ সহ শ্রাদ্ধ সন্তুষ হইয়া।
গর্ভ থাকি জীবগণ ভোক্ষণ করিয়া॥ ৮ ॥
গর্ভে জীম মাতৃ সহ স্বতৃপ্তি যেমন।
কর্ম্ম করি পিতৃলোক উভয় সমান।
লাভহয়ে জান তোমি নাকরয় শঙ্কা।
বায়ুভুত হয়াপিতৃ গণ করিবেক॥
শ্রাদ্ধ কালে সমাগত দেখি পিতৃ গণ।
অন্তরিক্ষে থাকি পিতৃ সহিতে ব্রাহ্মণ॥
ভোজন করিল সুখে প্রিতহয়ে মন।
পূর্ব্বদিণে নিমন্ত্রণ করিল ব্রাহ্মণ ॥ ৯ ॥

---

অহ্ন ফংঙি। গরুড়না হে প্রভু অহ্নদি শিগ্রবা জীব অহুনা করম্না কংঙি ॥ ৪ ॥ শ্রার্দ্ধগী পোৎ অহ্ন কনানা পুহুনা পীবগে জীবহুদি কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা পোকথ্রবনি, অহুদা মচানা মগুনা কর্ম্ম তৌরগা করম লাক্ষুনা চাগনী মাসি থনবদা অঙকপা ১ ওইগ্রে। গোবিন্দনা গরুড় শ্রুতিগী রা হাইগে ॥ ৫ ॥ শ্রুতিদা হাইরি হৌ জকনে, শিরবনে মতম ২ অসিদা জীবগী ভুক্তিসে। শিগ্রবা জীবহুগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হব্য কব্য দান কংলবদে জীবনা কংবদি শিথগ্রবা জীবহুগী গোত্র মমিং হাইহুনা শোন্দুনা কংলিবনিনা মাংবা য়াদহুনা নৈকোবা লাইনা পিতৃলোক্তা পাও পীরে ॥ ৬ ॥ পিতৃ লোকনা মাগী মমিং গোত্র অহু থিহুন পীরে মমা লখা ৮৪ গী জীব যোণী অসিদা পোকলিবদো নৈহোবা মচা মগুনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবদা অহুম পেনগ্রে। নৈমাইথক্তা কুশ থারগা পীণ্ড কংপাহুনা প্রেতকর্ম্মগী অপেনবনি। মচাণা মগুণা মরুপ মপাংনা মাগীদমক অকবা কর্ম্ম তৌরগা নোরোক ভারবসু লাক্লি ॥ ৭ ॥ জীবহুনা অমা ওইনা পোকথ্রবসু মাগী শ্রার্দ্ধগী পোৎশকতো যণবীনা মচা থীবগুম নৈ কোবা লাইনা থিহুনা পীরে। বিশ্ব দেবগা পীতৃ গনগা, বসু রুদ্র দেবগণগা পেন্নবনা করবা গর্ভদা চংহুনা পোকথ্রিবা জীবদো অপেনবা মঙল ওই ॥ ৮ ॥ প্রমাণদি গর্ভদা লৈব জীবনা মমানা চারগা মচানা থন্দূনা পেনবগুমনি হে গরুড় চিংনগমু হুংশিংতা ভোংহুনা

সেইক্ষণে পিতৃগণ ব্রাহ্মণের দেহ।
মিলন হইল সভে পিতৃ পিতা মোহ।।
একৈক ব্রাহ্মণ করে যদি নিমন্ত্রণ।
সেইকালে পিতৃগণ করিল গমণ॥
ব্রাহ্মণের দক্ষিণ অঙ্গে প্রপিতা মোহ।
উদরেত পিতৃ বামঅঙ্গ পিতা মোহ॥
ভোজন কালেত পৃষ্ঠে অবসিষ্ট কর।
ব্রাহ্মণ ভোজণ অর্ন্ন আর বেঞ্জনের ।। ১০।।
ভোজন করিলসব আনন্দিত মন।
এইহেতু পিতৃ কর্ম্ম একই ব্রাহ্মণ।
নাকরিবা জাণ এই পরম কারন।
দুইতিণ ব্রাহ্মণের যথাশক্তি কারেন।।
শ্রার্দ্ধ যম আদিদেবগণ পিতৃ আর।
ভোজণ করিল সভে এ মর্ত্ত্য ভূমির।।
নরক হইতে পিতৃ স্বকর্ম্ম স্মরন।
পুত্র শ্রার্দ্ধ স্থানে করিলেক যে গমন।। ১১ ।।
পায়স মধুর স্বাদ ভোজন করেন।
এইহেতু পিতৃকর্ম্ম পায়স ভোক্ষণ।।
শুনিয়া গরূড় কহে শুণ দামুদর।
শ্রার্দ্ধকালে পিতৃগণ ভোজণ উহার॥
কুনজণ দেখিয়াছে কহত আমারে।
গোবিন্দ কহেণ শুণ বিনতা কুমারে॥
ত্রেতাযোগে সিতাদেবী দর্শণ করিল।
পিতৃসত্য পালিবারে রামবন গেল।। ১২ ।।
পরে কতদিনে রাম শুনিলা শ্রবণ।
দশরথ মহারাজা সম্বাদ মরন।
শুণিয়া আকুল চিত্ত রাম নরায়ণ।
জানকি লক্ষ্মণ সঙ্গে করিল গমণ।।
পুষ্কর তীর্থেতে আসি উপস্থিত হৈল।
একপক্কফল রাম জাণকির দিল।।
তবে রাম ভাবিলেণ পিতৃ কর্ম্ম করি।।
লক্ষ্মণ পাঠায়াদিল নিমন্ত্রণ করি। ১৩।
সকল ব্রাহ্মণ আসি শ্রীরামের স্থান।
তবেরাম সিতাস্থানে করিল রন্ধন।।
পরিবেশন করতুমি আজ্ঞাদিল রাম।
শুনি সিতা উঠিগেল অর্ন্ন দিতে কাম।।
বৃক্ষপত্র পড়িয়াছে ব্রাহ্মণের আগে।
তবেসিতা দেখিলেক দশরথ আগে॥

---

পিতৃগন পুনমক শ্রাদ্ধ মতমদা লাকই আকাশদা লৈতুনা কৎলিবা অদু চাবা য়াওই মরমদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বার্ত্তোণ তৌরে ।। ৯ ।। নিমন্ত্রন কংহুনা লাকপা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহঙ্গী দেহেদা পিতৃগণ অদু তেংঙি। ব্রাহ্মণগী য়েৎকী হকচাংদা ইবুধৌ পুরেণ। ওই থংবদা ইবুধৌ, অতৈ পুনমক নমগঙা তোংঙি অহুনা ব্রাহ্মণা চারিবা ১ সুং কৎলিবা পুনমক অদু অদুম কংঙি। ১০ ।। পিতৃ লোক অসিবা জীব ব্রাহ্মণা বৈষ্ণবনা পেল্লগা অদুম পেনথরে। অহুনা ভমত্রগা ১ ভম্রগা ২ অহুম্না চিংবা ভস্বাবথৈ কৎকদবনি। শ্রার্দ্ধগী কৎলিবদো যমরাজ, পিতৃগণ পুনমক লোইনা লোইনা চাই। অহুনা জীবদো নোরোকুংগী লাল্লি। মাগীদমক কর্ম্ম তৌরিবা মকম অহুদা জীবদো লাকই ।। ১১ ।। সংঙোম চুহিনাচিংবা অথুম অহাও পুন্নমক জীবহুনা কংঙি অহুন অফবা অরুবা কৎকদবনি। অদু তাবদা গরুড়না হে প্রভু শ্রার্দ্ধ মতমদা পিতৃগনা ১ সুং জীবনা চাই লাকই হাইবসি কনানা উব থংবগে। গোবিন্দনা হে গরুড় ত্রেতা যুগদা, সীতা দেবীনা উথি প্রভু রামচন্দ্রনা বোনদা লাকপদা। ।। ১২ ।। সুমিৎ কয়ানিগী তুংদা দশরথ নিংথৌ শিরে হাইবা পাও তারে প্রভু রামচন্দ্রনা পিতৃ শ্রার্দ্ধগীদমক পুষ্কর তীর্থদা লাকুনা, সীতা, লক্ষ্মণ লোইননা থুংডরে সীতানা অমুনবা হৈ ১ দান তৌথি। মনাও লক্ষ্মণ থাহুনা ব্রাহ্মণ কয়া বার্ত্তোণ তৌহনলুরে ।। ১৩ ।। বার্ত্তোণ কংহুনা ব্রাহ্ম

লজ্যাহয়া লুকাইয়া লতার ভীতরে।
সিতা নাদেখিয়া রাম অন্ন হাতে করে। ১৪॥
পরিবেশন করিল শ্রীরাম লক্ষণ।
শ্রীরাম ভাবিল মনে সিতা কাহাজান॥
ভোজনান্তে মুনিগণ বিদায় করিল।
সিতারে বিচার করি কাহা রহি গেল।
লতামধ্যে সিতা দেবী লুকাই রহিল।
রামকহে আইসসিতা কিহেতু লুকিল॥
উঠিসিতা আসি রামচরন বন্দিল।
রাম কহে কিবা হেতু তোমার লুকিল॥ ১৫॥
সিতা কহে লজ্যা হেতু আমি লুকাইল।
রামকহে লজ্যাহয় কাহারে দেখিল॥
মুণিগণে লজ্যাকাজ নাহয় তোমার।
সিতাকহে লজ্যা কাজ কহিমু তোমারে॥
মহারাজ দশরথ মুনির সমাজ
আছিয়া মিলিল ইহা সেই হেতু লজ্যা॥
অরণ্যইরণ আসি সমান তাহার।
মনে ভাবি পিতামোহ একই তোমার। ১৬॥

আর এক প্রপিতামোহ মানি মোরমন।
কেমনে পাটিব আসি লজ্যা মোরমন।
দেশেতে থাকিয়া যবে অলঙ্কার পৈড়ে।
কতবার পাটিয়াছে সমুখে রাজার॥
এবে আমিমলিণতা বসন ধরিয়া।
রাজা আগে কেমিনিমু এ অন্ন লইয়া॥
বৃক্ষপত্রে অন্নদিতে লজ্যামানি মোরা।
সেইকালে স্বর্ণথালি স্বর্ণের কতুরা॥ ১৭॥
পঞ্চাশ ব্যেঞ্জণ করি নবনি সহিতে।
এবেবৃক্ষ ফল ফুল তারে কেমি দিতে॥
শুনিয়া শ্রীরঘুমনি বিলাপ করিল।
অপার মহিমা শ্রাদ্ধ কাহার করিল॥
সিতা প্রসংসিয়া বনে করিলা গমণ।
এইমতে রঘুমণি করিল যেমন।
কৃষ্ণকহে এইমতে দেখিল জানকি।
অপার মহিমা শ্রাদ্ধ আমি কহিবকি॥ ১৮॥
সংক্ষেপ কহিব আমি শ্রাদ্ধের লক্ষণ॥
এবে আমাবস্যা শ্রাদ্ধ কহিব লক্ষণ॥

---

নকয়া লাকলে, প্রভু রামনা সীতা দেবীবু রন্ধণ তৌহল্লি অহুদশী লা থারহুনা সীতাদেবীবু য়েনহল্লি সীতা দেবীনা য়েনলকপদা ব্রাহ্মণ মরক্ত মকু ইবুংঙো দশরথ য়াওরম্মে, ইকাইহুনা য়েনলম্বা ভোজনা উরি মরক্তা লোৎখ্রে সীতা উম্রবদা প্রভু রামচন্দ্রনা য়েনলে॥ ১৪। মনাও ইবুংঙো লক্ষণসু য়াও হুনা য়েন্নি, রামনা খল্লি সীতাহু কদাইদা চৎখ্রবনো ব্রাহ্মণ খৈবিক প্রসাদি কৎবা লোইরহুনা বিদাই লৌহুনা হনখরে। রামনা সীতা থিরকপদা উরি মরক্তা লোৎহুনা নৈবা উই, রামনা সীতা অহুদা কৈদৌরি কৌথোকই খোরজনদা রামপাদ খুরম্মী প্রভু রামনা, করিনী লোৎলি॥ ১৫॥ সীতানা ইবুংঙো ইকাইজহুননি। রামনা হে সীতা কনাবু ইকাইবনো। মুনি সভাবু ইকাইকম থোকতে সীতা দেবীনা প্রভু ইকু ইবুংঙো দশরথ নিংথৌ মুনিসভা মরক্ত য়াওহুনা প্রসাদি কৎবা য়াওই অহুনা ইকাইজবনি। অহুগা অত্তোপ্পা গুরুজন ২মু য়াওই পীতা মুহ প্রপীতা মহ ওইমানে॥ ১৬॥ অহখা গুরুজন মরক্তা করম সেবা চংগদগে, অযুধ্যাদা লৈরিঙৈদদি ফিজেৎ লৈত্তেং ভক ভহেনলি থৌজিক্তি বন্দা লৈবনা ফিজেৎ চাকচা ফজদবনা কমদোনা গুরুজন থৌগনমুগদগে, হৌজিক উনাদা হাম্না পোৎচৈ করম্না পুথোকনি. কোমুংদদি সনাগী লুপাগী পাত্রদা হাপইদো॥ ১৭॥ মথেন ৫০ মা চিংহুনা লনি বেড়া কৎলিদো, হৌজিক উহৈ অসিবু কমদোনা কৎকনি অহু তাবদা প্রভু রামচন্দ্র

আমাবস্যা তিথিযবে সব পিতৃ গণ ।
সিমাদ্বারে উপস্থিত ক্ষুধাতুর মন ॥
স্বর্য্যোদয় কাল হৈতে আছিল দুয়ারে ।
স্বর্য্যঅস্ত যাবৎকাল যথা বাস করে ॥
উকিউকি দেখিয়েছে ভোজন কারনে ।
পুত্র পৌত্রগণে যবে তখণে নাদিবেন ॥ ১৯ ॥
অতিকষ্ট পায়া পিতৃ করিল রোদণ ।
বন্দিছাড়িয়াছে আমি কিছুতে না পাণ ॥
ইবোলিয়া পিতৃগণ কান্দিল বিস্তর ।
ক্ষিণ হয়া অতিকষ্টে পরাণ বিদরে ॥
নিন্দাকরি অতিকষ্টে স্বর্য্যোঅস্ত কালে ।
গমন করিলা পিতৃ নিবাসি যেস্থলে ।
তত্তজানি কোনজণ পিতৃ শ্রাদ্ধ করি ।
সেইজন তুষ্টহৈল পিতৃগণ করি । ২০ ॥
বরদিলা পিতৃগণ অতি হর্ষ করি ।
ধনজন পুত্র পৌত্র দিনে দিনে বড়ী ॥
অত এব আমাবস্যা পিতৃ কর্ম্ম করে ।
গয়াতে পিণ্ডদাণ করএ সেই জনে ॥
পিতৃ লোকে তরিজায়ে যেজন তরাই ।
ব্রহ্মলোক বাসকরি ক্ষুধা তৃষ্ণা নাই ॥
অত এব পিতৃকর্ম্ম করিবে যতনে ।
আশক্ত হইলে যেবা জলমূল দানে ॥ ২১ ॥
স্বর্গেতে সুকৃতিগণ তাহারে গণণ ।
ইহোলোকে ধণ ধান্য হইবে বর্দ্ধন ॥
স্ত্রীপুত্র আয়ুতার বাঢ়ে দিনে দিনে ।
দুখ শোক নাহি পায় শ্রদ্ধা যেইজনে ॥
দেনকর্ম্ম করি পিছে আগে পিতৃ কর্ম্ম ।
পিতৃকর্ম্ম সর্ব্বদেব তুষ্ট হবে ধর্ম ॥
ব্রাহ্মণ দেবতা পূজা করে পিতৃ কর্ম্ম ।
শোভার আমি আত্মাযে সর্ব্ব কাল কর্ম্ম ॥২২॥
এই হেতু মোর নাম অন্তর্য্যামি বোলে ।
পিতৃকর্ম্ম করি যেবা মোরেপূজা বোলি ॥

---

প্রেত শিংদুনা কপখি শ্রাদ্ধগী মহিমাবু থাগৎখি, সীতা দেবীবুসু থাগৎখি অদুগা বোন্দা অমুক লেংখি । গোবিন্দনা হে গরুড় শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী ফল নঙোন্দা লিরবসিন ।১৮। শ্রাদ্ধগী রা থজিত্তুং হাইরব অসিনী অদুগা অমাবস্যা শ্রাদ্ধগী রা হাইগে । থাদি চুমিৎতং পীতৃগনা, মচা মশুগী থোগান্দা চরায়না চুমিৎ থোরকপদা লেপলে অদুনা চুমিৎ তাবা কাওবা লৈরে, মচা মশুনা পীজ পীথক দান তৌত্রবদা ॥ ১৯ ॥ কয়া রানা কপ্পুনা হাইরকই বোন্দি থাদুনা অসিদা লাকপনি, অদুবু ইচানা ইশুনা করি ১ পীজত্রে হাইদুনা কপ্পা কপ্পা চুমিৎ তাবা কাওবা লৈরমলগা হনখি তৎ অসি অথং বনা অমাবস্যা শ্রাদ্ধ দান তৌরগা পিতৃগনা পেন্দুনা বড় পীরম্মী ॥ ২০ ॥ বড় কংদুনা মরম মথুম সনা লুপা বৈভব পদবী চাওখৎলি । মরম অসিনা থাদিদা শ্রাদ্ধ দান তৌগদবনী । অদুগা গয়া তীর্থদা পিণ্ডদান কৎলবা, পিতৃলোক পুরমক লাল্লি কৎলিবা অদুসু লাল্লি ব্রহ্মলোক্তা অহাও অথুম চাদুনা লৈরে । মরম অসিনা পিতৃকর্ম্ম তৌগদবনী তমজবা হৈ লৈদা ওইরবসু কৎকদবনী । ॥ ২১ ॥ স্বর্গদা নুংঙাইনা লৈবা কংতি । হৌজিক পাল্লিঙৈদসু ইনাক খুন্দুনা নুংঙাইনা পাল্লি । মচু মচা মসা অবমৃত্যু চৎতে পুন্সি সাংতি অরা অনা লৈতে শ্রাদ্ধ কর্ম্মবু থরাই য়াওনা কৎলিবা মীশিংদো । ঈশ্বরদা দান কৎকনি অদুগা পিতৃ কর্ম্ম তৌগদবনী অদু তৌবদা যমরাজনা অপেনবা ওই । ব্রাহ্মণদা ঈশ্বরদা পূজা দান তৌগদবনী হে গরুড় ঐ অসে জীবগী পরমত্মানি ॥ ২২ ॥ মরম অসিনা ঐগী ইমিং অন্তর্য্যামি কৌই অদুনা পিতৃ পূজা তৌরগা ঐনা পেল্লী অদুগা ঐবু পূজা তৌদুনা

ঘোরপুজা করিবেক ত্রিভুবন তুষ্টি।
যথাশক্তি কর নর পিতৃকর্ম্ম রতি ॥
পিতৃগণ তৃপ্ত হয় জানিবা নিশ্চয়।
জলপড়ি বায়ুবীয় দেহ প্রাপ্ত হয় ॥
গন্ধজল দেয় দেবে দেহপ্রাপ্ত হয়।
নিজকুল হৈতে জীব বাহির যে হয় ॥ ২৩ ॥
সংমার্জ্জন ভোজনান্তে কৈল আচমন।
পিসাচত্ত কৃমি কিট তুষ্ট হয়ে মন ॥
পিতৃকর্ম্ম অন্নমাত্র তৃপ্তি হয়ে বিপ্র।
কর্ম্ম করি যেইজন পরলোকে ক্ষিপ্র ॥
সুখে থাকে স্বর্গপুরে তৃপ্ত হয়েমন।
তারপরে মৃত্তে জন্ম বহুসুখ পাণ ॥
পিতৃ তৃপ্তহয়ে যেবা চণ্ডালেত ভরি।
অলাভ জনম পায়া তারে পুজা করি ॥ ২৪ ॥
অন্য যে বান্ধব করি তৃপ্তি লাভ করি।
শুণহ গরুড় এই কহিলু তোমারি ॥

ধর্ম্মাছন্ন জ্যোতি রূপে অদৃষ্ট প্রমাণ।
সেইমত জীবদেহ হৈতে প্রকটন ॥
জলৌকা যেমণ এক তৃণ তৃণান্তরে।
পায়ু যেন একপদে স্থাপণ যে করে ॥
আরযেণ উত্তরর্ণ দেহ ত্যাগ করে।
তার নাম বায়বিক দেহ বোলি তারে ॥ ২৫ ॥
বায়বীয় বোলি অগ্রে ভোগ উপস্থিত।
গর্ভে হতে জন্মকালে মাতৃস্তণ পাত ॥
যেনমতে কর্ম্মফল ভোগ সেই জীব।
বায়বীয় দেহ নিয়া ইন্দ্রি আদি পাব ॥
সাধু ধর্ম্ম পরসিদ সেই জন পারি।
অসাধু দুর্জ্জন এই কভু নাহি পারি ॥
বায়বীয় দেহে যক্ষ নিয়ে পুত্র গণ।
পিণ্ডদিয়া পুণদেহ পায়ে সেইজন ॥ ২৬ ॥
পিণ্ডদাণ নাকরিলে বায়বীয় দেহ।
যাতণা করিল সেই এমতে জাণহ ॥

---

ঐনা পেল্লগা জগৎনা পেলি। অহনা মানা ভন্বা যথা শক্তিনা পিতৃকর্ম্ম তৌগদবনি অহুদা পিতৃলোক্তা পেনগদবনী। ফা অচোৎপদগী ঈশিং তাবগুম দেহদগী জীবনা থোকখিহুনা [বায়বিয়] হুংশিংতা তোংহুনা লৈয়ে। ঈশ্বরদা জলাঞ্জলি কৎলগা দিব্য দেহ ওইহুনা মাগী শাগৈগী রাংমা লানথি ॥ ২৩ ॥ চাক চারম্বদগী আচমন তৌহুনা শোংবগুম শা উচেক তিন কাং পুম্নমক শ্রাদ্ধগী ব্রাহ্মন্না পেল্লবদা লোইনা পেল্লে, অসিবম্ন লাল্লে, কর্ম্ম তৌবিবম্ন লাল্লে। অনিমক স্বর্গ কাই। অহুদগী অমুক পোক্লকপম্ন হুংঙাইনা পোকই। পিতৃলোকনা পেল্লবদা চণ্ডাল ফাওবা লাল্লি অহনা অতাংবা মপোকসে মাংহললোইদবনী। ২৪ ॥ অতোপ্পা চাথোইবা অমা হাইগে তারো হে গরুড় রেংবদা উদনা রূপপ্রব; জীব স মাগী সিরমদায়দা খনবা বাসনা মথি অহনা দেহ ওইহুনা থুবি মরুম চাওনা যেহদগী থেরুকই কাকৈনা নাপী ১দগী নাপী ১দা লানমগুম দেহ ১ কংথি, ফি শোগাইবা হুন্দোকপগুম দেহ অমনবা থনম্মী, মাগী মমিং বায়বিক দেহ কৌই ॥ ২৫ ॥ বায়বিয় ওইবদগী গর্ভদা চংহুনা চিনচাক কংথি। মানা মানা তৌবা ভুক চারৈ। বায়বিয় দেহ কংলবদা সাধুসঙ্গনা লাল্লি। অসাধু সঙ্গনদি লান্দে। মরমদি পোকলা শিরা তৌহনা লৈ ( মাবু মৈতৈনা অপুমবা শোরেন হাইগৈ ) মচানা মগুনা মরুপ মপাংনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌরবদা নিরা লম্বগী লল্লি ॥ ২৬ ॥ পিণ্ডদান তৌহনা মুর্ত্তী সাপ্রবদি দেহ ১ ওইবা য়াদে। পীণ্ডনা মরম ওইহুনা দেহ শাগৎলগা অচাং পাথং অহণ বয়স অহৎ কংঠি। অম্মমনা জীবনা ওইবনী কি শোগাইরগা হুন্দোকপগুম

পিণ্ডদিলে দেহসব বর্দ্ধণ করিল।
বাল্য যুবা যৌবণাদি বৃদ্ধক হইল।
এইমতে বাড়ে জীব জানহ লক্ষণ।
পুড়াবস্ত্র পরিত্যাগ করিল যেমন।
নৌতুণ কাপর পৈরে তেনমতে হই।
আত্মাক নাসেদ অস্ত্র অগ্নিপুরানাই ॥ ১৭ ।
জলবায়ু নাহি পারে করিতে বিনষ্ট।
বায়বীয় দেহ হয়েপিণ্ড নাহিদিত ॥
কিঞ্চিত কালেতে তার অবসর পাই।
সেইকালে যমলোকে যাইবে তাহাই ॥
চিত্রগুপ্ত আজ্ঞাকরি অজ্ঞা অমুছাড়ি।
নরকেত পাঠাইয়া জাতনা যে করি॥
পশু পক্ষি আদি জন্ম জাতণার পরে।
পিণ্ড নাপাইয়া সেই যাতনা অপারে। ২৮ ।
পিণ্ডপাই সেই জীব জাতনা নাপারি।
শুভাশুভ কর্ম্মফল যাতণা তাহারে।

কর্ম্ম ভোগ নাহি সাধু মুক্তি পদ পাই।
পক্ষিকহে ভগবাণ নরক না পাই॥
তোমার চরণ পাবে কেমত করেন।
কৃপাকরি কহমোরে দেব জনার্দ্দন॥
কৃষ্ণ কহে স্বস্ব কর্ম্ম সুদ্ধ নাহি পাবে
তারাসব নাহিতরে নরক পাইবে। ২৯ ।
সেইজন কামক্রোধ লোভ মোহ ছাড়ি।
মনের সংযম করি সর্ব্ব গর্ব্ব ছাড়ি।
সাস্ত্র চেষ্টা করিমনে সাধন করিবে।
নির্জ্জনে করিবে ধর্ম্ম কাহা না কহিবে।
পিতৃলাগি কর্ম্ম করি আমারে অর্পণ।
দেবী দেবা নাপূজিবে আমার পূজণ।
তারমণে মোরনিষ্ঠ করিবে যেজন।
সেইজন মুক্তি পাবে নাহবে জাতনা ॥ ৩০
কৃষ্ণলাগি কর্ম্ম করি মনেতে নিশ্চয়।
অর্পণ করিবে সদা আমারে করয॥

---

দেহ হকচাং মরগা জীবনা চুম্পোকই দেকদি মৈ থাতুনা উং মৈলপাক ওইখি জীবদি কয়ম্বদা মাংথিদে ॥ ২৭ ॥ ঈশিংনা নুংশিংনা মৈনা মাংহনবা ঙমদে বাযবিয় শরীরগীদা পীণ্ডদায়া চিংবা কৎতুনা লান হৌদবদি যম য়োরে চিত্রগুপ্তদা কর্ম্ম হংহুনা নরকু লাকপ অতদগী শা উচেক ওইনা পোক্তুনা অরা অনা ফংজি। অদুনা পীণ্ডদান শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌতুনা লাগনবা হোৎনজারবদি অমাংবনী। ২৮ । শ্রাদ্ধ কর্ম্মনা যমরাজ অরাবা কোকই। অদুগা অরাবা মুংভাইবনি মনা মানা তৌবা কর্ম্মগী ফোলনী সাধুসঙ্গ তৌরগা অফবা ওই। গরুড়না হে প্রভু কমদারগা চরণ ফংগদগে তাকপীয়ু গোবিন্দনা হে গরুড় অফবা কর্ম্ম তৌরবদি নরক তাই ॥ ।৯ । সংসারগী য়েরুবা মথণ ৬ নি। মীগী মপোৎ পাবা, লৌনিংবা, অঙকপা লোভ মুহ, কাম ক্রোধনচিংবা ৬ অসি থিংহুনা ঐবু নিংগদবনি। ধর্ম্ম তানগদবনী। পীতৃগীদমক মানা ঙমজবা ঐভোন্দা কৎকদবনী। দেবী দেবা সেবা তৌতুনা মাগী মপূকনা ঐঙোন্দা কাংদনা চংজরক্রবদা মপোক অদো লায়ে থংভো ॥ ৩০ । ঐগী পেন্নবা কৎলবা মানা ঙমজবা মমোম সেংনা ভক্তিগা লোইননা পুজা কর্ম্ম তৌরবদা সংসারদগী লান্দুনা ঐগী নাক্তা লাকই। অদু তাবদা গরুড়না গোবিন্দদা প্রার্থণা কংচৈ হে প্রভু চরন কাওজবা পুকনিংনা কাম ক্রোধ থাত্তনা নিংজবা পীগো ॥ ৩১ । কৃপাগী থৌরিনা সংসার গুহাদগী চিংখৎপীয়ু জগৎকি মবুংঙো কর্ম্ম ফংতবনা শা উচেক ওইনা পোকলবসু চণ্ডাল ওইনা পোকলবসু পুণ্য কর্ম্ম তৌরবসু ॥ ৩২ ॥ অতোনবনী থগৌহুণা চরন নাম কাওদবা নিগো। প্রার্থণা তৌরে। ইন্দ্রহুমা কবিনা হাইরে সাধু

সংসার হইতে তরি পারে হরি পাদ।
জীবন হইবে তার পাত্র মুক্তি পদ॥
তারন করহ প্রভু অগতির গতি।
সদা নাছারোক প্রভু চরণ ভগতি॥
মনেতে নাছার প্রভু তোমার নামের।
কাম ক্রোধ লোভ মোহ এ দুষ্ট আচার॥ ৩১॥
বান্ধিয়াছে হস্তগলে ফেলিয়াছে কুপ।
ছেদহ আপন কৃপা জগতের বাপ॥
স্ফুর করহ প্রভু নারায়ণ গোচরে।
পতিত পাবন নাম প্রসিদ্ধ সংসারে॥
যদি মোর পাপ হেতু পশু পক্ষি জন্ম।
তথাপি আমার মনে নাছরোক নাম॥
চণ্ডাল হইতে অধোম কিছুনাহি যোগ্য।
নাকরিলে পুণ্য কর্ম্ম নাহিতপ যাগ॥ ৩২॥
পতিত জানিয়া প্রভু দয়া কর মোরে।
সদা নাছারোক মোর নামেত্তে তুমারে॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস কহে সাধুর চরন।
দুঃখ শোক কর্ম্ম ভোগ নাপাব তাহান॥
সর্ব পাপ তরিজায়ে নাহিক সংসয়।
ইহাজানি সর্ব জন হরিকে আশ্রয়॥ ৩৩॥

০—। ইতি শ্রীগরুড় পুরাণ একাদশ অধ্যায় সম্পুর্ন

০—। ১২। দ্বাদশ অধ্যায়। —॥
প্রনমহু নারায়ণ জগত জীবন।
ভক্তলাগি অবতৃন বহুবিধ জ্ঞান॥
সর্ব্বজীব তরাবার করিল যাতন।
ব্রহ্মাআদি ভূবন অন্ত সকল পাবন॥
গরুড় কহেন শুন বৈকুণ্ঠের নাথ।
স্বগুস্বর্গ ভুমি আদি দেখিল সদর্থ॥
ত্রিভুবন দেখিয়াছে যত চরাচর।
যমলোক নাহি দেখি গমন আমার॥ ১॥
ভূরলোক সর্ব্ব লোক পরম প্রধান।
জন্তুগণ পরিপুর্ন সাধু পুণ্য জন॥

---

সঙ্গ তৌরবদি অরা অনা কোক্নুনা কৃষ্ণ চরন কাইজে অসি খংনা কৃষ্ণ চরন কাওরোইদবা ওই ॥ শ্রী ॥
মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১১ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥
( পাংগ্রবা তোঙ্গবা ননাই মনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচে পরাংদা পুন্নমক তাকপীয়ু )

---

[ ১২ শুবা অধ্যায় হৌরে ॥ শ্রী ॥ ]

শ্রীভগবানগী পাদ খুরুমজ্ঞে ভক্তগীদবক যুক খুদিংদা অবতার তৌরনা ব্রহ্মাদগী নাপী কাওবা লানবীবা ইবুংঙোনী। গরুড়না হে প্রভু চরণগী কৃপাদগী স্বর্গ মরোণ ৭ উভরে। ব্রহ্মাণ্ড মরোন ৩ উভরে। অদুগা যমরাজগী লৈপাকতদি ননাইনা উভদরি ॥ ১ ॥ ভুরলোক চিংবা লোক পুন্নমক জীবজন্তু কয়া লুংডাইনা সাধুসঙ্গ পুণ্য তৌই। ভারত ভুমি অসিদা মী কয়া পোকই লাইনা পোককে নিংবদা কাংজমজবা মীওইবগী মপোকনি। পুণ্য তাওবা ঈশ্বর নিংবা মনিং মথা তন্দা মপোকনী। অদুন স্বর্গনাচিংবা কানিংবা থাম কংবা উদ্দী অদুদা অসিগী মখা পোল্লিবা অসি করিননো॥ ২॥ অদুগা শিরগা করিগীদবক তেঙ্গান তোঙাম্না পোকশিনবনা। অদুগা অসিবা হকচাংবু করিগী মাং হনলিবনো মরম অসি হে প্রভু ননাইদা তাকপিয়ু। গোবিন্দন হে গরুড় মানা মানা তৌবা কর্ম্ম তিন্নদবনা তোঙাম্না পোকপনী। পাপ হাইগে মপুম্নোইবা লৈবা দুগীদা বেত্তার কাইবা। ৩॥ ব্রাহ্মণগী মরল হবা ২ সে লিংচাবা ওইনা পোকনা বন্দা লৈ। মতম হুরানবগা জাতি অতোনবদা পোকই। কৎতবা কর্ম্ম তৌবদা মীবা পোয়া পোকই। মীওইবশী দেহেবা, খোং ১ নি। য়াদ ১

সুখ ভোগ পায়ে নর ভারত ভুমিতে।
দেবগণ অসম্ভব মনুষ্য যোনিতে।।
মহাপুণ্য অসম্ভব ঈশ্বর ভোজন।
স্বর্গ আর ইন্দ্রপদ লোভ নরজোন।।
কিবাহেতু নরলোকে মরন অধিণ।
কুন কর্ম্ম করিনর যোনিতে জন্মেন।। ২ ।।
মৃত্যু হৈলে কুণদেহ ধারন করিল।
তাহার ইন্দ্রিয়গণ কাহাতে জন্মিল।
কিবা হেতু মৃতদেহ অস্পৃশ্য নাকরি।
কেনিমিত্তে পৃথীবিতে আগমন করি।।
তোমার দাসত আমি কশ্যপ নন্দন।
কৃপাকরি কহ মোরে দেব জণার্দ্দন।।
শুনিয়া কহেন হরি শুনহ পক্ষিন্দ্র।
সেইজন পরনারি রেন যত্নে ।। ৩ ।।
ব্রাহ্মণের ধণহরে এই দুই জন।
ব্রাহ্মরাক্ষস হয়ে জন্ম অরন্যেতে জান।।
রত্নন হরন তারা জন্ম হিন জাতি।
দুষ্টকর্ম্ম করে যেবা জনম অধতি।।
এক শরির তথাকে মুখ দুইকর্ম।
নাসা আর টলিঙ্গ নবসিদ্ধ গণ।।

নাভি উর্দ্ধে অষ্টছিদ্র মস্তক পর্য্যন্ত।
সেইছিদ্র গতিযেবা স্বর্গেত বাসন্ত।। ৪ ।।
নাভি অধছিদ্র দুই গমন যেজন।
পাপীজণ হয়ে তার নরকে গমন।।
স্বর্গ নাহি পায় তার দুষ্কর্ম্ম জানিবে।
সুকর্ম্ম করিবে সেই উর্দ্ধেত জাইবে।।
সেই সাধুজণ জাণ মুক্তেতে পাইবে।
মৃতুজণ লাগি কর্ম্ম যতন করিবে।
সংবৎসর পুর্ন শ্রার্দ্ধ করিবে যতন।
ব্রাহ্মণ ভুজন করি কৈল নানাদান ।। ৫ ।।
যথাবিধি মানবের করিবেক কর্ম্ম।
পুণদেহে পায় জন্মে শুভাশুভ কর্ম্ম।
কর্ম্ম ফল ভোগ করে পৃথিবীতে আস।
পাসবন্ধ জনসবন্ধ নাহি পায়ে হইয়া সম্ভব।
পাসবন্ধ জনসব নিন্দা কর্ম্ম করে।
পুণঃ পুণঃ দুঃখপাই সংসার ভিতরে।।
অধম পামর মুর্খ দুষ্ট দুরাচারে।
নাজাণি হরির তত্ত্ব অন্ধ কুপ পড়ে।। ৬ ।।
তোমার চরন তলে রাখ ভগবান।
রাঙ্গাপাদ নাছারৌক আমার মনন।।

---

নাকোংদা ২ নাত্তোণ, গুহ্য লিঙ্গনাচিংবা ৯ নি। খোইদোংগী মথক্কী পোংদা জীবনা শিবদা চংলগা স্বর্গ কাই || ৪ || মথাগী খোংদা জীবনা চংগ্রবদি নরক তাই, জীবদো স্বর্গ কংগ্র মাবু কর্ম্ম কত্তবা কৌই। অদুনা কর্ম্ম করগা স্বর্গ কাই। লৈহোবা মচানা মত্তুনা শিগ্রবা জীবগীদমক স্বর্গ কংনবা চহি ১ কাব কাওবা থা ১২ শি ঈশ্বরদা কংকনি ব্রাহ্মণ ভোজন তৌগনি || ৫ || মীওইবনা মীগী মচং চংতুনা কর্ম্ম তৌরগা মপোক ১ দমু মী ওইনা পোকই। অফবা কংত্তবা পুন্নমক মাগী কর্ম্মগী মতুংইন্না পোকই (পাসবন্ধ) যমরাজগী সউন খোরিনা পুণদে। বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ নিন্দা তৌবনা সউণ খোরিনা পুল্লি। হন্না হন্না সংসারদা অরবা কংডি। মতাং অসিদা কবিনা প্রার্থণা কৎচৈ হে প্রভু তোম্নবা ননাইনি সংসারগী অন্ধকুপ গুহাদা তারিবনী || ৬ || চরন্দা চিংশিনবীয়ু রাঙা চরন কাওজদবা পীগৌ। কাংদনা ইবুংঙোগী নাম পোজংগ, ইবুংঙোগী গুণ নাম কাওজরোই। মামা তোম্নবনী থংবিদুনা থাদোকপীগদু ভগত বৎসলনি। দয়াময়নি পাপীজনবু লানবীবা ইবুংঙোনী || ৭ || অফবা কর্ম্ম তৌত্রবা ননাইনি, কৃপা মত্তনা লানবা ওস্মোই। শম পাইদুনা চিংশিনবিয়ু

সদাকাল মোর জিহ্ব জপিতব নাম।
মনের স্মরন করু তব গুণ নাম ॥
অধম চণ্ডাল জানি নাছাড়বেক মোর ।
দয়ার ঠাকুর প্রভু জগত জনের ।।
ভগত বৎসল প্রভু দয়ার হৃদয় ।
পাপীলোক উদ্ধারিল হইয় সদয় ।। ৭ ।।
আমি নাহি পুণ্যলেষ জগত ভীতরে ।
তবকৃপাবিনু মোরে নাতরে পামরে ।।
চুলে ধরিরাখ মোরে তোমা শ্রীচরন ।
পাদপদ্ম দেহ মোরে দেব ভগবান ॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন দাসকহে শ্রীহরি চরনে ।
এইকথা শুণি যেবা বিপদ খণ্ডন ।।
হরির চরন রতি পায়ে অনুদিন ।
ভক্তহ গোবিন্দ পাদ হবে শুদ্ধমন ।। ৮ ।।

০—। ইতি শ্রীগরুড় পুরাণ দ্বাদশ অধ্যায় সম্পূর্ন

০—।১৩ ত্রয়োদশ অধ্যায় —॥

নম নম ভগবন্ত জগত জিবন ।
সভাতে দ্রৌপদি লজ্জ্যা করিল পালন ।।
কেশধরি তানিয়াছে কুরুর সভাতে ।
লজ্জ্যাদিতে আরম্ভিল কৌরব হরস্তে ।।
দ্রৌপদি করেন স্তুতি তোমার চরনে ।
দ্রৌপদির দুঃখ দেখি সকাকুল মনে ।।
আকাশ মার্গেতে থ কি রক্ষার কারনে
বস্ত্ররূপ দ্রৌপদির লজ্জ্যা নিবারন ।। ১ ।।
তবগুণ প্রকাশিয়া সংসার মাঝারে ।
কৃপাকরি নিজভক্ত রাখিল মুরারে ।।
সুতকহে পুণরপি কহে ভগবান
শুনঅহে পক্ষিবড় আমার বচন ।।
অণ্ডজ স্বেদজাদি উদ্ভিজ্জ জরায়ুজ।
জন্মাইতে চতুর্যোণি জগতের কাজ ।।
এইসব সঙখ্যা চতুর্শিত্তী লক্ষ জন্ম ।
ভ্রমন করিল সবে পুণ পুণ জন্ম ।। ২ ।।

চরণ থম্বালগী লৈহি পীনৌ। গোবিন্দ চরন থুরমজহুনা ইন্দ্রদ্যুম্ন কবিনা হাইজে পুরান অসি তাবদা অরাবা কোকপি মতম পুন্নমক্তা গোবিন্দবু কাওবীগনু । ৪ ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১২ শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥

( পাণ্ডবা তোল্লবা মনাই মনিদা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক তাকপীয়ু )

[ ১৩ শুবা অধ্যায় হৌজরে । ৩ । ]

শ্রীগোবিন্দজীবু খুরুমজে। দ্রৌপদিবু দুশাষননা মশম পাইহুনা সভা মরাইদা পুরকলগা, মকো মুনবদা উপাই লৈত্রহুনা গোবিন্দ প্রার্থণা তৌজবদা ইবুংঙোনা আকাশদা লৈরগা দ্রৌপদিগী ফী পিহুন ইকাইবা কনবীবা ।।১। ইবুংঙোগী গুণ পুথোক্ না ভক্তবু ঙাকপিরবা ইবুংঙোবু হন্না খুরুমজে । সুত মুনিনা হাই হে মুনি সভা গোবিন্দনা গরুড় য়েংহনা হে পক্ষি জীবনা পোকপসে। মখল ৪ নি । মরুমদগী পোকপা, ঈশিংদগী পোকপা, মরু মরাংদগী পোকপা, গর্ভ পুহুনা পোকপা মখল ৪ অসিদা মমা লখা চহগী মনুংদা জীবনা হন্না হন্না পোকই ।।২। লক্ষন ৪'সগী রা হাইগে, অচৎপা তংখাই ১ চৎতবা তংখাই ১ নি। অনিমিদগী অচৎপা জীবদা মীওইনা পোকপনা অথোইবনি মরমদি ঈশ্বর সেবা পুজানাচিংবা অথোইবা কর্ম তৌবা য়াই, মরাইবক কবনা গোবিন্দনা, কালচক্র ওইহুনা পোকই জত্নী মোয়া তেজবা কংডি । ৩ । পূজাগী মতম হাইগে, অকবা লগ্ন তিথিদা পঞ্চামৃতনা স্নান কড়ুনা সেবা তৌজরবদি পাপ পুন্নমক কোত্নুনা পুরোণ ১০০ বিষ্ণুলোক য়োই। য়ুবি মহৌবা

এইচারি লক্ষণ শুনহ তার মর্ম্ম।
স্থাবর জঙ্গম সব তাহাতে জনম ।।
উত্তম মনুষ্য জন্ম জানহ কারন।
গোবিন্দ সেবন পারি অপার যেমন ।।
কোণ ভাগ্যবাণ জন্ম শ্রীকৃষ্ণ সেবন।
লিঙ্গরূপি জণার্দ্দণ ছিলা অবতৃন ।।
শ্রদ্ধাকরি পুজা যেই করএ তাহার।
তারপুজা হেতু কহি শুনহ তাহার ।। ৩ ।।
শুভ লগ্ন শুভদিন তিথি শুভক্ষণ।
মধুপর্ক স্নাণ যেইকরে নরায়ণ ।।
সর্ব্বপাপ মুক্ত পায়ে সেই মহাশয়।
শতবংশ সহযায় বিষ্ণুর আলয় ।।
নারিকেল জলে স্নান করে পশুপতি।
শ্রদ্ধাভক্তি করিয়া বিবিধ করে স্তুতি।
তার পুজা হেতু কহি শুনহ তাহারে।
শতবংশ সহতার নিষ্পাপ যে করে। ৪ ।
মরন সময়ে যেবা বৈকুণ্ঠ পাইয়া।
সিবের সমান যায় বিমানে চড়িয়া ।।

দেবতা উর্দ্দেশে যেই পুষ্পদ্যান করি।
ভক্তি করি পুজা করে হরকিম্বা হরি ।।
অন্তকালে স্বর্গপুরে হয় তারগতি।
ইহোকালে পরকালে নাহয় দুর্গতি ।।
তুলসি আরাম করি করিয়া লেপণ।
ত্রিসন্ধ্যা স্তবন করি ত্রিসন্ধ্যা বন্দন ।। ৫ ।।
তারে তুষ্ট হৈয়াপ্রভু দেব জগৎ পতি।
সর্ব্বপাপ মুক্ত হয় সেই মহা মতি ।
বৈভব বিস্তর যদি করহ সংসারে।
যার যে বৈভব হয় যেরূপ প্রকারে ।।
অল্পবা বিস্তর পুণ্য গণিতে সমান।
তারকথা কহি আমি শুণ সাবধান ।।
চতুষ্পাদ পুণ পুণ্য করয়ে যেমন।
ত্রিপাতের পুণ্য সম জানহ কারন ।। ৬ ।।
তারকথা কহি আমি শুন সাবধান।
দ্বিপাদের পুণ্যসম জাণহ এখন ।।
নিকৃষ্টে পাদের পুণ্য বেদে বাখানের।
ইতিমধ্যে করে পুণ্য যত শক্তি তার ।।

---

মহাদেবদা স্নান কৎলবদি মাগী অসেংবা ভক্তি অহুগী মতুং ইন্দুনা হে গরুড় পুরোণ ১০০ পাপ কোক্‌না লাগ্নি ।। ৪ ।। কংলিবা জীবদো শিরবদা বৈকুণ্ঠ কাই লৈগী দোলাই তোংতি। কনা শুম্বনা ঈশ্বরগীদমক উর্দ্দেশ তোম্বনা হৈ পাম্বী লৈ পাম্বীনাচিংবা থাহনা কৎলবা. মহাদেবদা শ্রীহরিদা শিরগা স্বর্গ কাই, হৌগ্রিক পাপ্লিহৈদম্ব অমা অনা কোকই। অহুগা তুলসিগী বোণ লেমহনা মথোং তৈজহনা সন্ধ্যা ৩ দা খুরুমজরবা ।। ৫ ।। জীবতবু গোহিন্দনা পেল্লি. মপোক ১ গী পাপ কাওবা কোকই। মীওইবগী. লাইরবা ইনাক খুনবা ২ গী কর্ম্ম হাইগে। য়ামনা কৎপগা থিংতা কৎপগা মহৈ মাপবা পুণ্য মথন পাদ ৪, ৩, ২, ১, অদিগী মরম হাইগে ।। ৬ ।। হে গরুড় পুক শিং তপন্ড, কংলিবা পোংকা, পুকচেনগা, ভক্তিগনা পুণ্য অনি কংবা মরি কংবনী। অহনা য়াম্বনা কৎপগা থিংতা বৎপগা মহৈ মাৈ। অহুগা ইনাক খুনবগা, পুন্নি থাঙ্গপাং সনা লুপা যণবী কিনা চিংবা ঈশ্বরদা ব্রাহ্মণদা কৎপা ।। ৭ ।। নাপন তোনা ঐনা তোম্নিবা অসি ঐতনা ভম নি মী কনানা ভম্বা ভম্মোই হাইহনা ঐশ্বর্য্যদা কৎলবদি কৎপগী মাংদি মাংদে পুণ্যদি পাদ ১ দগী হেন্না কংদে। য়ামনা লাইরবনা রানা নিংজহনা মীৎতগী শা তাহনা ভক্তিগা লোইনজা কৎলবদি পুণ্যদো পাদ ৪ কংতি অহনা লাইরবা ইনাক খুনবা অনিমক ঈশ্বরদা ভক্তি লৈত্রবদি কাম্বে।

সমান গণিতে পুণ্য শ্রদ্ধা অনুসার।
জলাসয় দাণ করি ধণাঢ় পুরুষের॥
ব্রাহ্মণের করদান অষেস বিষেসে।
ধেনুরত্ন তণ্ডুলাদি বস্ত্র করি য়াছে॥ ৭ ।
অশ্রদ্ধায়ে করে যেই দ্রব্য নিবেদিতে।
অঙ্গহিণ হয় পুণ্য নাহয় ইহাতে॥
ইহাজানি শ্রদ্ধাকরু সর্ব্ব কাম-াতে।
দারিদ্র কিঞ্চিৎ দেয় এই শ্রদ্ধান্বিতে॥
চতুষ্পাদ পুণ্য দেয় হইবে নিচিন্ত।
শ্রদ্ধাভক্তি করিপূজা করে ভগবন্ত॥
নাহয় সংসয় এতে বেদেতে বাখান।
তরাগ কূপের পুণ্য গণিতে সমান॥ ৮ ।
ধণি পুরুষেরা দেয় পুষ্পের আরাম।
এক ভূমি যোরি জ্রৌনি নানা অনুপাম।
একবিক্ষ রোপণ করয়ে দুঃখি জন।
ইহাতে সমান পুণ্য করিয়া গণণ॥
কোটি ব্রাহ্মণ ভুঞ্জণ করে ধনিজন।
দরিদ্রজণ করএক ব্রাহ্মণে ভুঞ্জণ।
লক্ষ ধেনু বিপ্রেদান ধনিয়া করায়।
দারিদ্রের একগাভি দান সমহয়। ৯॥
কোটি কোটি পুরুষ পালন ধনিজন।
ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় আদি আর শুদ্রগণ।
দারিদ্র পুরুষ এক মনুষ্য পালিয়।
পাইবে সমান পুণ্য বেদেতে নিশ্চয়॥
ধনিয়া পুজএ কৃষ্ণে দিয়া উপহার।
ঘৃতদুগ্ধ রত্ন বস্ত্র তণ্ডুল অপার॥
দারিদ্র পুজএ জলদিয়া নরায়ণ।
শ্রদ্ধাভক্তি তুষ্টি বসে হবেন তাহান॥ ১০।
ধরিবা পুরুষদেয় দিব্য দেবালয়।
ইষ্টক পাষাণ হেম মনিরূপাময়॥
মুকুটার ঝরা শুভ প্রবাল পাথর।
নানাবিধ দিব্য রত্ন ভক্তি মনোহর।
শুভ তিথি শুভক্ষণ করি নিরূপণ।
শ্রদ্ধান্বিত শ্রীগোবিন্দ করে সমর্পণ॥
অন্নদান ভুমিদাণ ধেনুদান আদি।
লক্ষ লক্ষ ব্রাহ্মণের ভজায় ধনাদি। ১১॥

॥ ৮ ॥ হে গরুড় হৈ নৈ থাবা পুখ্রি গুহা তোবগী ফোলদি হাইবা ওয়োই য়ামথ্রে। ইনাক খুধনা লম পাক্লা হৈ নৈ থাদুনা লৌ, ইংখোন সেমহনা কংলি। লাইরবনা করি অমা লৈজদবদগী হৈপাণ অমাতা লৈপাণ অমাতা কংলি। ইনাক খুনবনা ব্রাহ্মণ কোটি অমা ভুজন কংলি লাইরবনা ব্রাহ্মণ অমা থক্তা কংলি ইনাক খুনবনা যণবী লখা অমা কংলি। লাইরবনা লৈজদবদগী রণবী অমাথক্তা কংলি ।৯॥ ইনাক খুনবনা, তোন্ন তারবা, জীব, মী, কোটি কোটি য়োকই, জাতি মরি পেনহল্লি। লাইরবনা মী অমা থক্তা তোন্নবা থবদা য়োকই। ইনাক খুনবনা ঈশ্বর দা ঘি সঙোম অহাও অথুম সনা লুপা ফিমা চিংবা মপাণ নাইদনা কংলি। লাইরবনা ভমজবা থরদং ভক্তিগা লোইননা কংলি ।১০। ইনাক খুনবনা ঈশ্বরগী মন্দিরহু চেকনা, লুংনা সনানা মনিনা হৌহনা কংল্লি। অহুগা য়াগী লুপাগী মণি মুক্তাগী পরেং ঈশ্বরদা কংলি। অকবা তিথি লগ্নদা ব্রাহ্মণ ভুজন, ভুমিদান, অন্নদান ধেনুদান কংলি॥ ১১॥ লাইরবনা ভমজবা থবনা মন্দির কংল্লি। হাক্ক ১, ২, দং দান কংলি। য়ামনা কংপগা থজিক্তং কংলগা মহৈ মাপ্লৈ। হে গরুড় ভকনু ঈশ্বরদা কংপা হাইবসে, লাইরবনা মীওোন্দগী পুদনা শোংদুনা মতিক নত্তবা থবক তৌহনা লমহেন্না কংপা ইখুত্তোনা লৌহে। ইনাক খুনবনা কংনিংহনা থজিক্তং কংপা অহু ঈশ্বরনা পেন্দে।

তাহাতে স্থাপএ হরি ধন হীন জন।
ছইএক ব্রাহ্মণে করয়ে অন্নদান ॥
সমান উভয়ে পুণ্য বেদেতে বাখাণ।
সংক্ষেপ কহিল যত দানের কথন।
যথা ধর্ম্ম তথাফল দেবতা বিচারে।
বিধির লিখন ফল ভুঞ্জায়ে সংসারে।
এমত দুর্লভ জন্ম মনুষ্য জনম।
এইহেতু নরসম নাহি হয় জন্ম ॥ ১২ ॥
চারিজাতি জন্মস্থান মধ্যে নরত্তোম।
পশুপক্ষি জন্মলাভে মনুষ্যের সম ॥
সমান নাহিক হবে জ্ঞান সর্ব্বত্রেতে।
পশুপক্ষি কাহাহবে ব্রাহ্মণ ভুঞ্জেতে ॥
কাহাতে করিবে ধর্ম্ম বিরুধ হইল।
নরজন্ম দুর্লভ যে বেদেতে কহিল ॥
নাম মন্ত্র শ্রদ্ধা আদি মনুষ্যের করি।
তীর্থ যাত্রা আদিসব নরজন্ম করি ॥ ১৩ ॥
পশুপক্ষি তারলাগি শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নাই।
শাখাগোত্র আদি সব একবস্তু নাই ॥

কেমনে তরিবে তারা ভাবিতে সংত্রনে।
যদিহয় ভাগ্যবান পুণঃ পুণঃ জন্মে ॥
কতজন্মে পাবে তার মনুষ্যের প্রাই।
সর্ব্বদা হরির ভক্তি নরজন্ম হই ॥
গৃহ ধর্ম্মাচার যেইজন পরি হরি।
একেশ্বর ভ্রমে তীর্থ প্রর্য্যটণ করি ॥ ১৪ ॥
সর্ব্ব ভুতে সমভাবে করে যেইজন।
শত্রুতে মিত্রের আর সম আচরন ॥
মৃত্তিকায় গৃহদিয়া করিয়া নির্ম্মান।
যেজন স্থাপয়ে লিঙ্গ রূপ জনার্দ্দন ॥
সেইসব নরপ্রেত যোনি নাহি পায়।
সংসারে জন্মিয়া যে দুষ্কর্ম্মেতে যায় ॥
বহুছলে করিসেই পরবৃত্তি হরে।
ব্রাহ্মণের প্রণাম না করে অহঙ্কারে ॥ ১৫ ॥
ব্রতযজ্ঞ উপবাস নাকরি যেজন।
পরব্রত পরযজ্ঞ উপহাস জন ॥
ছলেবলে পরধন হরে যেইজন।
লোভর্ত্ত হইয়া করে আপনি ভক্ষণ ॥

---

অদুনা মাগী মাগী মত্তিক য়েংহ্না মযোণ সেংনা কংলবদি চতুষপাদগী ফল কংতি ॥ ১২ ॥ হাই রিবা পুনমক অসি মীগী মপোক্তনা ওস্বনি, শা উচেক ওইনা পোকপগদি উপ্পাই করিস্তু ওমদে, অহুনা মীওইনা পোকপদনা সেবা পুজা ভক্তি দান কর্ম্ম পুনমক তৌজবা ওস্মী. কর্ম্মগী মতুং ইমা, লাইরবা ইনাক থুনবদি হৌনবিনী ঈশ্বর নিংবদি লাইরবা ইনাক থুনবা লৈত্তে থীদে নাম শোনবা কৃষ্ণদা পুজা ভক্তি তীর্থ স্নান পুনমক লাইরবসু য়াই ইনাক থুংবসু য়াই অহুনা মীগী মপোকনা ঃঅথোইবনি ॥ ১৩ ॥ শা উচেকনাচিংবা জীব কয়াদা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌদে ঃখা গোত্র লৈত্তে। অহুনা মপোক ভানবনি জীবনা কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা যোনি কয়াদা চংহ্নুনা পোকলুরগা মাগী পাপ লোইরহ্নুনা পুণ্য লাক্লবদা মীওইনা পোক্লবনি। অহুনা অত্তাংবা মপোক অসি মাং হনবা চুমদে, ঈশ্বর পুজা তীর্থ স্নান তৌগদবনী ॥ ১৪ ॥ জীব পুনমক ঐগুম্না খনগদবনি য়েক্লবা থমফয়োই। য়ানবা উনরা, ওমক্রবনা মন্দির ১ শাহ্নুনা ঈশ্বর সেবা ভক্তি পুজা তৌজরবদি মপোক অমুক্তশু কনা পোকই প্রেং যোনিদা পোকতে। অহ তৌদনা মীগী ব্রাহ্মণগী মরন হুয়ানহ্নুনা চাবরা ভক্তি চংত্রবা ॥ ১৫ ॥ ব্রত যজ্ঞ দান ধর্ম্ম তৌত্রবা মীং। তৌবা উরগা নোকনরবা মরৈ নরা তৌহ্নুনা মাগী কনবদা হোংনবা মীতোন্দা শীজগদগী শরুক্তী ঐ চারগা লোইরে হাইহ্নুনা

হেন করিয়া যেবা তীর্থ প্রর্যাটন।
এসব পাতকি করে প্রেত জন্মিলেন।।
গুরুনিন্দা করেযেই বেশ্যা পরায়ণ।
প্রেত যোণি জন্মহয় সেই সব জন।। ১৬।।
ধর্ম্মা ধর্ম্ম প্রসঙ্গেতে প্রেতের মোচন।
ইহাজানি নরজন্ম সংসার পাবন।।
পুর্ব্বার্জ্জিত পাপ যত ভস্মাহয় গেল।
ধর্ম্মা ধর্ম্ম করে যেবা শ্রীহরি করিল।
আর এক কথা কহি শুনহ কারন।
একই বৈষ্ণব আসি বড় ধান্য জন।
স্বাদ পায়া ঈশ্বরের করিল অর্পণ।
তারমুখে চুছি করি দেখিল লক্ষণ। ১৭।
স্বাদ হৈলে ঈশ্বরেতে করি নিবেদন।
নাহিস্বাদ সেই ফল নাকরে অর্পণ।।
একদিনে এক ফল মুখেতে চুছিল।
বড়স্বাদু ক্ষুদ্রফল কণ্ঠেতে লাগিল।
তবে সেই সাধুমনে বিচার করিল।
নাকরে অর্পণ আমি কেমনে খাইল।।
নিজপ্রাণপণ করি বস্তু সমর্পিবে।
এতভাবি নিজহস্তে লইল করিবে।। ১৮।।
কুঠার মারিল তার বক্ষ আপনারে।
সেইফল বিজ লইবার কার্য্য করে।।
দেখি নরায়ণ মূর্ত্তি তারে দর্শন দিল।
কিরিটি কুণ্ডল কর্ণে শোভিত হইল।।
শঙ্খ চক্র গদাপদ্ম সঙ্গে ধনু ধায়।
পিতবাস পরিধান চরনে নপুর।।
মৃদুহাস্য করি তথা দাড়াইল হরি
দেখি সাধু অতি হর্ষে অবুত্থান করি।। ১৯।।
করজোড় করিলেন স্তবণ করিল।
নমনম ভগবন্ত ভগত বৎসল।
তুমি ব্রহ্মা তুমি বিষ্ণু তুমি মহেশ্বর।
জলস্থল চরাচর আদি অন্ত কর।

---

চারবা তীর্থবু ঈশিংগুম্ন খলবা মপোক ১দা প্রেত ওইনা পোকই। গুরু নিন্দা তৌবা ওক্কবী রমনীদা পুকচেন থম্বা অহুম্ন প্রেৎ ওইনা পোকই।। ১৬। ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরগা মপোক কৎতবা কোকপা ভস্মী অহুনা মীওইবা মপোক অফবনি। মপোক ১দা তৌরকপা পাপ লাইনা কোকপা ভস্মী। অদুগী মথক্তা হয়েং অমুক্তী মপোক ফনবা দান ধর্ম্ম ঈশ্বর পুজা তানবা ভস্মী। অতোপ্পা রা ১ হাইগে হে গরূড় বৈষ্ণব ১না ঈশ্বরদা কৎকদবা পোৎ অহ্ মহাও তংহুনা চাহুণা য়েংলগা অহাপবা থন্দুনা কৎলি ।। ১৭ । হাওতবনা চন্দোকথি, অমুম্ন কৎলকপা অহুনা নোংমদি হৈ ১ মহাও তংবদা অপীকপা হৈ ওইবগা খোৱাংবগা পাহুনা য়োৎ থোকপ্রে। অদুগা সাধুনা খল্লি। ইবুংঙোদা কৎত্রিঙৈদা করম চাগনি মাংদগী তৌরফবনি থন্দুনা ।। ১৮ । য়োৎশ্রিবা অহ্ লৌথো কক্তে থম্মুনা মথুংনা সিংজং পাইহুনা মথবাক অহ্ য়ানথাইগে খৌরাংডি অদু উবদা ভগবন নরাণগী মুর্ত্তি লেপলে। মুহপ্পা কোক্ত কুন্দোর নাইন্না নাদা থুলাই ৪ খোনবা সনা ফিগে খোনবা নোপুর লৈতেংবা মোমোন নোকপা শ্রীমুর্ত্তিদো মাংদা লেপলে উজবদা সাধু তগুপ তন্নাংনা ।।১৯।। খুৎ লোয়্নহনা তুতি তৌই খুরুমজরি ভগবণ ব্রহ্মা ওইহুনা শেম্বা বিষ্ণু ওইহুনা য়োকপা মহাদেব ওইহুনা সংহার তৌবা অচৎপা চৎতবাগী মপু তোল্ল তারবাগী মবুংঙোনা মপু লৈতবগী মপু হে জনার্দ্দণ, অসি হাইহুনা প্রার্থণা তৌই অহুদা ইবুংঙোনা পেন্দুণা কোনবী ।। ২০ ।। মতম অহুদা স্বর্গদগী বিমান লৈগী দোলাই অমা থুংওরে সাধুদে, চতুর্ভুজ ওইহনা লৈগী দোলাই অহুদা তোংহনা

বিধাতার ধাতা তুমি পতিত পাবন।
অনাথের নাথ প্রভু দেব জনার্দ্দন ॥
ইবোলিয়া বহুতর করিলেন স্তুতি।
শুণিবার ফুলে করি লইল শ্রীপতি ২০ ॥
হেন কালে স্বর্গ হৈতে আইল বিমান।
চতুর্ভুজ মূর্ত্তিতায় করিল গমন ॥
ইহেন ঈশ্বর কৃপা কেজানিতে মর্ম্ম।
এখনে জানহ জীব কহি তার মর্ম্ম ॥
একবিংশতি লক্ষ জম্মে মনুষ্য জন্ম।
জরায়ুজ জন্ম মধ্যে মনুষ্য জনম ॥
প্রধান বোলিয়া তারে করিয়া গণণ।
ধণ্য জীব বহুধর্ম্ম পুণ্য করি.জান ॥ ২১ ॥
মনুষ্য জনম পাই পঞ্চেন্দ্রিয় সনে।
মনুষ্যের মধ্যে যদি উত্তম ব্রাহ্মণে ॥
ক্ষেত্রি বৈস শুদ্র আর চারিজাতি জান।
আরজাতি অন্তজাতি চর্ম্ম কারগণ ॥
রজক কৈবর্ত্ত নট সুত্র ধর আন।
মেদজাতি এইসব সপ্তম প্রকারেন ॥
অন্তজাতি এইসব ম্লেছ যেতুর আর।
এইসব মিলি হয় ত্রয়োদশ জাতির ॥ ২২ ॥
মতভেদে দেশে দেশে আছয়ে যেজাতি।
সেই দেশে ধর্ম্মাচার ব্রহ্মাদেশ জাতি ॥
জনম দুল্লভ বোলি সকলে বাখান।
ভুতগণ মধ্যে প্রাণি উত্তম হয়েন ॥
প্রাণি মধ্যে বুদ্ধিজন জিবি শ্রেষ্ঠজনে।
বুদ্ধিজিব মধ্যেনর একই বাখানে।
দ্বিজগণ তারমধ্যে উত্তম কহিতে।
কৃত বুদ্ধি সেইজণ বাখাণি যাহাতে ॥ ২৩ ॥
কৃতমধ্যে বুদ্ধি যদি ক্রিয়া ছিলজন।
ক্রিয়াছিল মধ্যে শ্রেষ্ট ব্রহ্মবাদি গণ।
দুল্লভ মনুষ্য জন্ম পাই পুণ্য ফল।
মুক্ষ ধর্ম্ম স্বর্গ গামি মনে নাহি চলে ॥
নরক পতণ লাগি নাকরিল কুন।
ধণলাগি ক্ষোভ মন ভাল করিবেন ॥
যদি পায়ে ধন আর যত স্বপণেতে।
লক্ষমানে লক্ষপায়ে তাতে অশুদ্ধতে ॥ ২৪ ॥

---

মাধী অনুম্বা ঈশ্বরগী কৃপানী। জিবগী মরম হাইগে। মপোক লখ। ২১ লক পোকলগা জরায়ুজ ফংলৈ, গর্ভ পুহনা পোকপা জীবদগী মী হাইবা অসিনা অথোইবনি, অতাংবা মপোকনী ॥ ২১ ॥ মীওইবা মপোক্তা, ইন্দ্রি ৫ লোইটৈ, মীমরক্তগী ব্রাহ্মণা অথোইবনি। ক্ষেত্রি, বশ্য, শুদ্র, মরিসিমা. চর্ম্মকার রজক. কৈবর্ত্ত, নট, সুত্রধর, মেদ, ভিল, মথন তরেৎ সিমা অহুগা ম্লেচ্ছ তুর, ২ সিমা পুন্নগা মথন ১৩নি ॥ ২২ ॥ মত তোঙানবদগী, দেশ তোঙানবদগী ধর্ম্ম লাইনিং তোংতানি মীওইবগী মপোকপা অকবনী; হেক পোকপা ফংদে। চৎতবা জীবদগী অচৎপা জীবনা অথোইবনী অহুদগী জ্ঞাণ লৈবনা হেন্না কৈয়ে, অহুদগী, মীগী মপোক্পা অমুক হেন্না কৈয়ে। অহুদগী ব্রাহ্মণা হেন্না কৈএ। অহুদগী অসিংবা জ্ঞাণ লৈবনা হেল্লি ॥ ২৩ ॥ জ্ঞাণ লৈবদগী, কর্ম্ম তৌবনা হেল্লি। অহুদগী ব্রহ্ম নিংবনা অমুক হেল্লি। তাংলবা মীওইবা মপোকনি অসিদা পুণ্য তান্দুনা মুক্ষ স্বর্গ লবী তাম্রগে। শিরগী নরক তানি খত্রে লন তারগা লোইরে লেপলি। তাম্রিবা অহুদি মংগুবনি লথা কংলগা লাক পাম্বনী ॥ ২৪ ॥ নিংথৌ পামহুনা নিংথৌ পীরে পেন্দে সোরারেন অমুক ওইনিংতি। মথং মথং পাম্ব অপেনবা নাইদবনি। অতাং ওইরিবৈদা ইমা ইপাবা লোইরহুনা লেন্রে। যৌবন মতমদা রুমনীগী মচাগী মগুগী খন্দুনা লেন্রে। বৃদ্ধ বয়স অহেন ওইরবদসু মচু মচাদা চুংতাইনবা নিংদে। মাগী

রাজামানে রাজা পায়ে তাতে সুরপতি।
সুরপতি পায়ে যদি মাগে ঊর্দ্ধ গতি।।
তৃষ্ণার কারণে অন্ত নাহিক জিবন।
বাল্যকালে পিতৃ মাতৃ করিল যতন।
যৌবন হইল ভার্যা পুত্র পৌত্র মাগে।
বৃদ্ধ হৈলে ভার্য্যাপুত্র বহিব কেমনে।।
এইভাবে শ্রদ্ধা জীব মাহবে তারিল।
পুত্র ভার্য্যা বন্ধকরি মহাপাস হৈল। ২৫ ।।
বিন্তু পুণ্য যদি হৈলে সেই ভোগপায়ে।
পুণজন্ম পুণমৃত্যু তারিতে না পায়ে।।
মৃত্যুর অধিন হৈল সকল সংসার।
মোর পদ নাহি মাগে যাতণা যে নর।
মৃত্যুকালে কর্ম্মপত্র করয়ে গ্রহন।
যারধন রহিয়াছে নানিযে কখণ।
ব্রাহ্মণের নাহিদান বন্ধ, উপকারি।
আপণ নাপায়ে ধণ তারিয়াছে মরি ।। ২৬ ।।
ধর্ম্মলাগি ধণদান শ্রদ্ধাবান হই।
শ্রদ্ধাহিন দানকরি ফলেত নাপাই।।
শ্রদ্ধাহৈল অল্পদান বহু ফল পাই।
দেখসব মুনিগণ শ্রদ্ধা ভক্তি হই।।
সেই ধর্ম্ম আচলিত জানিবেন মন।
কিছুদান নাহি করি মুক্তনা পায়েণ।।
বহুধন থাকে যদি মুক্তক নাপায়।
ধর্ম্মলাগি উপার্জ্জিত ধর্ম্ম ধন ব্যয়।। ২৭ ।।
অত এব ধর্ম্ম মাত্র করিবে উচিত।
অকর্ম্ম নাকরিব জানিবা নিশ্চিত।।
অত এব মুনি ঋষি আহুতি প্রদান।
স্বর্গভোগ পায়ে অন্তে সুখে চলিজান।।
শ্রদ্ধা হেতু এই ফল পাইল যথার্থ।
চিন্তাকরি উপার্জ্জন ধনকর সার্থ।
বের্থক্রায় করকেন আছয়ে সংসার।
সাধুসঙ্গ করজীব বের্থাতে নাকর ।। ২৮ ।।
সম্পদ স্বপ্ন প্রায় যৌবন কুসুম।
বিচার নাকরি কেন এসকল মর্ম্ম।।
মোর মন স্তব্ধ প্রভু করহ আপণে।
মোহজ্বাল ছেদ করি রাখহ চরনে।।

---

লায়বা থৌরাংদে গৃহিনা পুণখিবদগী ।। ২৫ ।। লায়নবা হোৎনত্রবনিনা অমুক পোকই অমুক সি অহুম লৈগ্রে। অসিবগী মথা পোনবা ঙ্গিবনী, হে গরুড় গোবিন্দ ঐঙোন্দা চংলকত্তনদি লায়বা ঙম্মোই। শিরমদাইদা মানা পুবদি ধর্ম্মগা কর্ম্মদগনি। মরন লৈহৌই পুদে পুরোইদবা মরনদো ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ঈশ্বরদা কৎনিংদে ।। ২৬ ।। অহুগা কর্ম্ম তৌবদা থাজবা মযোন সেংবা ওই ত্রবদি মহৈ ফংদে। শ্রদ্ধা ভক্তি মযোন সেংলবত্তদা মহৈ ফংডি। অহুনা মুনিনা শ্রদ্ধা ভক্তি ফংনৈ। অহুবা মুনিসিংগী ধর্ম্ম চৎতুনা দান ধর্ম্ম তৌদনদি মুক্ত ফংদে সনা লুপানা অরানবা ওমদে ধর্ম্ম ভক্তি তানবনা অথোইবনি ।। ২৭ ।। অহুনা অকবা কর্ম্ম তৌহ্নুনা ধর্ম্ম তানবা কৈ। কত্তবা কর্ম্ম তৌহুনা পাপ তানবা ফংত্তে। অহুনা মুনিসিং যজ্ঞ হোম তৌহুনা শিরগা স্বর্গ কাই। থাজদবদগী অরানবা ফংডি। রানা তানগ্রবা মরননি অরেম্বদা মাংহনবা পামুই। অহুনা সাধু সঙ্গ তৌসি ।। ২৮ ।। বৈভব পদবী যুম কৈ কজবা সনা লুপা পুনমক মংগুবনি। পুনসিদে লৈগুবনি। অসিবু উনা থংনা কাওবা লাক্লি। অহুনা পূকনিংণা ইবুংঙো কাওগনুসি মায়াগী থৌরি ককসি; কর্ম্মনা পুন্থুনা শা উচেকক্ত পোকলবগু নাম কাওদবা শ্রীমূর্ত্তি উজবা চরনা ভক্তি লৈজবা নিসি ।। ২৯ ।। ইত্রহুম কবিনা হাইজৈ হে প্রভু মায়াগী থৌরি ককথংতুনা

কর্ম্মবন্ধ হয়ে যদি পশুপক্ষি জন্ম ।
তথাপি তোমার ভক্তি নাছাড়োক নাম ॥
শ্রীরাণ স্মরণ মাত্র দেহয়ে মুরারি ।
চরন সেবন ভক্তিসদা দেহ হরি ॥ ২৯ ॥
মায়াবন্ধ মুক্তকরি সংসার মাঝার ।
কৃপাকরি দেহ মোর চরণ তোমার ॥
ইন্দ্রচন্দ্র দাস কহে শুণ শ্রোতাগণ ।
পরম আনন্দ ভোজ গোবিন্দ চরন ॥
ইহাশুণি সেইজণ বিপদ খণ্ডন ।
সর্ব্বপাপ মুক্ত হয়ে হরি পাদ মন ॥ ৩০ ॥

০।—। ইতি শ্রীগরুড় পুরাণ দ্বাদশ অধ্যায় সম্পূর্ণ

০।—।। ১৩। ত্রয়োদশ অধ্যায় ।—।।

শ্রীকৃষ্ণ চরণ করু কোটি নমস্কারে ।
ধ্রুবেরে রাখিলা প্রভু দরশণ করে ॥
চতুর্ভুজ মূর্ত্তি তারে দিলেন তাহার ।
বনমালা বিভূষিত সোভে পিতাম্বর ॥
মস্তকে মুকুটহার কণ্ঠে বিরাজিত ।
শ্রীবৎস কৌস্তুভ সোভে বক্ষে বিরাজিত ॥
ধ্রুবকে দিলেন প্রভু অচল শ্রীপাদ ।
ধ্রুবলোকে রাখে নাম সংসার বিখ্যাত ॥ ১ ॥
সুত কহে সৌনকাদি সর্ব্ব মুনিগণ ।
অতপরে কহিলেণ বিণতা নন্দন ॥
কহ কহ নরায়ণ সর্ব্ব জীব গণ ।
প্রেতজন্ম নাহি পায় তাহার কারন ॥
কুণকর্ম্ম করি যেবা প্রেতের মুচন
কৃষ্ণকহে পঞ্চবর্ষ অধিক যে জন ॥
বৃষস্বর্গ করিবেক জানহ নিশ্চয় ।
বৃষস্বর্গ নাকরিলে শ্রার্দ্ধ ফল নয় ॥ ২ ॥
পত্ত শত্ত মহোৎসব নাপাএ মোচন ।
একাদশাহে বৃষস্বর্গ করিবে জান ।
গরুড় কহেন প্রভু কর অবধান ।
অপ মৃত্যু হৈলে যদি কেমনে কারন ॥
অগ্নীজল স্বর্প বৃক্ষ দড়িদিয়া মরে ।
কেমনে করিব তাহা কহ দামুদরে
কৃষ্ণকহে অপমৃতু হইলে যেজন ।
ব্রাহ্মণের ছয়মাস সুদ্ধ হবে জান ॥ ৩ ॥

চরন্দা থম্বীয় । হে শ্রুতা খৈবিক রারি অসি তাবদা পাপ কোক্‌না গোবিন্দ চরনার বিন্দ লপ্না ফংগনি ꠸
মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১২ শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥
( পাংত্রবা তোরবা ননাই মনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক তাকপীয় )

[ ১৩ শুবা অধ্যায় হৌজরে ॥ ꠸ ॥ ]

শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দ খুরুমজৈ চহি ৫ দা ভারিবা ধ্রুবনা ইবুংঙোবু নিংবদা শ্রীমুত্তি পীনৈ কুচু সংবা রবা স্না ফিগে খোনবা বনমালা শিবা কোক্তা মুকুৎনা লৈতেংবা শ্রীবৎস কৌস্তুভ লৈতেংবা পীনচ্না ইহজম্মদা কৃপা পী শিররদসু ধ্রুবলোক হাইনা থংনরি । ১ ॥ সুতনা হাই হে সৌন কনাচিংবা মুনি খৈবিক গরুড়না হে প্রভু প্রেত কর্ম্ম তৌবিনাবা লৈত্রবদা করম্না লানগনী । গোবিন্দনা হে গরুর মীওইবনা চহি ৫দগী বাংমা লানবদা বৃষস্বর্গ দান তৌগদবনি বৃষস্বর্গ দান তৌত্রবদি শ্রার্দ্ধ কর্ম্মগী মহৈ কংদে ॥ ২ ॥ মহৎ সোপ চা কয়ারক কৎতুনসু শিব তুমিৎতগী ১১ নি শুবা ফাওবদা বৃষস্বর্গ দান তৌত্রবদি লান্দে অত্না দান তৌগদবনী । গরুড়না হে প্রভু অপমৃত্যু ওইহ্না মৈদা, ঈশিংদা, সাদা, লিন্দা খোরিনাচিংবাদা শিব্রিবা অহুদি করম্না লানগনি । গোবিন্দনা হে গরুড় শিকম থংদনা ফিব্রবা অহুগীদি ব্রাহ্মণগীনা থা ৬ শুবদা ॥ ৩ ॥ ক্ষেত্রিণা থা ১গা মথাইদা বৈস্যগীনা

ক্ষেত্রিয়ে আড়াই মাস বৈস দেড় মাস।
এমত্ত করিলে শুদ্র আর এক মাস ॥
শুদ্ধ হবে জানিবেক বিনতা নন্দন।
ব্রহ্মচারি হয়ে যদি তীর্থেতে গমন ॥
যথা শক্তি দান করি দুঃখ নাহি মরি।
বৃষস্বর্গ করি পরে যতি ধর্ম করি ॥
সেইজন অন্তকালে মিলয়ে ঈশ্বরে।
অসৎ কর্ম যেবাকরে বৃষস্বর্গ করে ॥ ৪ ॥
কভু নাহি পায় দুঃখ জানহ গরুড়।
একজন মরিযদি বৃষস্বর্গ কর।
পুত্র কিম্বা পৌত্র হই প্রপৌত্রাদি কর।
বৃষস্বর্গ করিজান শুনহ গরুড় ॥
দ্রৌহিত্তাদি জ্ঞাতি বন্ধু করিবে জতনে।
বৃষস্বর্গ করিযদি নাহবে জাতনে ॥
মুক্ত অধিকারি হয় তাহার তনয়।
পুত্রনাহি যদি পুত্রি করিবে নিশ্চয় ॥ ৫ ॥
অশক্ত হইলে পুত্র অন্যনা করিবে।
মুক্ত অধিকারি হয় পুত্র যে করিবে ॥

গরুড় কহেন প্রভু পুত্র নাহি তার।
কেমনে করিব তার কহ দামুদর ॥
কৃষ্ণ কহে পুত্র হীন তারন নাহয়।
অত এব পুত্র হেতু করিবে উপায় ॥
কুন কুন মতকরি পুত্র উপাদান।
কুনজন পুত্র হোক দিলা তার স্থান ॥ ৬ ॥
তত্তক বোলিয়া পুত্র জানহ কারন।
নতুবা কাহার ধন কিনিয়া লয়েন ॥
পোষক করিবে কিম্বা পোয পুত্র হয়।
পুত্র করিবেক যত্নে অনেক উপায় ॥
মৃত্যুর লাগিয়া দান মানব গণের।
যখণ পাইবে মৃত্যু সংসয় না কর ॥
সজ্যা পাদুকা আর বস্ত্রাদিক করি।
সেসকল বস্তু পাইবেক মৃত্যু করি ॥ ৭ ॥
দান না করিলে মৃত্যু নাপাই ভুক্ষণ ॥
ক্ষুধাতৃষ্ণা বহু দুঃখ ভ্রমন করেন।
বায়ুরূপে ভ্রমাইয়া কান্দিয়া কান্দিয়া।
দিবানিসি চন্দ্র স্বর্য্য করিল থাকিয়া ॥

---

থা অনি মথাইদা শুদ্রগীনা থা অমাদা সেংহনা কর্ম তৌগনী। অদুগা ব্রহ্মচারি ওইদুনা তীর্থ কোইপ্রবা মানা ওয়া দান তৌরগা শিরবা যমরাজগী মথৌ লৈত্রে। ব্রহ্মচারি যতি ধর্ম চৎত্রি ভৈদা হায়া বৃষস্বর্গ দান তৌরমগদবনী অদুনা শিরবদা ঈশ্বর চরণ য়ৌগদবনী ॥ ৪ ॥ হে গরুড় করিস্থ রানভাই লৈতে মী অমা শিবগা বৃষস্বর্গ দান তৌ অদুম স্বর্গ কাগনী। মচানা, মশুনা, শুথাংনা, অদুম কৎপা য়াই মচা নীপাগী থারা জত্রবম্ন মচা সুপীগী থারানা কৎপা য়াই ॥ ৫ ॥ কর্মগী মপুদি মচা ফুপানী। গরুড়না হে প্রভু মচাসুপা পোক্তবদি করম তৌগনী। গোবিন্দনা, মচা সুপা পোক্তবদি পুং কৌবা নরকগী লান্দে অদুনা মচা ফংনবা দান ধর্ম তৌগদবনী। অদুদা মচা ফংত্রবদি ॥ ৬ ॥ হে গরুড় মচাসুপাগীদমক, কনাগুম্বদগী মীগনি, লৈগনী। অদুগা মাবু ইচা ওইনা য়োক্নী মাবু পোষ পুত্র কৌই। মচামকনী। শিত্রীবা মীগী দমক শজ্যানাচিংবা হাপতুনা মাগীদমক ঈশ্বরদা কৎলিবদো মানা যংগদবনী ॥ ৭ ॥ মচানা মশুনা শাগৈ, নাত্তৈনা মরুপ মপাংনা শিত্রিবা অদুগীদমক করিগুমবা অমাতা কৎপিত্রবদি চাবা ফংদদুনা সুংশিৎ চাদুনা থৈশা থাংদুনা কপতুনা কপতুনা কোইচেন চেন্দুনা অহিং সুংথিন কয়া থাংলমলগা মতুংদা তিন কাং ওইনা পোক্নুনা বিষ্টাগর্ত্ত নরোক তাই। মীগী মপোক ফংদে

পরেজন্ম কৃমি আর পতঙ্গ জনম ।
বিষ্টাগর্ত্তে জন্মকিবা পশু পক্ষিজন্ম ॥
এইহেতু মৃত্যু লাগি করিবেক দান ।
ধর্ম্ম আচরন করি বেদের বিধান ॥ ৮ ॥
ইহো কালে ধর্ম্ম করি পরলোক সুখি ।
ঈশ্বর অর্পণ কর্ম্ম কর মন সুখি ।
ভোজনের লাগি মন লাগিল ইহাতে ।
পরিক্রমা লাগি পাদ নাসার গন্ধতে ॥
দরশণ হেতু নেত্র শ্রবনের কর্ণ ।
জপমুখ নিরন্তর জিহ্বাতেরসন ॥
জন্ম মাত্র মরিজাই জানিবা সকল ।
এই হেতু জিবগণ পাপ নালাগিল । ৯ ॥
বয়স বৃদ্ধ হইলে সাধন করহ ।
কণ্ঠেতে বিরুদ্ধ কিম্বা বৃদ্ধজরা দেহ ।
সেইকালে জ্ঞান নাহি কফপাতপিত ।
স্মরণ নাহিক জাণ হরিচরণেত ।
জরাবৃদ্ধ নাহইল ভজন করোক ।
ধনজানি নাহিতার নাহি ক্লেশ তাক ॥

মুখ মাত্র জপ হরি মনমাত্র ধ্যান ।
ভজহো গোবিন্দ পাদ সংসার তারণ ॥
জীবের উপায় নাহি ইহাবিনে আর ।
মাতা পিতা পুত্রদারা সব অকারন ॥
হরি হরি বোল মুখে হরি পদ পাই ।
ইহাজানি সর্ব্বজন ভজননি পাই ॥ ১০ ॥

০—। ইতি শ্রীগরুড়পুরাণ ত্রয়োদশঅধ্যায় সম্পূর্ন

০— । ১৪ । চতুর্দ্দশ অধ্যায় । — ॥

নমঃ নমঃ ভগবন্ত জগতের বিধি ।
নমস্ত রাতুল পাদ ভক্তপ্রাণ নিধি ॥
গরুড় কহেন প্রভু সাবধান হরি ।
মৃত্যুকালে স্বহস্তে দানের ফল করি ॥
শ্রদ্ধা দান কিবাফল অশ্রদ্ধ কেমন ।
তারলাগি দান করি ফলেতে কেমন ॥
বিধিমতে কিবাফল অবিধি লক্ষণ ।
জ্ঞাণকরি কিবাফল অজ্ঞাণেতে কুন ॥ ১ ॥
সৎপাত্রেতে কিবাফল কহনরায়ণ ।
অসৎপাত্র হয় যেবা কহত কারন ।

---

শা উচেক ওইনা পোকই অদুনা অসিবগীদমক দান ধর্ম্ম তৌগদবনী ॥ ৮ ॥ হৌজিক হিং লিবৈদা অকবা কর্ম্ম তৌরগা শিরবদা অকবা কোল ফংডি । অকবা কর্ম্ম হাইবদি অকংবা পোৎশক ঈশ্বরদা কৎলগা চাও । পরিক্রমা তৌ নীমাল্য গন্ধ লৌ শ্রীমুর্ত্তি দর্শণ তৌ নাম তাও, নাম শোল্ল । পোক্লবদি শিগৎবনী কাওগনু । পাপ তৌবকীদ্ব ॥ ৯ ॥ নহা ওইরিবৈ পাঙ্গল লৈরিবৈদা ভক্তি তানবৌ মোল্লবা শিরমদাইদা ভক্তি তানবা ফংবা হৌনদে, শিরমদাইগী লোকনা শোর ফুনবদা নাম করম শোনগনী মশাগী অরাবা মকও পুবা। ওমত্রবদা মরব অসিনা পাঙ্গল কল্লিবৈদা জ্ঞান লৈরিবৈদা ভক্তিপ্রেম কংহৌ ভাজ্যা পুত্র অবেবনী অদুনা হরি হরি কৃষ্ণ কৃষ্ণ লোনসি ॥১০॥ শ্রী

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১৩ শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥

( পাত্রবা তোল্লবা ননাই মনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচে অরানবা পুন্নমক ডাকপীয়ু )

---

[ ১৪ শুবা অধ্যায় হৌজরে ॥ শ্রী ॥ ]

ভক্তগী লন ওই ভক্তগী থরাই ওইবা গোবিন্দগী চরন্দা হয়া হয়া খুরমজৌ । গরুড়না হে প্রভু শিরমদাইদ মশানা দান লৌবনা মহৈ কয়া চাওই । শ্রদ্ধা থাজনা কৎপগা থাজদনা কৎপাগা কয়া খেৈ বেদ বিধি কাইদনা কৎপগা কাইনা কৎপগা করি খেৈ জ্ঞান তানা কৎপগা তাদনা কৎপগা কনানা কৈ ॥১০॥

কৃষ্ণ কহে তার কথা শুনহ কারন ।
শুদ্ধচিত্ত জনে এক যে করি গোদান ।।
অশুদ্ধ জনের শত গোদান সমান ।
অজ্ঞানেতে সহস্রদাণ স্বজ্ঞাণ অধিন ।।
সাধুজ্ঞাণ দান করি লক্ষ ফল তারে ।
পাপ শুদ্ধি লাগিদাণ যেইজন করে ।। ২
সেদাণ গ্রহন করি পাপ নাহি করে ।
সৎপাত্র দাণ করিতে নিতি নিতি বাড়ে ।।
মন্ত্র বিষণাস করে অগ্নিসিত পাই ।
যেমণ মন্ত্র শক্তি যে দে'খেতে না পাই ।।
মন্ত্র হিন ক্রিয়াহীন গোদান করেন ।
দান লই যেইজন আর দাণি জন ।।
বিংশতি পুরুষ সঙ্গে তই কুল জান ।
নরক পতণ হয়ে নিশ্চয় জানেন ।। ৩ ।
কিন্তু বৃষস্বর্গ' করি সেই দোষ নাস ।
জিবন চঞ্চল আয়ু নির্ম'র না যাস ।।
এই হেতু দানধর্ম্ম করিবে যেজন ।
ব‍ৃষস্বর্গ' করিবেক এই তত্ত্ব জান ।।

মিথ্যাকর্ম্ম না করিবে নিশ্চয় সেজান ।
এ হেতু মিথ্যা কথাদুষ্ট কর্ম্ম নাকরেন ।।
ব‍ৃষস্বর্গ করে মৃত্যু মুক্তি পদ পায় ।
স্বপুত্র হইবে সেই ব‍ৃষস্বর্গ লয় ।। ৪
মৃতুজন মুক্তিপদ নাপায় সর্ব্বথা ।
স্বপুত্র হইলে যদি ব‍ৃষস্বর্গ সাধ'। ।।
মুক্তি লাভ মুক্তিজণ জা'নহ নিশ্চয় ।
অগ্নি হোম যজ্ঞ আদি তারসহ নয় ।।
ব‍ৃষস্বর্গ করে যেবা স্বর্গেতে গমন ।
অত এব যত্নকরি ব‍ৃষস্বর্গ' দান ।।
গরুড় কহয়ে শুণ জগতের পতি ।
কুনমাসে কুনদিন মরন স্বর্গতি । ৫ ।।
বোলহ আমারে প্রভু এসব কথন ।
শুনিয়া কহেণ হরি শুণহ কারণ ।।
স্বর্য্য উত্তরায়ণ যে শুক্লাবা কৃষ্ণারে ।
দ্বাদসি তিথিয়ে হয়ে হরির তিথিরে ।।
নক্ষত্র শুভবা আর পূণা তিথি যার ।
মরণ হইল সেই স্বর্গ যায়ে তার ।।

করমনা কৎলগা করা অমসুং কত্তবা তাকপীয়ু । গোবিন্দনা হে গরুড় য়াম্না মমোন সেংনা যণবী অমা কৎপগা মমোন শেংদনা যণবী ১০০ কৎপগা বিধি য়াওদনা কৎপা হৌনৈ হায়তুনা ১০০০ অমা কৎপগা মহৈ মাগৈ সাধুসঙ্গ তৌদুনা ভক্তিগা লোইননা কৎলগা ১ কৎপনা লখা ৮ গী কল কংই । পাপ কোক্নবা কৎলগা পাপ্তা মকোকই ।। ২ ।। দান লৌরিবা অমুনা কৎত্তবা ওইরগা, খিত্তা কংহি অকবা ওইরগা নোংমা নোংমা মহৈ হেনগৎলি মরমদী যণ অত্ত মাংহনৱো মহৈ মুংহৈ, মাংহনবা মচা মত্তু পোক্নুনা অত্তনা ঈশ্বর সেবা চৎনরবদি মহৈ মাংজে । মন্ত্রগী শক্তিনা হু মাংহনবা মৈগী শক্তিনা অয়িংবা মা হনবগুম পাপ কোকই । মরম থংদনা ১সুং দান তৌবদা লৌরিবা মী কৎলিবনো? দো পুরোণ ২০ X ২০ নোরোক তাই ।।৩।। হে গরুর বৃষস্বর্গ দান তৌরগা দোষ পূরমক কোকই মীওইবগী, পুণশি জুংশিংকুম্বনি অসি থংমা দান ধর্ম্ম তৌ বৃষস্বর্গ দান তৌ । মীনম্বা কত্তবা কর্ম্ম তৌফরোই ঐনা তৌবনা ঐনা কংতি অমুনা মচামা মত্তনা শিরিবা অত্তগী লাম্বগীদমক বৃষস্বর্গ' দান তৌগদবনী ।।৪।। বৃষস্বর্গ দান তৌরবদি অসিবা জীব লাম্নে, হোম, যজ্ঞনাচিংবা কয়াদগী অপোইবনি অমুনা বৃষস্বর্গ' কৎতুনা স্বর্গগী লম্বী লীগদবনী । গরুড়না হে প্রভু জীবনা শিবদা করি তিথি কয়দা থাদাদুমিং ফবগে ।।৫।। গোবিন্দনা হে গরুড় উত্তরায়ণ থাও পানথংলকপা থাথাই ১ সুমিং ১৫নি

শুভ যে মৃত্যুহয়ে পবিত্র দেশেতে ।
মরণ হইলে যেবা করি বিধি মতে ॥ ৬ ॥
ব্রাহ্মণ আনিয়া করি যজ্ঞ হোমদান ।
জপআদি করি তাহা সেদেহ শোধন ॥
গ্রহগণ দেবগণ করিবে অর্চ্চণ ।
যথাশক্তি করিবেক শাস্ত্রের বিধান ॥
ষড়শ মাত্রিকা পুজা পৃথিবী প্রার্থণ ।
অগ্নি স্থাপণ করি হোম যে করিবেন ॥
তারপরে পুর্ণাহোত্তি করিবে যতন ।
তারপরে সালচক্র অগ্রেতে স্থাপণ ॥ ৭ ॥
বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ'ক করি যথা শক্তি যার ।
অনন্তরে সেইস্থানে বস্ত্র অলঙ্কার ॥
ভুষন করিবে বৃষ করিবে প্রথমে ।
চারিভাগে অধিবাস করি ক্রোমে ক্রমে ॥
পরিক্রমা করিবেক প্রদক্ষিণ হয়া ।
উত্তরাভি মুখ হোম এই মন্ত্র লয়া ॥
উচ্চারন করিবেক চিত্ত শুদ্ধ করি ।
পুর্ব্বে ব্রহ্মা বিরঞ্চির বৃষ রূপ ধরি ॥ ৮ ॥

ধর্ম্ম তুমি বৃষহই বিদিত সংসার ।
বৃষস্বর্গ প্রভাবেতে ভবার্ণবে পার ॥
শুভ কর পাবণ মন্ত্র বিধি যে কর ।
তারপরে বৃষে কুম্ভে রূদ্রমন্ত্র কর ॥
তেন ক্রিয়া মন্ত্র ইতি বৃষস্বর্গ তাক ।
অভিষেক নাভি মুলে স্পর্য করিবেক ॥
তারপরে নাভি শিরে সিঞ্চন করিবে ।
পরে ব্রাহ্মণ সবে বহুদান করিবে ॥ ৯ ॥
তারপরে করিবেক শ্রাদ্ধ আপণার ।
অনন্তরে জলাসয় গমন পুর্ব্বকের ॥
জলাঞ্জুলিদান করি তথায় করিবে ।
যথাশক্তি অনুছাড়ে যেদান করিবে ॥
এইরূপে করিবেক মৃতুর শ্বর্গতি ।
মহাসুখে বঞ্চনাহি তরিজায়ে তাতে ॥
যমরাজা নাহি দেখি জায়ে হরিপুর ।
মৃতুর তারন হেতু নিমিত্ত সুখের ॥ ১০ ॥
শ্রদ্ধাভক্তি দান করি ত্রয়দশ বিধি ।
পঞ্চবিধ করে কিবা করিবে ত্রিবিধি ॥

দ্বাদশী অসি হরি তিথিনী অসিদা শিবা শ্বর্গ কাই, মীওইবগী শিরমদাই অরুবনি ফনা তোরগা ফন চৎখি ফত্তনা তোরগা ফত্তনা চৎখি । অতুনা শিরমদাই য়োরবদি য়াম্না সেংনা তক্লিংগী মরম লাঙ্গদবনী ॥ ৬ ॥ ব্রাহ্মণ কৌহুনা যজ্ঞ হোম কৎকনি, নাম শোনগনী ঈশ্বর সেবা পুজা তৌগনী অওবা শক্তি দান তৌগনী ষড়শ মাত্রিকা পুজা পৃথ্বী প্রার্থণ সালচক্র পুজা ভক্তিনা চিংবা তৌগদবনী ॥ ৭ ॥ হে গরুড় শ্রদ্ধ কর্ম্ম বৈষ্ণব কর্ম্ম তৌগদবনী কীনাচিংবা শ্রার্দ্ধগী পোৎশক পুম্নমক ঈশ্বরদা কৎগদবনী । অতুগা যণ লাবা অমা লৈতেং তৌহুনা পুজা দান কৎকনী, বৎসত্তরীক অধিবাস তৌগনী য়েৎ ওইননা কোইগনী অতুদগী মাই অরাং ওন্দুনা হোম মন্ত্র শোনগনী পুকচেন সেংনা প্রার্থনা তৌগনী হে যমরাজ নহাকসে ব্রাহ্মাণা যণলাবা ওইনা সেমখী ।'৮॥ অতুনা সংসার অসিদা ধর্ম্ম বৃষরুপী নত্তোন্দা বৃষস্বর্গ পুজা তৌজরি সংসারদগী লানবীয়ু । অতুদগী পাবন মন্ত্র শোনগনী । অতুদগী ঈশিং হাপ্না পাত্রদা চফুদা রুদ্রমন্ত্র শোল্লগা অভিষেক তৌগনী খোইদৌদা মকোক্তা ঈশিং হৈগনী অতুগা ব্রাহ্মণদা ওমজবা দাণ দখিণা কৎকনী ॥ ৯ ॥ অতুগী তুংদা শ্রার্দ্ধ কর্ম্ম তৌগনী অতুদগী গঙ্গা আবাহন তৌহুনা জলাঞ্জুলি দান কৎকনী । অমুম্না মানা ওমজবা দান তৌগনী অমুমনা শিন্নিবা জীবতুগী লামবা হোৎনরবদা শোইদনা শ্বর্গ কাগনী যমরাজগী মখৌ লৈত্রে ॥ ১০ ॥

তিলপাত্র তিন কিম্বা করিবে শপ্তম ।
পুরেতে ব্রাহ্মণ গণে ভোজন পরম ॥
অতপরে একগাভি করিবেক দান ।
তারপরে শন্নোদেবী বেদের বিধান ॥
বেদমন্ত্র পাঠ করি বৃষেচারি পাদ ।
বৃষের পশ্চাত ভাগে করিবেক পদ ॥ ১১ ॥
বামপাদ চক্র লেখি দখিণে ত্রিশুলে ।
উৎস্বর্গ করিবে যবেদিলে মালা গলে ॥
মন্ত্রসহ স্বহাবোলি যত্নসহ কারে ।
একাদশাহ বার দ্বাদশ এমত করে ॥
অদ্য শ্রাদ্ধ বারমাষি ষোড়সক শ্রাদ্ধ ।
ব্রাহ্মণ ভোজন বেসে সমাপণ শ্রাদ্ধ ।
তাম্রপাত্রে স্থাপণ বিষ্ণুর স্বরূপ ।
তাম্রপাত্রে ফল পুষ্প অর্ঘ পূজা জপ ॥ ১২ ॥
বস্ত্র আভরন বিষ্ণু করিবেক দান ।
অনন্তরে ইক্ষুময় নৌকা-ত গঠণ ॥
তদুপরি কাংস পাত্র ঘৃতদিল ঢালে ।
বৈতরণী দাণ করি মন শুদ্ধ হৈলে ॥

এইদান করি তবে নৌকা আরোহনে ।
গরুড় ধ্বজের পুজা করিবে যতনে ॥
যথাশক্তি দক্ষিণাদি নৌকাদান করি ।
তিল লৌহ হিরণ্য কার্পাস দান করি ॥ ১৩ ॥
লবন গো পৃথী শপ্ত ধণ্য দান করি ।
শ্রাদ্ধ তীল পাত্র আর সজ্যা দান করি ॥
অপুত্রক এইরূপে করিবে যে জন ।
ব্রহ্মচারি গণে ন্যায় সিদ্ধি প্রাপ্তিজান ॥
যেইজন নিত্য কর্ম্ম আর নিমিত্তক ।
সম্বৎস্বরে শ্রাদ্ধ আর ধর্ম্ম করিবেক ।
তীর্থ জাত্রা চন্দ্রায়ণ দেবতা পুজনে ।
মাতা পিতা পিণ্ডদান করিবে যতনে ॥ ১৪ ।
যত্ন করি দিনে দিনে করি পুণ্য দাণ ।
এইমতে করিবেক বহু বিধ দান ॥
ভুমিদান করে যেবা পুণ্য বৃদ্ধি কয় ।
আমি আর চতুর্মুখ দেব মহেশ্বর ॥
তারস্থানে বহুদান করেনিতি নিতি ।
উৎস্বর্গ বৃষে যেজন তৃনাদি ভুমিতে ॥

---

শ্রদ্ধা ভক্তি দান হাইবসি মথণ ১৩ অমা ৫ অমা ৩ অমা অসিনী তিল পাত্রদো অহুম অহুগা ৭ কৎকনী তুংদা ব্রাহ্মণ ভোজন কৎকনী । অহুদগী মণবী ১ কৎকনী। অহুদগী শন্নো দেবী কোবা বেদগী মোৎ মতুংইন্না বেদ মন্ত্র শোনগনী ॥ ১১ । মণী ওইথংবা খোংদা চক্র য়েকনী য়েৎ থংব খোংদা ত্রিশুল য়েকনী । উৎস্বর্গ তৌহনা মঙজা লৈ পরেং হুককনী । স্বহা মন্ত্র শোনগনী। শিবদগী ১১ নিদরা ১২ নিদরা তৌগদবনী । অহুদগী আদ্য শ্রাদ্ধ বারমাসিক শ্রাদ্ধ সপিণ্ডন করন তৌরগা ব্রাহ্মণ ভোজন তৌহনা শ্রাদ্ধ লোইগনী । কোরিগী পাত্রদা বিষ্ণু আবাহন তৌহনা হৈ লৈ অর্ঘ পুজানচিংবা কৎকনী ॥ ১২ ॥ ফিনাচিংবা আভরন বিষ্ণুদা কৎলবা তুংদা কুশনা হি শারগা সেম সেংগী পাত্রদা ঘি হাপতুনা বৈতরণী দান কৎকনী নৌকা আরুহন গরুড় ধ্বজ পূজা কৎকনী অহুদগী ওমজবা দখিনা হি. থোইদিং, য়োৎ, হীরা লসিং ॥ ১৩ ॥ থুম মণ পৃথী কোনাচিংবা শ্রাদ্ধগী তীল পাত্রনাচিংবা সজ্যা পুরমক দাণ তৌগনী মচা পোক্রবগ পোক্রবদু কর্ম্ম তৌরবদি ব্রহ্মচারিগুম্না অয়ানবা কংঙি । মীওইবনা নিত্তি তৌগদবা নিত্য কর্ম্ম অমুক্তা থোকপা নৈমিত্তিক কর্ম্ম অহুদি সম্বৎসর শ্রাদ্ধ তীর্থযাত্রা চন্দ্রায়ণ মমা মপাগী পিণ্ডদান মীওইবনা কৎকদবনী ॥ ১৪ ॥ যোতোন তৌহনা নোংমা নোংমাগী দান তৌগনী পুণ্য তানগদবনী । ভুমিদাণ লৌ ইংখোন দান তৌবগী পুণ্য

শৃঙ্গধারা ভুমি লেখি আর কহিযত।
পিতৃগণ অনুপাম যে হয় বর্দ্ধিত ॥ ১৫ ॥
পূর্ণিমাসি তিথি যেই রেবতী নক্ষত্র।
নিলবৃষ উৎসর্গ করিপরলোক প্রাপ্তি॥
রবি শংক্রান্তি হয়েপ শত সহস্র হয়॥
দান ক্রিয়া যেরূপে যতপুণ্য হয়॥
বৃষৎসর্গ সমনহে তাহার পুণ্যেত।
ব্রাহ্মণেতে গাভিদান করিবেক তত॥
সিব শক্তি দ্বিজগণ তিলদান করি।
উমামহেশ্বর মূর্ত্তি বস্ত্রদান করি ১৬ ॥
সকাস অতসি পুষ্প করিবে পুজন।
অচ্যুত দেবতা মূর্ত্তি করিবে যতন।
অচ্যুত মহেশ পাদ সদা নমস্কার।
নিজবর্ণাশ্রমে বিধি পুজা নমস্কার॥
এমত করিলে মৃতু তরিলে সংসার।
বিষ্ণু লোকে প্রাপ্তি হয় পাপ নাহিতার॥
গরুড়েতে কহিলেন কারন মুক্তির।
মুক্তি অতি মুঢ়মতি নাজানি ঢসের ॥ ১৭ ॥

কৃপাকরি দেহ মোরে চরন সরজ।
সদাকালে মোর হৃদি চরণ বিরাজ॥
তুমা নাম মোর মুখে দেহত মুরারি।
শ্রীরূপ স্মরন দেহ মনের মাঝারি।
হস্ত মোর দেহ সদা চরন সেবন।
নেত্র মোর দেহসদা শ্রীমুর্ত্তি দর্শন॥
মোহজিহ্বা তবনাম জপ দেহমন।
প্রাণ অন্তকালে হরিণামেতে স্মরন ॥ ১৮॥
মম কণ্ঠে বিরুদ্ধ কালে নাছাড়িব মোর।
তুমার চরণ বিনুগতি নাহি মোর॥
হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র মম হৃদি মণ্ডল।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ প্রাণ হারাইল॥
এই ভিক্ষামাগি প্রভু দেয় প্রাণ নাথ।
জন্মে জন্মে রাতুল সেবা দেয় প্রাণ নাথ॥
ইন্দ্রদুম্নদাস কহে শুণ সর্ব্বজন।
ইহাশুনি পায়ে যেবা বিপদ খণ্ডন॥
অনায়াছে তরিজায়ে শুদ্ধ হয়ে মন।
সংসয় নাহিক ইথে হরি ভোজ মোণ॥ ১৯॥

---

লোইবা লৈতে গোবিন্দ ঐঙোন্দা ব্রহ্মাদা মহাদেবদা শুমজবা দান বৎপা সংকল্প তৌহনা (বৃষ) সণ কৎপা তৃনাদি ভুমিদান তৌবা অসিদি পিতৃগন্না য়াম্না পেল্লি ॥ ১৫ ॥ পুর্ণিমা তিথিদা রেবতী নক্ষত্রদা বৃষ শংকল্পগা লোইননা কৎলবদি পরলোক শিরবদা স্বর্গ কাই রবি শংক্রান্তিদা কৎলগা মহৈহ ১০০ অহুদগী মগুণ লৈবদা কৎলগা লিশিং হেণগৎলি দাণ তৌবদা মরম চুম্না কৎগদবনী বৃষখ্‌ন' দাম্না পুণ্য অচৌবনী ব্রাহ্মণ্ণা যণবী কৎপা শিব শক্তি ওইবা ব্রাহ্মণ্ণা তিলদান তৌবা উমা মহেশ্বরী দুর্গাদা অলঙ্কার লৈতেং কৎপা ॥ ১৬ ॥ অপ্রাজিত অমুবা লৈশী মচু মানবা গোবিন্দগী শ্রীমুর্ত্তিদা প্রার্থণা পুজা তৌগনী মহাদেব পুজা তৌগনী মাগী মাগী বর্ণগী বেদ বিধি কাইদনা সেবা পুজা তৌগদি অসি কাইদনা সেবা তৌরবদা কৎলিবা মীহু সিঙ্খিবা মীহু বিষ্ণুলোক য়োৎ। গরুড়না কে প্রভু ননাইদি ওন্থোকনা তোল্লরনি ॥ ১৭ ॥ কৃপা তৌবিহনা চরন খন্বাম কংহনবীয়। থম্মোইদা কোজুগে ইচিন্না ইবুংঙোগী নাম শোনজবা ইখুৎনা চরণ সেবা তৌজবা ইমিৎনা শ্রীমুর্ত্তী য়েংজবা ঐগী লৈয়েংনা তবনাম শোন্দুনা থরাই থাজগে ॥ ১৮ ॥ শিরম দাইদা প্রলয়গী মৈমা চাকলকলবদা ইবুংঙোগী খৌজান নত্তনা উপাই লৈতে হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ শোন্দুনা থরাই থাজগে পামজব ভীক্ষা অসি নিজরি। মপোক কৃয়াদা রাতুল সেবা নীজরি।

০।—। ইতিশ্রীগরুড় পুরাণ চতুর্দ্দশ অধ্যায় সম্পূর্ন

০।—।। ১৫ । পঞ্চদশ অধ্যায় ।। —।।

নম নম ভগবন্ত কৃষ্ণ দয়াময়।
তুমার চরন স্তুতি দিন দয়াময় ।।
কংস মারি যদুকুল রাখিল আপণে।
বসুদেব দৈবকী উদ্ধার আপণে ।।
উগ্রসেন রাজ্য দিয়া সাপ করি নাস।
মথুরা সাসন করি দেব ঋষিকেস ।।
মহন্ত শ্রবন হর্ষ হইল গরুড়।
পুণরপি জিজ্ঞাছিল করি নমস্কার ।। ১ ।।
শ্রীহরি কহিলন্ত শুণহ গরুড়ে।
যোম লোক মৃত্যুলোক প্রমান যে করে ।।
যোড়স শ্রার্দ্ধেতে আমি কহিলু তুমার।
যমলোক মৃতুলোক মধ্যেতে পাথর ।।
তার পরিমান হয় অতি দুর স্থান।
ষর্যত্তী যোজনক সহস্র প্রমান ।।
দুষ্কৃতি দুষ্টকর্ম্ম উপার্জ্জন ফল।
নরক ভোগান্তে জন্ম তার কর্ম্ম ফল ।। ২ ।।
ব্যাধি যুক্ত হয়ে জন্ম পৃথিবী মণ্ডল।
কর্ম্মবসে মৃতু হৈলে শুন না হৈল ।।
গোময় করিয়া লেপে পৃথির উপরে।
তদুপরি তিল কুস তাহার উপরে ।।
সালচক্র জল আর মুখে স্বপ্ন দেন।
সমাধির সুক্ত মন্ত্র পঠয়ে মরন ।।
মুক্তিপদ পায় সেই নিশ্চয় সেজান।
প্রাণ তেজি জোরি ভুত তখণে হয়েন ।। ৩ ।।
তাহার ইন্দ্রিয় গণ বিকল করেন।
জগত সংসার শৃষ্টি দেব রূপ জম্মেন ।।
প্রাণ কণ্ঠগত হৈলে তাপ মুখে ফেনা।
বিকৃতি হইল মুখে দুকর্ম্ম কারনা ।।
তাহা ধরি দুত পাসডরি বান্ধি লইল।
অতিক্লেশ যমপুরে মারিয়া তানিল ।।
পাপীজন দেখি যম বিকৃতি হইল।
অতিভয়ঙ্কর মুর্ত্তিদেখি ভয় হৈল ।। ৪ ।।
পুণ্য জন দেখি যম চতুর্ভুজ ধরি।
মিত্র আগমণ যেণ সম্মাণ যে করি ।।

---

ইন্দ্রংম্না কবীনা হাইজে অসিবু তাজযদা ভবসাগর লাল্লবা ইবুংঙোগী গুণনী অতং অকাং লৈতনা গোবিন্দবু নীংজসি ।। ꣽ ।। মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১৪ শুবা অধ্যায় লোইজরে ।।
( পাংত্রবা তোল্লবা ননাই মনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু )

[ ১৫ শুবা অধ্যায় হৌজরে ।। ꣽ ।। ]

গোবিন্দগী শ্রী চরন্দা খুরুমজে, কংসবু হাৎতুনা বসুদেব দৈবকীগী অরাবা কোকহনবা যদু শাগৈ কন্দুনা উগ্রসেনবু নিংথৌ হাপ্তুনা মথুরাবু সুংঙাইহনবা ইবুংঙোনী। গরুড়না হে প্রভু যম লোককী প্রসঙ্গ তাকপীয়ু ।। ১ ।। গোবিন্দনা হে গরুড় যমলোক মৃত্যুলোক ২না লাপ্পবা যোড়স শ্রার্দ্ধগী মরম হাইগে যমলোকা মঙ্গ্বা লোকা ২ গী মরক্তা লাপস্লিবা অমি মুথক লখা ৮৬ নি । মীওইবনা অফবা কর্ম্ম তৌবা কংতবা কর্ম্ম তৌবা কর্ম্ম অদুগী মতুং ইন্দুনা স্বর্গ কাই নরক তাই ।। ২ ।। মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা লাইনা লাক্লুনা শিরে। শিরগা থবগদবা মকম অদু যথি হাপতুনা তৈথোককনী। অদুগা থোইদিংকুস মনা থাগনী, সালচক্রগী মিস্মাল্য তুলসি থাগনী অদুদা হকচাং অদু থবগনী সমাধিগী সুক্ত মন্ত্র শোনগনী অমুম তৌবদা শিরিবদো লান্নে থংঙো। দেহদগী জীবনা, হেক খোকপদা জোরিভুত ওইরে জ্ঞাণ যাংঙে ।।৩।। দেহ পুরম্বা প্রাণ ৫ লাই ৫ দো মৈনা মৈদা ঈশিংনা

পাপী দেখি যমরাজা করয়ে গর্জ্জন।
ভীম রূপে লোহ দণ্ড হস্তেতে ধারন ॥
মহিষ বাহন করি রক্ত নেত্র দুই।
বিদ্যুত আকার দেহ ভয়ঙ্কর হই ॥
এই রূপে পাপীগণ করিল দর্শন।
প্রাণ গত কালে জীব অঙ্গুষ্ঠ প্রমান ॥ ৫ ॥
ধরিল যমের দূত টানিয়া লইল।
গৃহ দরশণ পাপী তখনে কান্দিল ॥
পুত্র ভার্য্যা বন্ধুগণ ক্রন্দন শুনিল।
দুঃখিত হইয়া জীব ফিরিয়া চাহিল ॥
বলহীন হয়া তাতে বিস্তর কান্দিল।
সিঘ্র চল বোলিদূত টানিয়া লইল ॥
পড়িয়াছে সেই দেহ দুর্গন্ধ হইল।
ভয় হৈল মৃতুদেহ শ্বচেষ্টা না হৈল ॥ ৬ ॥
মৃতুস্থানে পিণ্ড দিল দ্বারে দেশ হৈল।
চাতুরের স্থানে আর বিশ্রাম করিল ॥
কাষ্ট চয়ো নয় আর স্থাপণ ভুমিতে।
এইষয় স্থান পিণ্ড যুগ্য হয় দিতে ॥
তাহার কারন আমি কহিব তুমাতে।
মৃতুনাম লইল দেবের এক পিণ্ডে ॥
মৃতুস্থান অধিষ্ঠান থাকে এই বোলি।
বিধাত্রি দেবতা তুষ্টি তখনে হইল ॥ ৭ ॥
দ্বার স্থানে পঠরূপ জানিবা তখন।
চাতুরে পিণ্ডদান গৃহাদি ভুষন ॥
বিশ্রামের পিণ্ডদান করে যেইজন।
ভুতগণ উপদ্রব নাহি করে তান ॥
চিতাস্থানে পিণ্ডদান প্রেতে যেপাইল।
মৃতুনা বোলিবে তান প্রেত হেন বোলে।
পঞ্চপিণ্ড পায়া যদি আহুতি যোগ্যতে।
চিতাকাষ্ট উপরেতে ডাকিবেক তাতে। ৮ ॥
তারপরে অগ্নি দেহ পুজন করিবে।
তুমি সর্ব্বভুত কারি প্রার্থনা করিবে ॥
লোকের পালন তুমি লোকের সংহার।
অত এব এইপ্রেত করহ উদ্ধার ॥
তার পরে অগ্নি দেব দাহন করিবে।
এমত করিল প্রেত বহু সুখ পাইবে ॥

---

ঈশিংদা মুংশিংনা দুংশিংত্তা পৃথীগা পৃথীদা আকাশনা আকাশদা তিনবে। পাপা য়ানা পুণ্যনা মুংঙাইনা দেহগা জীবগা থাইনয়বদা যমরাজগী দুংনা কাহুনা পুরে য়ায়া য়ানা কোম্নুং য়োরে পাপ চেনবনা যমরাজগী মুর্ত্তি অসি য়ামনা কিরবা মুর্ত্তি উই ॥ ৪ ॥ পুণ্য চেনবনা পাম্বোম ৪ পাম্নুনা মুংশিপ্রবা মরুপ মপাং ওইনা উনৈ। প্রেমগা লোইননা র ঙাংনৈ। পাপ চেনবা জীব উবদা থিনা চৈ ঙাংডি। ইয়োই তোংডি, মীৎ ঙাংডি, য়োংকি চৈগু পাই অকিবা মুর্ত্তিগী জীবগা হকচাংদগী থোকপদা বাসনা ময়িগী দেহগা লোইননা থুবি মরুম চাওই ॥ ৫ ॥ হে গরুড় দেহদগী জীবনা থোরকপদা দুংনা কাহুনা পুরবদা জীবনা মযুম থাদোকদবগী মচা মাগীরমনি মরুপ মপাং কাইনবগী রাহুনা কপই উপাই নৈতে দুংনা চৈতুপনা য়ৈহুনা পুরে। জীব য়াওপ্রবা কেহদো মনমম্বু নমথিরে মতোং মতৌ অদু উবদা অকিবা পোকলে ॥ ৬ ॥ হে গরুড় জীবহুগী মুক্তি কংনবা, দেহদো পুহুনা লাকপদা পীণ্ড ৬ পীগনী। সংদ ১ থোঙ্গালদা ১ লম্বীদা ১ লমতংথাইদা ১ যজ্ঞদা ১ ভুমিস্থান্দা ১ পিণ্ড ৬ অসি পিগনী। মাগী মরম হাইগে অসিবা অঙ্গুগী মথিংদা গৃহ পিণ্ডদা মৃতু স্থান্দা লৈবা বিধাত্রি দেবতানা পেন্নবনী ॥ ৭ ॥ থোঙ্গান্দা পিরিবা পিণ্ডদো লম্বী কনবনী। ৩ শুবা লম্বীদা পীরিবদো লৈকম কনবনি লমতংথাইদা পীরিবদো ভুৎপ্রেৎনা কৎতবা তৌবা ঙাকথোকপনী। ৫শুবা যজ্ঞ পীণ্ডদো

অর্দ্ধ দেহ দগ্ধ করি ঘৃত কাষ্টদিবে।
অস্থিলয়া তারপরে সমাপণ দিবে ।। ৯ ।।
প্রেত সান্ত লাগি তাতে জলঢাল করি।
গোময় লেপণ করি সখ্য ফেলি পরি ।।
তারপরে স্নান করি দেখি নাভি মুখ।
তিলদোক অঙ্গুলিক দিবে তার সুখ ।।
মাটিপিণ্ড করিতবে ত্রিকোন করিয়া।
তদুপরি তিল কুস দুর্ব্বাদি সাজিয়া।।
ধুপদ্বিপ মৃতিকাদি পিণ্ড যে অর্পণা।
গৃহে আসি মাটি গর্ত্ত করি চতুর্কর ।। ১০
মধ্যেতার যষ্টি দিয়া উপরে তাহান।
কর্ম্মকারি জলতাতে ধুপদ্বিপ আন ।।
তাতে ধারাদিয়া ক্ষির কলা আরজল।
সেই প্রেত সুখ পাত্র জানহ কহিল ।।
কিন্তু অশ্রুপাত যেই নাকরি কখন।
অশ্রুপাত করেসবে প্রেত সে ভোক্ষণ ।।
সূর্য্যো অস্তকালে তার দুগ্ধ জল দান।
যমদুতগণ তাতে অপেক্ষা করেন । ১১ ।।

মরণ হইতে পিণ্ড দসাহ প্রর্য্যন্তে।
পিণ্ডদাণ করিবেক অঞ্জুলি সহিতে ।।
একে একে অঞ্জলি বৃদ্ধি করি প্রতিদিন।
একদিণে এক দুইদিনে দুইদান ।।
এইমতে প্রতিদিন বাড়ক অঞ্জুলি।
দসাহ প্রর্যন্ত পিণ্ড বাৰ্দ্ধক অঞ্জুলি ।।
শ্মশাণেবা অন্য তীর্থে করিবে প্রদান।
দিণে দিনে করিবেক পিণ্ড জল দান ।। ১২ ।।
দশপিণ্ড চারি প্রকার করিবেক মত।
দুইভাগ পঞ্চভুত দেহের যেমত ।।
তৃতিয় ভগেতে যম দুত যেই পাইল।
চতুর্থ ভাগের উপ জীবের করিল ।।
নয় পিণ্ড এমত করে পরি বর্ত্তন।
দশমপিণ্ড জীবের ক্ষুধা তৃষ্ণা জানি ।।
নয়পিণ্ড দেহ প্রেত নিষ্পত্তি যখন।
ব্রক্ষণ প্রত্যহ দিন মন্ত্র আবাহন ।। ১৩ ।।
অসিব্বাদ নাকরিবে নাম গোত্রজান।
স্ত্রীপুরুষ দুইপ্রেত সপ্ন উচ্চারন ।।

---

মৈ কৌবা লাইদা দান কৎপনী মৈনা পেল্লগা শিগ্রিবা অদুগী পাপ লোইনা কোকই। পীণ্ড ৫ অসিগী তুংদা মৈ থারগনী ।। ৮ ।। মৈদা হাইজগনী ইবুংঙো নহাক্তি পুন্নমকপু লেংবিবা ঈশ্বরনি ননাই অসি লানবীরো প্রার্থনা অসি তৌদুনা মৈদা দেহ অদু কৎলকপা অদুনা হকচাং থাইরবদা ভণ্ডবা পীণ্ড কৎকনী। অহদগী অস্থি লৌরগণি যজ্ঞ লোইরবদা ।। ৯ ।। মৈ মুখন্তুনা ঈশিং হৈদুনা ইংহ নলগা যণথি হাপত্তুনা তৈরগা মরু মরাং হুনগনি। অদুগী তুংদা ইরুজরগণি অদুদগী পীণ্ড অমুক কৎনবা গঙ্গা মপান্দা ঈশিং মপান্দা কোনা ওনা লৈতেংবা লৈবুং ১ থোল্লগা মথক্তা থোইদিং কুশনাচিংবা থাদুনা পিণ্ড দান কৎকনি পুরক শোনগণি। ব্রাহ্মণগীনা কোনা ৪দা শোনগনি ।।১০।। থারা হৈনবা শুমাংদা কোনা ৪ নাইবা কোম ১ তৌরগনী মথক্তা হৈ যুংদুনা থারা হৈব য়ানবা শেমলগনী। ধুপ থাংবৈ থাদুনা ঈশিং হৈরগণী শঙ্গোম লকোইনাচিংবা কৎকনী হৈগণী। শিগ্রিবা অদুনা লপ্পা ফংডি অদুনা পী তাহনবা য়াদে মরমদি অসিবা অদুনা চায়ে মতম দুমিৎ তারমদাইদা থারা হৈগনী ।।১১।। শিব দুমিৎত্তগী ১০ নি শুবা ফাওবা, পুরোক শোন্দুনা পীণ্ডদান তৌগনি অঞ্জুলিগা লোইননা অদুগা অঙ্গুলিদা নোংমা নোংমাগী অমমম হেনগৎকনী। অদুনা ১০ নি শুবদা অঞ্জলি ১০ কৎকনী শ্মশানে মোংকমদা অদুগা অন্য তীর্থদা পীণ্ডদান দুমিৎ থুদিংগী কৎকনী ।। ১২ ।। পীণ্ড ১০ গী রা হাইগে,

প্রেত সব্দ উচ্চারণে প্রেত সুখ পাণ।
দীপ কমণ্ডল বস্ত্র আর নানা দান ॥
একাদশ দিনে প্রেত মহা পথ পাণ।
শিশুজন্য প্রেত দেহ ক্ষধা তৃষ্ণা জাণ।
সিত উষ্ণ অসিপত্র বনে দুঃখ পাণ।
সেইপথে পাপীজন করিল গমন ॥ ১৪ ॥
পিড়া করে যমদুত দিবা রাত্রি ক্ষণে।
মুদগার লইয়া হাতে করিল মারনে।
ক্ষধিত পিপাসা আর দুর্গম যেপথে।
কান্দিল সকল পাপী দুতমারে পথে ॥
প্রতিদিনে শত যোজন দুই গমন।
সপ্ত অহরাত্র সপ্ত চত্বারিস গমন ॥
সেই প্রেত গৃহদ্বারি গমন করিল।
যমের নগরে তবে উপস্থিত হৈল ॥ ১৫ ॥

প্রথমেতে যাম্যপুর পরে সৌরপুর
সুরেন্দ্র নগরে আর গন্ধর্ব্বের পুর ॥
ক্রুরপুর ক্রৌঞ্চপুর আদি নানাপুর।
বিবিস্ত হইল করে নানান্ন প্রকার ॥
কুনপুর দুঃখ হয়ে কুনবা মাহাদুঃখ।
কুন কুন পুর পাপী গলেদিল দুঃখ।
কুনপুর ভয়ংকরে অতি বরিষন।
কুনপুর সিত হৈল গ্রীষ্ম পুরে কুন ॥ ১৬ ॥
ত্রয়দশদিন যম দুত লয়া জায়।
যমদুত গণ চলে মর্ত্তের প্রয় ॥
যমমার্গ চলে দুত পুত্র পৌত্র ডাকে।
রোদন করিল পাপী পথে জাইবেক ॥
কিকর্ম্ম করিলে আমি এতেক দুর্গতি।
নরজন্ম পুণ পায়া সেকাল যেগতি।

নিতিগী কৎলিবা পীগুদো শরুক ৪ থোকনা য়েম্লগা শরুক অনিন, পঞ্চভুৎ কিনী শরুক ১ না যমদুৎকিনী শরুক ১ না উপ জীবগীনি। অসুম্না পিণ্ড ৯ শুবা ফাওবা য়েন্নি ১০ শুবা পিণ্ডদি, জীবদুগীদমকনি অন্নাম খোৱাংবা কোকনবা ব্রাহ্মণনা মন্নিং শোন্দুনা পীবনী ॥ ১৩ ॥ দুপাগী দুশিংগী ব্রাহ্মণনা মন্ত্র শোন্দুনা মুত্তি শাই অহানবা পিণ্ডনা কোক শাই ২শুবনা লেংবান ওকশম শাই, ৩শুবনা হৃদয় থম্মোই শাই ৪শুবনা থৎ শাই ৫নিগী পিণ্ডনা খোইদো শাই। ৬কীনা থাং শাই, ৭নিগীনা গুহ্য শৌজ থোং শাই ৮নিগীনা ফৈবোম শাই, ৯ নিগীনা খুকউ শাই ১০ নিগীনা মুত্তি শুনা শাগ্রে। অদুনা মুত্তি অদু ওইরবদা অরাম্বা খোৱাংবা কংডি ॥ ১৪ ॥ জীবদো মচানা মশুনা মরুপ মপাংনা লান্নবা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম কৃষ্ণ পৃতি তৌত্রবদি যমরাজগী দুৎনা অহিং নুংথিল্দা য়ৈদুনা চৈদুনা লাকনৈ, খুদোংথীবা লম্বীদা দুৎনা পুই অন্নাম খোৱাংবনা চৎপা ওমদদুনা কয়া কপই। নোংমা মোংমদা য়ুথক ২০০ গী লম পুই। শিবদগী দুমিং ৪৭ নীশুবদা যমরাজগী কোম্নুং য়োৗই ॥ ১৫ ॥ অদুদগী, যাম্যপুর চৎলি. অদুদগী সৌরপুর চৎলি অদুদগী সুরেন্দ্র নগর চৎলি অদুদগী গন্ধর্ব্বপুর চৎলি, অদুদগী ক্রুরপুর চৎলি অদুদগী ক্রৌঞ্চপুর নাচিংবা চৎলি ওম্মো কনা খুদোংথীবা, অরাবা য়াম্বনা রাবা থাংবা ওমদন রাবা মকম কয়া লেংনৈ মকম অমদা অশুকপা কংনা কি, মকম ১ দা নোংনা মীং মাই পাংবা ওমদে মকম ১ দা ইংবনা লৈবা ওমদে অংদনা শাবনা চাকথেকই ॥ ১৬ ॥ অসুম তৌনা অমুক দুমিং ১৩ নি পুইরে। পুম্বিবা যমরাজগী দুৎ অসি য়োংগী মুর্ত্তীনী জীবনা রায়কলবা গতি লৈরক্তবদা মচা মশু নিংশিংদুনা কোদুনা কপই। অদুদগী মানা তৌরকপা কর্ম্ম খন্দুনা থরাই চাকথেরকই। ঐবু অমুকডং মীওইনা পোকলগা

মহাপুণ্য করাইল সাধুসঙ্গ করি।
যমদূত পিড়াদিয়া স্মরে কর্ম্ম তারি ।। ১৭ ।
তীর্থ স্নান গয়াধাম নাকরিল আমি।
আমি ব্রাহ্মণের দান নাকরিল কর্ম্মে ।।
পুস্তক প্রদান আমি নাকরিল কখন।
বেদদান নাহি করি দুসঙ্গ কারন ।।
এই হেতু যাতনা ভোগ আইল আমার।
নারিগণ কান্দে যত করিবারে বার ।
আমি পতি সঙ্গে কেনে মরন নাহয়।
কেন আমি সতী ধর্ম্ম করিলেক ক্ষয় ।। ১৮ ।।
পরধন লই আমি কেনবা হরিল।
কর্ম্ম ভোগ পাই এবে দুঃখিত হইল ।।
পুরুষ গণে বোলে আমি পরস্ত্রী হেরি।
মাসব্রত নাহি করি শোধন শরির ।।
চন্দ্রায়ণ ব্রত নাহি আর মহাদান।
দুঃখ ভোগ করি আমি নাহিক মোচন।
পাপীর লক্ষণ জান বিনতা নন্দন।
পুণ্যজন শুভপথে আনন্দ গমন ।। ১৯ ।।

মহাসুখে মৃত্যু পথে করিলা গমন।
রৌদ্রতাপ নাহি পায়ে ছত্রের কারন ।।
অঙ্গার নাপায়ে তার পদুকা প্রদান।
বৈতরণী সুখে তরি ভাগি করেদান ।।
যমের যাতনা নহে ক্ষুধা তৃষ্ণানহে ।
দাণ ফল স্থানে স্থানে দুঃখ ভোগণহে ।।
ব্রত ভলে যার অঙ্গে সর্ব্বদা আনন্দ।
যমের দর্শণ করি স্বর্গেতে আনন্দ ।। ২০ ।।
পুষ্পরথে চড়িজায়ে নাচে বিদ্যা ধরি।
স্বর্গ পথে জয়জয় কুতুহল করি ।।
নারির জনম পায়ে অসৎ কর্ম্ম করি ।
এই হেতু অসৎ কর্ম্ম কভু নাহি করি ।।
জিবের হিতার্থে লাগি কহিল তোমাতে ।
সদাকালে মোর জপহ নামেতে ।।
রাম কৃষ্ণ জপি মুখে দেহ ভগবান ।
নিস্তার আমার মন ছেদ ভগবান ।। ২১ ।।
মনদিয়া সর্ব্ব ইন্দ্রি দুষ্টকর্ম্ম করি ।
রাখিত নাপারে মন অতি দুরাচারি ।।

সাধু সঙ্গ তৌরগা যমগী দূতশিংগী লানবা পাম্মী নিংঙি ।। ১৭ ।। মাবা তৌরকুবা কর্ম্ম ময়ামদো পাম লকই, পংজিদা ঐ অসে তীর্থ স্নান তৌরক্কে গয়াদা দান ধর্ম্ম তৌরক্কে ব্রাহ্মণদা দান ভোজন তৌরক্কে বেদ দান পুস্তক দান তৌরক্কে যজ্ঞ হোম কৎলকতে অদুনা হৌজিক ঐনা রারিবা অসিনিদো মুপী ওইবীসিংনা ঐবা ইপুরোইবাসিংগা লোইনদবদগী সতী ধর্ম্ম কাইবদগী রাবনী কপই ।। ১৮ ।। মশা মশাগী তৌরকপা পাপ কর্ম্ম অত নিংশিংদুনা অনুতাপ তৌই, ঐনা মীগী মপোৎ পামদুনা হুরানবা অদুগা সাধু সঙ্গ তৌদুনা দান ধর্ম্ম তৌরক্কবননী হাইদুনা কয়া কপই কয়া রাই হে গরুড় হাইরিবা অসে পাপ চেনবগীণী পুণ্য চেনবা কৃষ্ণ ভক্তি চৎপগীদি অরাবা লৈতে ।। ১৯ ।। শিরবম্ন য়ামনা নুংঙাইনা চৎলি। নুংশা শাম্বম্ন সত্রদান কৎলকপনীনা থান্দুনা চৎলি অশাবাদা চৎলবম্ন পদুকা দান তৌজবনীনা তোংদদা চৎলি বৈতরনী অদুম্ন বৈতরণী দাণ তৌবদগী অদুম লাল্লি যবনা দুৎনা লাক্লদে অচা অথকম্ন মান দান তৌজবনীনা মকম কয়াদা অরাৎপা লৈতে নুংঙাইনা যমরাজ উনরগা রাম্নি শাম্নগা ।।২০।। লৈগী দোলাই তোংদুনা জগোই শাবিনা থৌগ দ্দুনা স্বর্গপুর য়োদুনা স্বর্গ ভোগ চাদুনা লৈয়ে দুপাম্ন অদুমঙাই দুপীম্ন অদুমঙাই অফবনা কনা ফত্তবনা কৎহনা কর্ম্ম ভোগ চাই। অদুনা হে গরুড় জীবসিংগী ফনবা নঙোন্দা লিরবা অসিনী অদুনা মতম

তোমার চরনে মুঞি বাঞ্ছ আপতি।
তোমাবিনা অন্যজন নাহিক সকতি ॥
পুত্রদারা পালে যদি দুঃখিত হইল।
অন্তকালে তারাসব কিছু না হইল ॥
রাখরাখ দ মুডর তুমার চরনে।
মোর মনে নাচলোক তোমাতে ভজনে ॥ ২২ ॥
কর্ণ মোর নাছারোক নামের শ্রবন ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ জপে মুখে আনন্দ করুদান ॥
ভজণ পুজন মুঞি কিছু নাহিজানে।
নাম সেবাপরাধ ক্ষেম শ্রীচরনে ।
ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস কহে শুণ সর্ব্বজন ॥
ইহাশুণি যেই নর দুষ্কর্ম্ম খণ্ডন ।
পাপ মুক্ত স্বর্গপথে সুখেতে গমন।
ইহাজানি সর্ব্বজন শুণ একমন ।
সর্ব্বদায় জপ হরি মন শুদ্ধ করি।
শ্রবন কির্ত্তন করু বোলে হরি হরি ॥ ২৩ ॥

০।—। ইতিশ্রীগরুড় পুরাণপঞ্চদশ অধ্যায় সম্পূর্ণ

০ —।। ১৬। ষড়শ অধ্যায় ॥ —॥

জয় নমঃ কৃষ্ণচন্দ্র দয়ালু হৃদয়।
ভক্তের বাসনা প্রভু করুনা হৃদয় ॥
বলিরে সলিল হরি বামন পাইল।
ত্রিপাদ মাগিদান তাহাতে লইল ॥
একপাদ স্বর্গে চাকি আরপাদ মর্ত্তে।
একপাদ বলি শিরে স্থাপণ তুরিত ॥
দেবরাজ রাখিলন্ত আপণি বামন।
স্বর্গেতে স্থাপণ করি আনন্দিত মন ॥ ১ ॥
সুত কহে মুণিগণ কর অবধান।
পুণকহে কৃষ্ণচন্দ্র বিনতা নন্দণ ॥
প্রেত গণে এইরূপে পথে পরিশ্রম।
দুতের প্রহার সহি পথেতে দুর্গম ॥
সপ্তাদশ দিনে গেলা কান্দিতে কান্দিতে
তারপরে বায়ুমার্গে গমণ করিতে ॥
একাকি গমণ করি অষ্টাদশ দিন।
যমপুরে পাই তাহা করিল গমন ॥ ২ ॥
সেই পুরে প্রেতগণ মহা কুলাহল।
সেই স্থানে পুষ্প ভদ্রা নামে নদিছিল ॥

পুনমক্তা গোবিন্দ ঐশী নাম কাওগদু। রাম কৃষ্ণ কাংদনা শোক্লু অদু তাবদা গরুড়না গোবিন্দদা প্রার্থণা তৌবৈ ॥ ২১ ॥ ইন্দ্রি ময়ামনা মন পুহুনা ককবা কর্ম্ম পামহন্দুনা ঙাকপা ঙমদগুনা কর্ম্ম কত্তে অদুনা হে প্রভু ননাইবু চরন্দা চিংশিনবীয়ু ইবুংঙো নত্তনা কনানা কনবীগদগে পুত্র দারা য়োকপা তোংনবদা অরাবা ওইহুনা মাংগ্রে অদুগা শিরবদদি কনামত্তম্ন লোইনদে হে প্রভু দামুদর ঙাকপিয়ু কনবীয় চরন্দা থমবীয়ু ॥ ২২ ॥ নাকোংনা নাম তাকবা ইচিন্না শোনজবা পিনবীয়ু ভজন শাখোন খংজদে নাম অপরাধি সেবা অপরাধ কয়া ঙাকপিয়ু + প্রার্থণা অসি কংচৈ। ইন্দ্রদ্যুম্ন কবীনা হাইজৈ হে শ্রুতা খৈবিক রারি অসি তাবদা কত্তবা কর্ম্ম পাপ কোক্লুনা স্বর্গ পথ লেপ্পা কংগনি অসি খংনা পুকনিং হকচাং য়াওনা শ্রবন কীর্ত্তন তৌসি হরে কৃষ্ণ শোনসি ॥ শ্রী ।

মত্তাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১৫ শুবা অধ্যায় লোইজরে ॥

( পাংত্রবা তোল্লবা ননাই মনিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু )

[ ১৬ শুবা অধ্যায় হৌজরে ॥ শ্রী ॥ ]

শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা হন্না খুরমজৈ মনাইবু চানবীবৈবা ইবুংঙোনী। মনাই সোরারেনগী মমক বামন অবতার তৌদুনা, পাদ ১না স্বর্গদা পাদ ১না পাতালদা পাদ ১না বলিগী মকোক্ত নেৎখরগ॥

প্রবাহিত হয়ে যদি বটবৃক্ষ তিরে।
সেই স্থানে প্রেতগণ বিশ্রাম যে করে ॥
প্রেতগণ পুত্র পৌত্র স্মরন করিল।
করুনা করিয়া কান্দে ক্ষুধাতুর হৈল ॥
নিজ ধন পুত্র পৌত্র গৃহ ভৃত্য মিত্রে।
স্মরন করিয়া কান্দে যত্তেক মৃতুক্তে ॥
দূতবোলে মূর্খ তুমি কেনবা ক্রন্দন।
ধণপুত্রাদিক ধন কেকরে বারণ ॥
উপায় নাহিক তোর কর্ম্ম অনুছাড়ি।
মিছাতে পুত্রের লাগি ভার্য্যালাগি করি।
সুখে থাকি তোরনারী পাই তে রধণ।
জিবণ কালে তুমাধণ দান নাকরেন ॥
পরজনে পরপুরুষ মিছাতে দিলত।
মূর্খপুত্র দান নাহি সুখে বসি খান্ত ॥
তুমার জীবন থাকি কেনবা না করি।
দাণ যজ্ঞ তোরহন্তে কেনে নাহি করি ॥

সলে বলে ধনগর্ধে অতি দুঃখ পাই।
সেখন মিছাহৈল নরকেত হই ॥
সৎপথে নাকরি তুমি ধর্ম্ম অনুছারি।
অসৎ কর্ম্ম করি তুমি নিষ্ফল যে করি ॥
দান করিবার কালে কৃপণ হইল।
দুর্গম পথেত জল কিছু নহে ভাল ॥ ৫ ॥
মরনের হেতু তুমি না করিল ধর্ম্ম।
পাপ মাত্র করি তুমি করিল অধর্ম্ম ॥
কাহাপুত্র বন্ধুজন কেমনে রাখিবে।
পাসডরি গলেবান্ধি জখনে ডাকিবে ॥
গমণ করিল কান্দে হইয়া বিকল।
প্রথম মাস পিণ্ড সৌরী পুরে খাইল ॥
তারপরে তিন পক্ষ জঙ্গমেতে পায়ে।
স্থিত হয়া কিছুকালে বিশ্রাম করয়ে ॥ ৬ ॥
তারপরে সুরেন্দ্র বিতিয় মাসে পায়ে।
তৃতিয় মাসে গন্ধর্ব্বের নগরে পায়ে ॥

সোৱারেনবু স্বর্গ তুক পীনখি ॥ ১ ॥ সুত মুনিনা হাই হে মুনি সভা গোবিন্দনা হে গরুড় শিরবা জীবনা প্রেত ওইদুনা চৎলকপা হাইগে তারো দুৎনা য়েদুনা চৈদুনা দুমিৎ ১৭ নি পুরগা ১৮ নি শুবা দুমিৎ অসি মতোমতা বায়ু মার্গদা চৎলদুনা যম কোংগ কংতি ॥ ২ ॥ অদুদা অসিবা জীব মরাম পৈকম পোংথা কমনি। অদুদি মকম অদুদা পুষ্পভদ্রা কৌবা তুরেল ১ চেল্লি মথান্দ বোট পাম্বি ১ হোই অদুগী মখোংদা পোংথায়ে। জীবণা মচা মচু নিংশিংতি; চাদমনা মবুক য়াংদা পক্লনা মাগী মরম লনা লুপা অচা অথক নিংশিংদুনা চাব কংদবদগী কয়া কপই ॥ ৩ ॥ দুৎনা চৈয়ে অপংবা কপকনু তানিংদে নংনা নচাগী নতুগী নগুগী থনমলগা, নংনা তৌবা মতুংইন্দ লাকলগা করিগী কপলি; নতু নচানা দুংঙাইনা চাহোয়ে নংনো হিংলিঙৈদা দান ধর্ম্ম সু শামুদুনা তৌরক্তে, হৌজিক নতু নচানসু নংগীদমক কৎলক্তে, নরঙ্গু দুংঙাইনা চাদুনা লৈরে ॥ ৪ ॥ নংনা হিংলিঙৈদা করি খন্দুনা লৈ দান যজ্ঞনাতিংবা করিগু তৌনিংদে মরম কাইনিংলবনা মরে মরা তৌদুনা নপুনসি লেন্নে অরৈম্বদা পৈদুনা থনবলে অকবা লম্বি চৎববা লাংলক্তবনিনা নংনা তাক্লবা দরমদো অরেবা তাহোয়ে দান ধর্ম্ম তৌরমদাইদা নিকপানিনা করমনা অকবা লম্বী কংগনী ॥ ৫ ॥ হয়েৎ শিরগা কংননবা দান ধর্ম্ম করিগু তৌদনা পাপ তান্দুনা নপুনসি লেমলে অদুগা হৌজিক নতু নচা, নগু মরুপ মপাং কৌদুম কপ্পগা কমা লাকপিগনী হাইরগা দুৎনা সউন শৌরিনা পুন্দুনা পুরে জীবনা উপাই লৈতদুনা কপই। হে গরুড় বারমাসিকা পিণ্ডগী রা তারো, মতম অদুদা প্রথম মাসকী পিণ্ডদো

পিণ্ড পায়া সেই স্থানে ভোজন করিলা ।
সৈলাগমে উপস্থিত বরিষয়ে ছিলা ।।
চারি মাসে পিণ্ড খায়া কিঞ্চিৎ সুখ পায়ে ।
তারপরে ক্রুরপুরে উপস্থিত হয়ে ।।
পঞ্চমাসে পিণ্ড খায়া করিল গমন ।
ক্রৌঞ্চপুরে উত্তরিল ষষ্ঠ মাস জান ।। ৭ ।।
পিণ্ড খায় মুহুর্তার্দ্ধ বিশ্রাম করিল ।
তারপরে চিত্রপুর গমন করিল ।
চিত্র রাজা যমানুজ তারপথে দুঃখি ।
প্রেতগণ কান্দে তথা ক্ষুধা তৃষ্ণাদুঃখি ।।
কুনজন মোর দুঃখ কেমণে রাখিবা ।
দুঃখপায়ে কান্দে পাপী কেমনে তরিবা ।।
নাকর ক্রন্দন বলি যমদুত মারি ।
হেনকালে কৈবর্ত্ত আইল সেই তীরে ।। ৮ ।।
গোদান করিল পুণ্য সেই ক্ষণ তথা ।
হরির উর্দ্দেশে গাভী পাঠাইল যথা ।

গাভীসঙ্গে হরিপুরে করিল গমণ ।
ব্রাহ্মণের গাভীদান সুখ হৈল মন ।।
পার করি বাধা নাহি সর্ব্ব পাপ ক্ষয় ।
গাভীদান না করিল অতি দুঃখ হয় ।।
বৈতরণী নদিসেই রক্ত বিষ্টা ময় ।
জলজন্তু পক্ষি আদি দংসি কর ময় ।। ৯ ।।
কান্দিল সকল পাপী উপায় নাহিক
দুত বোলে অরে মুঢ় কেবা তরিবেক ।।
শীঘ্র চল বোলিতারে গলে দড়ি করে ।
তানিয়া প্রহার করে শিরেতে মুর্গর ।।
এইমতে পার করি দুঃখের সাগর ।
সম্মাসিক পিণ্ডদান তাহাতে যে পায় ।।
দুইশত সপ্ত চত্বারিংস যাম পথ ।
অত্তপদ পুরে আসি সপ্ত পিণ্ড পথ ।। ১০ ।।
অষ্টমাস পিণ্ড খাই করিল গমণ
নানা ক্রন্দপুরে পায়ে অতি দুঃখ মন ।

সৌরিপুর য়োবদা ফংদুনা চাই অদেগী দুমিৎ ৪৫ নি পক্ষ ৩শুবদা জঙ্গম স্থান ফংলে অহুদা ঙাই হাক পোৎথাই ।। ৬ ।। অহুদগী থা ২শুবদা সুরেন্দ্রপুর ফংলে । অহুদগী থা ৩শুবদা গন্ধর্ব্ব নগর ফংলে অহুদা থা ২গা ৩গগী পিণ্ড ফংদুনা চারে । অহুদগী সৈলাগম য়োরে অহুদা থা ৪ গী পিণ্ড ফংদুনা চারে অরাবা খর কোকলে অহুদগী ক্রুরপুর য়োরে অহুদা থা ৫গী পিণ্ড ফংদুনা চারে অহুদগী ক্রৌঞ্চ্যপুর য়োরে অহুদা থা ৬ক্কী পিন্দ ফংদুনা চারে ।। ৭ ।। অহুদা ঙাইহাক পোণাই, অহুদগী চিত্রপুর য়োরে যমরাজগী মনাও মুপা চিত্র নিংথৌগী লমনি য়াম্না রাই থুদোংথি অরাব থৌরাংবনা থাংবা রাদুনা জীবনা কয়া কপই । কনানা অরাবদু কনবীগদগে কপই দুৎনা তানিংদে কপকনু হাইদুনা য়ৈ চৈ । মতম অহুদা হিহোনবা ডুম বৈতরনি লান্নবা থুংতৈ ।। ৮ ।। মতম অহুদা গোদান যণ কৎথিবগী পুণ্য থুংত্তরে শ্রীহরি উর্দ্দেশ তৌদুনা কৎথিবা যণবীদো মতম অহুদা লাক্ষুনা মানা লম্বী চিংত্তুনা হরিপুরদা চৎথি । অহুনা ব্রাহ্মন্দা ঈশ্বরদা গোদান যণ কৎপা অরেবদা মাংদে গোদাম কৎতবা পাপ চেনবা জীবদো বৈতরনী লানবা ঙমদত্তুনা কপই খীনে ঈনে ফত্তবা কয়ানা তিনবা চীকপদা খোংপদা নাঞ্জবা জীবনা তিনবা বৈতরনী তুায়মি ।। ৯ ।। অহু উবদা লান্নবা উপাই উদহুনা জীবনা কপই । দুৎনা করিগী কপজি থুনা চৎলু হাইদুনা য়ৈ চৈ চিংত্তি ইম্রি য়াত্রগা য়োৎ শুকনা দুংশুকনা খিঙ্গি য়ৈয়ে অম্নমনা অরাব সমুদ্র লান্নবদা থা ৭ ক্কী পিন্দ ফংদুনা চারে অহুদগী য়ুথক চনি ৪৭ চৎলবদা অহবাপুর য়োরে অহুনা থা ৭ ক্কী পীণ্ড চাহুনা জেল্লি ।। ১০ ।। অহুদগী থা ৮ গী

তথাতে আছয়ে জীব দুঃখেতে গমণ ।
সেইখানে নবপিণ্ড করিল ভোক্ষণ ॥
তারপরে তপ্ত পুরে করিল গমণ ।
সেইখাণে দশপিণ্ড পাইয়া ভোজন ॥
তরপরে রৌদ্রপুরে করিল পয়াণ ।
একাদশ পিণ্ড ভুঞ্জন তথা পায়েণ ॥ ১১ ॥
তারপরে পয়বর্ষে করিল গমর্ণ ।
মেঘ বৃষ্টি করি তথা দুঃখের ভাজন ॥
তারপরে ধর্ম্মপুরে করিল গমণ ।
সম্বৎশ্বর শ্রাদ্ধ আদি করিল ভুঞ্জণ ॥
তারপরে সিত পুরে করিল গমণ ।
শীতে কাপে প্রেতগণ করিল ক্রন্দন ॥
মৃত বোলে কিবা দান আছয়ে যেস্থান ।
প্রেত নাহি শুনে দান নাকরিয় কুন ॥ ১২ ॥
কাল পূর্ন হয়ে প্রেত করিল গমণ ।
পাপীগণ মহাদুঃখ নাপাইয়া ত্রান ॥
ধর্ম্ম রাজা আগে পুণ উপস্থিত হৈল ।
চতুসিতিলক্ষ প্রাণী তথাতে আইল ॥
বিচার করিল ধর্ম্ম পাপ পুণ্য যত ।
চিত্রগুপ্ত আসি তথা কহিল যে যত ॥
তিন করি তথাতে ভুচারি পাতাল ।
স্বর্গ চারি বিচারিল তার কর্ম্ম ফল ॥ ১৩ ॥
ইহাজানি শুভ কর্ম্ম করি যুগ্য হয় ।
ব্রাহ্মণ ভুঞ্জণ আর দানাদি করয় ॥
প্রেতের লাগিয়া দান ধর্ম্ম করিবেক ।
দেবতা অর্চ্চন আর গুরুকে পুজক ॥
যত্ন করি পুণ্য কর্ম্ম কর জীবগণ ।
কহয়ে ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস শ্রীকৃষ্ণ চরন ॥
সংসার দুঃখের মধ্যে ডুবিয়াছে মন ।
ধনজণ পুত্রদ্বারা সঁপিয়াছে মন ॥ ১৪ ॥
তাহাহৈতে গাড়িলেন তোমার চরন ।
কাম ক্রোধ ছেদকরি প্রভু জনার্দ্দিন ।
শ্রীচরন বান্ধিয়া রাখ মুই অধমের ।
পতিত জানিয়া নাথ তুমি কৃপা কর ॥
ভক্তিদেহ মুই মূঢ় নাহি স্বর্গ কাম ।
ভোজণ পুজন ধর্ম্ম নাহিজাণি মর্ম্ম ॥

পীণ্ড চাহুনা ক্রন্দপুর য়োরে, জীবনা ওস্থোক্রা রারবদা থ ৯ গী পীণ্ড ফংহুনা চারে অহুদগী তপ্তপুর য়োরে অহুদা থা ১০গী পিণ্ড ফংহুনা চারে অহুদগী রৌদ্রপুর য়োরে অহুদা থা ১১গী পীণ্ড ফংহুনা চারে, ॥ ১১ ॥ অহুদগী পয়বর্ষদা চংলে, নোং মুংশিংনা য়াম্লা রান চংলি, অহুদগী যমরাজগী কৌমুং য়োরে সম্বৎশ্বরগী শ্রাদ্ধ ফংহুনা চারে অহুদগী সিতপুর য়োরে ইংবন খাংবা রাহুনা কয়া কপ লাওই তুংনা নংনা করিদান তৌরকই হংঙি জীবনা করি কংলক্তবনিনা খুমদে ॥ ১২ ॥ অহুদগী মতম ওইরহুনা তুংনা জীব পুহুনা যমরাজগী নাক্তা লাকলে । মফব অহুদা মমা লখা ৮৪গী জীব থুংলৈ অহুদা মকম ৩ থাকনা খাইদোকলে। অহুদি পাপ পুণ্য ইরিবা চিত্রগুপ্তনি পৃথীবীদা লৈনবা, পাতাল্দা চৎ-খিনবা স্বর্গদা কাখিনবা য়েনখোকলে ॥ ১৩ ॥ গোবিন্দনা হে গরুড় অসি খংনা অফবা কর্ম্ম তৌগদবনী ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ভুঞ্জন কংকদবনী, শিগ্রিবা জীবগীদমক লান্নবা ঈশ্বরবা অর্চ্চা পুজা গুরু ভক্তি কংকদবনী অহুনা গোবিন্দ ঐবু কাওরোইদবনী। মতাং অসিদা ইন্দ্রদ্যুম্ন কবীনা প্রার্থণা কংচৈ হে মন, সংসারদা মুপ্তুনা ইচা ইণ্ডগী রাখন থাদোকউ । ১৪ ॥ হে প্রভু সংসারদগী চিংখোকপী হুনা কাম ক্রোধনাচিংবা ছয়রিপু ককথংপীহুনা চরন্দা পুন্দুনা থম্বীয়ু তোল্লে খংনা চানবীয়ু। স্বর্গ কাবা পামজদে সেবা ভক্তি পীনবিয়ু অহুগা ভোজন সাধোনদি হৈজদে, মপোক খুদিংদা চরণগী

জন্মে জন্মে তুয়া পাদ ভক্তি দেহ মোর।
তুয়াদাস অনুদাস দেহ প্রভু মোর ॥ ১৫ ॥
তুমার চরন মাত্রভক্তি দেহ নাথ।
তুমা নয়ন মাধুরি চাহ ভক্ত সাথ ॥
কৃপালু সাগর তুমি ভক্তের অধিণ।
হরি হরি বোল মুখে সবশ্রুতা গণ ॥
ইহার প্রেতাপ শুনি জানি সর্ব্ব তত্তে।
যমের যাতনা সব নাপায়ে তথাতে ॥
মুক্তির লাগি কর্ম্মসব নিশ্চয় জানিবা।
গুরুর ব্রাহ্মণে সবা তখণে মানিবা ॥ ১৬ ॥
গোদান বৃষস্বর্গাদি সব তত্ত্ব জানি।
চেতন থাকিয়া কর ভোজণ পুজনে ॥
ভাগাকরি তাহাপাই জানিবা নিশ্চয়।
বিশ্বাস করিয়া ভোজ প্রভু মাধবয় ॥ ১৭ ॥
০ —। ইতি শ্রীগরুড় পুরাণ ষড়ব অধ্যায় সম্পুর্ণ
০ —। ১৭। সপ্তদশ অধ্যায় ।।—।
নম: নম: মাধব গোবিন্দ জনার্দ্দিন।
ভক্তলাগি অবতার পৃথীবী ভুবন ॥
মচ্ছ রূপি অবতার দৈবর্ত্তা উদ্ধারি।
পুণ কুর্ম্ম রূপি ধরি পৃথিবীয় ধরি ॥
সংসার ধরিল প্রভু সমুদ্র মথনি।
চন্দ্রআর উচৈচ শ্রবা লক্ষ্মি ঠাকুরানি ॥
সর্ব্ব রত্ন ঔষধাদি উদ্ধার যে করে।
পালণ করিল প্রভু তুমি অবতারে ॥ ১ ॥
কৃষ্ণ কহে যমপথ গমনের কথা।
কহিল তুমার স্থানে দুর্গম যে পথা।
বৃষস্বর্গ করিপুণ্য পিতৃলোক জায়।
একাদশ পিণ্ডদান শুদ্ধ দেহ হয় ॥
জলকুম্ভ দাণ করি তৃপ্তি যম দূত।
সয্যাদান করি যেই চড়ি বিমানেত ॥
স্বর্গে জায়ে মহাসুখ গন্ধর্ব্ব গায়ণ।
দ্বাদশাহে দাণ করি বিসেষ লক্ষণ ॥ ২ ॥
পদদাণ আদি ত্রয়দশ দান বিধি।
জীবণ থাকিলে যদি দান করি বিধি ॥
মরন কালেত তাহা শুভ পদ পাই।
যমপুরে গমনেত শুভ পথ পাই ॥

ননাইগী ননাই ওইনা পোকচগে ॥ ১৫ ॥ শ্রীচরণ্দা ভক্তি তৌজবা পীনবিয়ু ননাই ভক্তগী লোইনজহনা শ্রীমুর্ত্তি দর্শন তৌজগে খোজায়া সমুদ্রগুমলবা ইবুংঙোনী। হে শ্রুতা থৈবিক রারি অসি তাবদা যমগী লাকনবা অরাবা কোকপা প্রসঙ্গনী সংসোরদগী লান্নবা, গুরু, কৃষ্ণ, বৈষ্ণব সেবা পামগদবা ওই ॥ ১৬। গোদান ষণ কংপা বৃষস্বর্গগী গুণ খংনা দান কর্ম্ম তৌগদবা ওই ঐনা তৌবনা ঐনাকংভিঅসি খংনা থাজনা শরনি তৌগদবা ওই॥ শ্রী। মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১৬ শুবা অধ্যায় লোইরে।

(পাংত্রবা ননাই মনিসিংনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচৈ অরানবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু)

---

[১৭ শুবা অধ্যায় হৌজরে]

শ্রীগোবিন্দবু থুরমজরি মনাইগীদমক মচ্ছ কুর্ম্ম অবতার তৌরিবা মন্দার চীংবু পুবীদুনা সমুদ্র নৈহনলগা থা উচৈচশ্রবা সগোল লক্ষ্মী মাতা রত্নন হিদাক অমুসনাচিংবা পুন্নমক থোকহন্দুনা পৃথীবীগী জীবগী মঙ্গল পিনরবা ইবুংঙোনী ॥ ১ ॥ গোবিন্দনা হে গরুড় জীবনা যম তাম্না চৎপদা অরাবা নত্তোন্দা হাইরে বারমাসিকগী পিণ্ড ১১ গী, বৃষস্বর্গগীসু ঐনা হাইরে মথাগী রা তারো। ঈশিং থম্না হান্না জলকুম্ভ কৎলগা যমগী দূৎনা পেন্নি। সর্য্যা কৎলগা তোংনবা দোলাই কংভি, অচুনা স্বর্গ কাই দান ১২ কৎলগা মহৈ ১২ কংভি ২ ॥ অদুনা মথং মথং শোড়ষ দান দান ১৬ কৎগদবনী, হিংভিদৈদা

সুপবিত্র দেহ হয়ে নিশ্চয় জানিবে।
উত্তম মধ্যম পথ অধম জানিবে।
যারতার দান ফল হইবে যখন।
স্বয়ং দান আর বন্ধু বান্ধবে কারন ॥ ৩।
করিলে যেদান বিধি মহা সুখ পাই।
গরুড় কহেন প্রভু তার হেতু সেই॥
তারবিধি কহ মোরে কৃপালু হৃদয়।
ভগবান কহিলেন বিনতা তনয়॥
ছত্র পাদুকা বস্ত্র অঙ্গুরি কমণ্ডলু।
এই সপ্তদাণ বোলি জানিবা কহিল॥
ছত্রদান রৌদ্র পালন প্রেতের নিশ্চয়ে।
পাদুকা প্রদান ফল অসিপত্র হয়ে ॥ ৪ ॥
অশ্ব আরুহন করি নিচিন্তে গমণ।
আসণ ভুজন পাত্র এ দান করেন॥
ব্রাহ্মণের স্বাদ বস্তু আর যে আসন।
প্রেতগণ জাইতেছে সুস্বাদ ভুজন॥
কমণ্ডলুদান ফলে রৌদ্র মধ্যে গতি।
তৃষ্ণাতুর নাপাইল মহাসুখ গতি॥

মৃত্যুলাগি তাম্রপাত্র দাণ করি যেবা।
সহস্রেক কমণ্ডলু দান ফল পাইবা ॥ ৫ ॥
বস্ত্র আভরন দান যমদূত গণে।
কৃষ্ণ পিঙ্গলা যেহুত পিড়া নাহি জানে॥
মুদ্রিকা করয়ে দান প্রেতের গমণ।
দূতগণ নাহি মারে ধিরে ধিরে জান॥
ভুজপাত্র আসন আমর্ঘ ঘৃতদান।
যজ্ঞ পবিত্র দণ্ড সার্থ পাদাদিক পুর্ণ॥
মহিষের দুগ্ধদান পথে দুঃখ নাহি।
গরুড় কহেন প্রভু দান ফল যাহে ॥ ৬ ॥
কেমণে পাইব পথে কহনরায়ণ।
হরিকহে সেইদান বরুণ গ্রহন॥
আনিয়া আমার হাতে দিলা ততক্ষণ।
আমিদিলা স্বর্য্যোদেব স্বর্য্য প্রেত দান॥
কুসিত কর্ম্মের ফল এই ক্ষিতিতল।
অপুত্র হইলে যদি নরকে পাইল॥
তাবৎ পাপক্ষয় কাল উদ্ধার যেজন।
পাপথাকি সেইজণ নরক পতণ॥ ৭ ॥

কৎলম্বা অচনা শিরবদা মাগী মহে অঙ্কু কংঙি। অহুনা যমগী লম্বিদা করুনবা অসি হিংলীঙৈদা লাংগদবনি ঐবু ঐনা খংগদবনী অথেই ময়াই অতোনবা মথন য়ামশ্রে মানা মানা কৎচবা দান ধর্ম্ম মতুংইন্না কংগদবনী। ৩ ॥ গরুড়না হে প্রভু দানগী মরম তাকপীরে করম তৌনা কৎকদগে তাকপীয়ু। গোবিন্দদা হে গরুড়, ছত্র, পাদুকা, বস্ত্র, অঙ্গুরী, কমণ্ডলু আসন ভোজ্য পাত্র ৭ অসি কৎপাবু সপ্তদান কৌই। ছত্র কৎলগা সুংশা লাংদনা চৎলি পাদুকা কৎলগানা ॥ ৪ ॥ খুদোংথিবা লমদা সগোল তোংদুনা চৎলি, আসন ভোজন, কৎলগা চাবা থকপা সুংঙাইনা চাদুনা চৎলি। কমণ্ডলু কৎলগা সুংশা মৈশাদা থৌরাংবা কোকই। অহুগা কোরিগী পাত্র কৎলবদি কমণ্ডলু লিশিং ১ কৎপগী ফোল কংঙি ॥ ৫ ॥ বস্ত্র, আভরন, কৎলগা, শাথিবরা য়োং মানবা যমদূৎনা তাথি তাওইনা য়ৈবা চৈবা তৌদে অঙ্গুরী কৎলগা যমগী দূৎনা বেত্তাব তৌনা চায় লুনা তৌদুনা পুদুনা চৎলি। অহুনা হে গরুড় ভোজপাত্র আসন অমর্ঘ ঘৃত, যজ্ঞ পবিত্র সুগুণ মহিষ দুগ্ধ শঙ্গোম অসিনা চিংবদো কৎলগা মাগী মাগী ফল অতুম কংগে। গরুড়না হে প্রভু। ৬ ॥ সিদা কৎলগা আদা করম কংলিবনো গোবিন্দনা অকৎপা পুরমক বরুন কৌবা লাইনা লৌরগা গোবিন্দ ঐঙোন্দ পীররে ঐনা সুমিৎতা পীদুনা সুমিৎনা, শিঙ্গবা জীবদা পীবনী। অহুগা হিংঙিঙৈদা কৎতবা কর্ম্ম তৌবা

সময়ে সময়ে যম নরক দর্শন।
পাপ মুক্ততারে করে এই সে পুরন॥
চতুর্শীতি লক্ষ নরকাধি পতি যম।
সেসব নরক মধ্যে একবিংশতি তোম॥
অপুত্রক জনে দির্ঘ কাল বাস হই।
যাহার ভুজন বস্ত দিনে দিনে পাই॥
দেখি যমদুত অতি ঘোরতর করি।
ছোল করি অতি শিঘ্রে ছুত দর বড়ি। ৮॥
যার যত পিণ্ডদান গড়িয়া খাইল।
মাসমধ্যে একবার ভুজন পাইল॥
মহাসুখে তারাসব ভুজন করিল।
এইরূপে দিন মাস বৎসর হইল॥
শৌরিপুরে বহু ভেদি ভ্রমন করিল।
ভোগ অন্তে দেহ পুণ: জনম পাইল॥
জলৌকা যেমনে তৃনে গমণ করিল।
কর্ম্ম অনুছারে জীব দেহন্তর হৈল॥ ৯॥
দেহগণ জীর্ণ বস্ত্র পরিত্যাগ করি।
যেমন নৌত্তুন বস্ত্র পরিধান করি॥

জীর্ণ দেহ ত্যাগ করি নবদেহ পাই।
এইমতে গতায়াতে জান অতি প্রায়॥
মোরে কৃপাকর প্রভু পতিত প্যাবন।
শুদ্ধনাহি মোর মন কর্ম্মের বন্ধণ।
আমার দুষ্কর্ম্ম ফলে নরক পতণ।
নাহিজানি তবগুন মুঢ় মতি মাণ॥ ১০॥
সদাকালে দেহ মনে তুমার ভগতি।
ভক্তিবিনু অন্য কাম নাহিক সকতি॥
মোসম পতিত প্রভু ভুবন মাঝারে।
দান ধ্যান যজ্ঞ কাম নানা করি আরে॥
পুণ্য লেশ নাহি মোর অধম পামর।
পাপীষ্ট জানিয়া প্রভু নাখেলিয় মোর॥
তবকাছে রাখিহ প্রভু চরনের তলে।
পতিত পাবণ নাম ক্ষাত ভুমণ্ডলে॥ ১১॥
পাপীষ্ট অধম মুঞি মরন সময়ে।
রসরাজ শ্রীমুত্তি দেখা দাওগো দিয়ে॥
কৃপাকরি দিন্ননাথ হে দিন দয়াময়ে।
শ্রীরূপ দেখি নয়নে প্রাণ হারাইয়ে॥

মচা পোক্তবা অসি মহাপাপণি অহ্নৱা হিংলিতৈদা পাপকী লম্বী ককও॥ ৭॥ যমনা মানা তোৱ কপা কর্ম্ম প্রজুগী মতুংইন্না নরক কংহল্লি নরককী কুণ্ড মশিং লখা ৮৪ নি অদুগী মরক্তগী য়ামনা শাথিনা কংতবা ২১ নী। মচা পোক্তবনা কংলক্তবদগী চাব ফংদহুনা অরাব ওই অকবা মচা পোকপণা গুরুজন কাওদনা কংপদগী অচা অথক রাংতনা চাব কংতি॥ ৮॥ যমগী দুৎনা পীজদে থা ১ দা নোংমদা পিজৈ য়ামনা রানা থাংডি। যম লৈপাক্ত অশুম্না হুংঙাইনা রানা মুমিং কয়া চহি কয়া মাগী মাগী পাপ পুণ্য চাবা লোইরবদা অমুক পোকলয়ে কাকফৈনা নাপি ১ থারগা নাপি ১ লৌবগুম জীবনা দেহ ১ থাৱগা দেহ ১ কংডি॥ ৯॥ ফি কংতবা হুন্দোকলগা ফি ১ লৌবগুম জীবনা দেহ অমনবা কনজেকলগা অকমবা দেহ লোবনী। জীবদি মাংব সিব নাইদে দেহ ওনবনী। অহ্ তানদা গরুফনা হে প্রভু ননাইবু চানবীয়ু কর্ম্ম কংত্রবা ননাইনি॥ ১০॥ ননাইনা খুরমজগদবদি ইবুংঙোদা ভক্তি কাওজদবা পিণৌ ননাইদি দান, ধর্ম্ম যজ্ঞ কর্ম্ম অমতা ভমজত্রবা ননাইনি অহ্নৱা তোলবনী থমবীয়ুনা শ্রীচরণগী নাক্ত থম্বীয়ু নিজরি॥ ১১॥ ননাইনা নিজগদবদি শিরমদাইদা শ্রীমুর্ত্তি উজরা, ইবুংঙোগী নাম শোনজবা নামগা লোইননা থবাই থাজবা পিণৌ। ইত্রহুম কদিনা হাইজৈ হে শ্রুতা থৈবিক গোবিন্দনা তাকলিবা অসিগী মতুং ইন্না সাধু সঙ্গ

ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস কহে সাধুর চরন।
ইহাশুনি সর্ব্ব নর পাই বুদ্ধি জ্ঞান॥
শ্রীকৃষ্ণ ভগতি পাই সঙ্গি সাধুজন।
ইহাশুনি যেইজন পাপ বিমুচন ॥ ১২ ॥

০ —। ইতিশ্রীগরুড়পুরাণ শপ্তদশ অধ্যায় সম্পূর্ন

০।—। ১৮। অষ্টাদশা অধ্যায় ॥—।

প্রণমহু নরায়ণ দেব ভগবান।
যাহার কৃপাতে হৈল জগত জীবন॥
পাপীষ্ট দমন করি সাধুর পালন।
ব্রহ্মা আদি দেবগণ যত জন্তু গণ॥
যাহার শৃজন প্রভু কমলার পতি।
সর্ব্বজীব রক্ষা হেতু জন্মে পৃথিবীতে॥
সুতমুনি বোলিলন্ত শুণ মুনিগণ।
তারপরে কহিলেন দেব জনার্দ্দন ॥ ১ ॥
প্রেতবায়ু রূপি কর্ম্ম দেহেতে প্রবেশ।
ক্ষুধাতুর হৈয়া মিলে দেহেতে প্রকাশ॥
যমের সহিতে চিত্রগুপ্ত সেই স্থানে।
যাহাতে কায়স্থ আসে লেখিপাপ পুণ্যে॥
চিত্রগুপ্ত নগরেতে বিস্তার ব্যাপক।
বিংশতি যোজন প্রায় তাহা হইলেক॥
পত্রদিয়া যমরাজা বিচার কারন।
পত্রলেখি যমরাজা বিচার করেন ॥ ২ ॥
তারকর্ম্ম পাপ পুণ্য সকলি জানিল।
শুবিচার করিযম সক্ষাতে কহিল॥
পাপ পুণ্য দর্শণ করিল মহাদান।
পূণ্যজন মহাসুখে করিল গমণ।
লৌহ লবন কার্পাস তিন পাত্র দান।
যমপুর বাসি সব তৃপ্তির কারন॥
প্রেতগণ আগে দ্বারি শুভা শুভ কহে।
ধর্ম্ম ধ্বজ দ্বারি তথা সর্ব্ব কালরহে॥ ৩ ॥
সপ্ত ধণ্য দান করি ধর্ম্ম ধ্বজ পৃত।
তাহার উপায় করি পুণ্যের কৃতস্ত॥
ধর্ম্মরাজ সৌম্য রূপে করেন দর্শন।
পাপীগণ ভয়ঙ্কর করিল দর্শন॥
ভয় পায়া পাপীগণ করএ ক্রন্দণ।
তারাদেখি যম উঠী বলেন বচণ॥

তৌহনা ইবুংঙো নোংশি ॥ ১২ ॥ ॥ মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী ১৭ শুবা অধ্যায় লোইজরে॥
( পাংক্রবা ননাই মসিসিংনা মৈতৈলোন্দা হন্জোকচৈ অরানবা পুন্নমক তাকপীয়ু )

[ ১৮ শুবা অধ্যায় হৌজরে ]

শ্রীগোবিন্দবু খুরমজে, সংসার জীব পুন্নমকপু মী লাই তিন কাংনা চিংবা সেম্বীবা য়োকপিবা চরন্দা চিংশিনবা ইবুংঙোনী। সুত মুনিনা হাই হে মুনি সভা ॥ ১ ॥ গোবিন্দনা হে গরুড় অসি বনা বাসন ময়ি দেহ ওইহনা চিত্রগুপ্ত কোন্নুং য়োই চিত্রগুপ্ত নগর অসিনা পাকপসি য়ুথক ২০ পাকই। মকম অসি যমরাজনা জীবগী অকবা কৎতবা পুন্নমক চিত্রগুপ্ত ইহন্দুনা থম্মী ॥ ২ ॥ যমরাজনা চিত্রগুপ্তগী ইরিবা অহৃগী মতুং ইন্দুনা মাগী মাগী অক কত্ত বিচার তৌই। দান ধর্ম্ম কৎলক পনা যমরাজ অকবা লম্মী স্বর্গ মাগদা থাই। য়োৎ থুম লশিং পাত্র অসিনাচিংবা দান তৌরকপা পুন্নমক শিরহনা লাকলিবা জীবহুশী মাংদা যমরাজদা চিত্রগুপ্ত মাগী দান ধর্ম্ম রারি লিহুনা তাহনলি। ॥ ৩ ॥ সপ্তদান তৌরকপা ধাণ্য দান তৌরকপা ধর্ম্ম কর্ম্ম অকবা মীনা যমসে ওংহোকনা মেংঙি ইংঙি পাপ কর্ম্ম তৌবা জীবদনা অঙকপা কংবা মুত্তিনী অহনা কিহনা জীবনা কপই লাওই অহ উবদা যম হুৎসিংদা য়াথং পিয়ে। হুৎনা জীব পুহনা স্বর্গ লোক গন্ধর্ব লোক ॥

লোক নিয়া চল বোলি করি আজ্ঞাদিল।
স্বর্গ লোক যে গন্ধর্ব্ব লোক পাঠাইল ॥ ৪ ॥
মৃত্যুলোক জনলোক স্বর্য্যলোক পাইল।
পাপীজন সেই স্থানে জাইতে না পাইল ॥
অতএব নিজ শক্তি দান বিধি কর।
জীবন থাকিতে দান যতনেতে কর ॥
মৃত্যুর পথেতে ভার্য্যা পুত্র যে করেন।
বিশ্বাস না করি জীব ক্ষিণ হয়ে জান ॥
স্বহস্তে করিলে দান নাহয়ে সমান।
ইহাজানি জীব থাকি পুণ্য কর্ম্ম করেন ॥ ৫ ॥
ঈশ্বর পৃতের হেতু নানা কর্ম্ম করেন।
দান নাহি করি যেবা পশুর সমান ॥
নিজ কর্ম্ম ফল জীব যখন পাইল।
ধর্ম্মের অজ্ঞাতে জীব জনম হইল ॥
দেবী পিতৃ কিমানুষি নারকী হইল।
ভোগ অন্তে পাপীগণ জন্মে অসৎকুল ॥
যারতার পাপ হেতু জনম হইল।
পুণ্য কর্ম্ম করি যেই দানা দক কৈল ॥ ৬ ॥
যার জাতি ধর্ম্ম করি পরেতে জনম।
ধর্ম্ম আচরন সৎজাতি হইল জনম ॥
পাপ করি গর্ব্ব মত্ত পরনিন্দা জন।
বিষ্টাকৃমি পশুপক্ষি জনম হয়েন ॥
নিজপাপ অনুসারি পাপ ভুগ খাইলে।
অন্ধকূপে পড়িয়াছে দিশ নাহি জ্বালে ॥
দান ধর্ম্ম নাহি করি অনাদর নাসে।
শত শত কুযোনিতে জনম হইসে ॥ ৭ ॥
ধর্ম্ম করি নিজ সুখে পাপ করি দুঃখে।
ধর্ম্ম করি পরজন্মে ব্রাহ্মণ যে সুখে।
ব্রাহ্মণ হইয়া জন্মে নিজ ধর্ম্ম যত।
নাহিরাখে নিজ জাতি জানিবা সর্ব্বত্র ॥
তার হস্তে স্পর্সি যদি অন্নাদি সকল।
মধুচিনি সর্করাদি জলাদি সকল ॥
কিবা যে অমৃত আর পুষ্পাদি হয়েন।
সুরার সমান জান বিনতা নন্দন ॥ ৮ ॥
ব্রাহ্মণ বর্ণের গুরু মুক্ষ্য যুগ্য হই।
সেইজন শ্রেষ্ঠ হই জানিবা ইহাই।

॥ ৪ ॥ মৃত্যুলোক, জনলোক, পুরকই, জীবদো পুণ্য লৈতব জীবদি স্বর্গ লোক য়োবা ডমত্রে; হে গরুড় দান ধর্ম্ম কর্ম্মসে হিংলিঙৈদা মশানা কৎচহৌগদবনী। শিগ্রগা মচানা মগুনা মাগী রমনীনা কৎলকপা পুণ্য অদুদি ক্ষীণ পুণ্যনি খরদা মকংঙি মশান কৎচবা অসি মহাপুণ্য মহৈ রামমী ৫ ॥ জীবনা ঈশ্বরগী পেন্নবগীরমক দাণ কৎকদবনি। দাণ তৌদবা জীবদুদি সাগা মারবনি মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী মতু-ইন্না যমরাজনা পোকহল্লি। মীনাচিংবা জীব থৈবিক কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা নোরোকী ভূক চারগা কৎতবা মপোক্তা পোকহনলি মাগী মাগী পাপ পুণ্যগী মতুং ইন্না পোকপনি ॥ ৬ ॥ পোকলিবা অদুগী জাতিগী ধর্ম্ম চৎলগা জাতী অদুদা অদুম পোকই পাপকী কর্ম্ম তৌরগা বিষ্ঠাগী কৃমি হণ ওইনা শা উচেক ওইনা পোকই মানা তৌবা কর্ম্ম মানা চাই সংসারগী গুহাদগী লাম্নে দান ধর্ম্ম তৌদবনিনা মপোক চাম চাম ওইহনমু লাম্নে ॥ ৭ ॥ ধর্ম্ম তৌরগা মপোক অমদা মুংঙাইনা পোকই। পাপ তৌরগা রানা পোকই অথোইবা ধর্ম্ম তৌরগা মপোক অমাদা ব্রাহ্মণ ওইনা পোকুম্না ঈশ্বর সেবা কংঙি। বর্ণগী গুরু ব্রাহ্মণ ওই না পোরগা ঈশ্বরদা সেবা ভক্তি চৎত্রবদি অমসুং ব্রাহ্মণগী লিচং চৎত্রবদি মানা পাইবা পোৎ অদু অমৃত ওইহনদু (সুরাসম) যুগা মারহনা ঈশ্বরনা লৌদে হে গরুড় ॥ ৮ ॥ ব্রাহ্মণ হাইবা অসি

ইহাজানি নরলোক ধর্ম্ম করুখন ।
সুজাতি ওজাতি নাহি বড় ধর্ম্ম ধন।
ওজ্ঞান সংজ্ঞান হই ঈশ্বর ভোজন।
এক ইতি হাস্য কহি শুণহ কারন ।।
শুনিয়া তাহার কথা সর্ব্ব তত্তজ্ঞান ।
অপু কালে অজামিল আসিল ব্রাহ্মণ । ৯
বেদ শাস্ত্রে নিপুণতা স্বজাতি ব্রাহ্মণ।
বাল্য হৈতে বেদপঢ়ি বুদ্ধিতে প্রবিন ।।
নিতি নিতি গুরুস্থাণে বেদ অধ্যায়ন ।
সবে বোলে অজামিল শাস্ত্রেতে প্রবিণ।।
সভাতে অধিক বোল তাহারে বাখান ।
বেদেতে আশক্ত হই সর্ব্বকাল তান ।।
বেদ দ্বিজ গুরু ভক্তি অতি দৃঢ় তরে ।
সর্ব্বকলে বেদছারি কভু নাহি করে ।। ১০
পিতা মতা তারে দেখি অতি হর্ষ হৈল।
একদিন পঢ়িবারে গমণ করিল ।।
কৈশর বয়স হৈয়া সেইত সময়।
গুরুতে পঢ়িয়াশাস্ত্র ফিরিতে সময় ।
পথে এক কুটকিণা আছিল যখন ।
নৃত্য করি দীর্ঘস্বর করিলেক গাণ ।।
তার স্বরে মুগ্ধ হৈল শুনিল শ্রবন ।
পথিক সকল তায় দেখিল তখণ । ১১ ।।
বহুজন মিলিয়াছে দেখিল তাহারে।
তাহাদেখি অজামিল পুথি বক্ষ করে।।
সভামধ্যে গেলাতারে দেখিল তাহার ।
তারগাণ নৃত্য দেখি মোহিলা তাহার ।।
অজামিল মোহ হৈয়া চাহে দাঢ়াইয়া ।
শাস্ত্রজ্ঞান নাস্মরন মোহিত হইয়া ।
বৈকাল হইয়া সবে গেলা সর্ব্বজন ।
একামাত্র অজামিল রহে সেই স্থান । ১২ ।।
অজামিল কহে শুণ নৃত্যকির স্থান।
তুমি কুন হৌক সত্য কহ মোর স্থান ।।
কাহার রমনি কিম্বা নহে পরাধিন।
পরাধিন নহেযদি কহ মোর স্থান ।।
আমার রমনি হও আমিত ব্রাহ্মণ ।
মোর নাম অজামিল জানে সর্ব্ব জন ।।
তাহা শুনি কুটকিণী বোলিলা বচন।
আমি এক কথা কহি মানিবে আপন ।। ১৩ ।।

পুণমক্কী গুরুণী অত্তবু মানা কর্ম্ম ফৎত্রবদি লাইনা মাংডি অহুনা মীওইবনা জাতি ফবনা কায়দে ধর্ম্ম কাইদবনা অফবনী। পাংলবসু শিংলবসু ত্তমজবা ভক্তিনা ঈশ্বরবু নীংগদবনি । ইতিহাস রারি ১ হাইগে তারগা জ্ঞান তাগণি অজামিল কৌবা ব্রাহ্মণ মচা ১ লৈরম্মী ।। ৯ ।। ব্রাহ্মণগী হৌনবী অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক তম্মী, মবুধি য়াম্না ফৈয়ে ফুমিৎ খুদিংগী মাগী ওঝাগী নাক্ত লাইরিক তম্বা চৎলি। ময়াম্না মাবু বুদ্ধি কৈ হাইহুনা থাগৎনৈ, পুণমক্কুগী মানা হেল্লি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব গুরুদা ভক্তি কাইদে মতম পুম্নমক্কা লাইরিক পাহুনা লৈ । ১০ ।। মমা মপা ২না হরাওই। অহৃদগী নোং মা মানা লাইরিক তম্বা লাকপদগী, হাইরিবা মতম অসি অঙাং নত্তে, পাথং কারে হনখিবদা, লম্বীদা মশক ফজবী সুগী ১না ঈশৈ শক্তুনা জগোই শারম্মী। মাগী সুর মুংশিনহু তাহুনা মী ময়ামসু কুম্মৈ য়েংহুনা লৈরম্মী । ১১ ।। অহু উবদা অজামিলনা লাইরিক অহু নাকন্দা য়েপতুনা ময়াম মরক্তা চংহুনা য়েংবা য়াওরে মাগী মশক ঈশৈ জগোই উবদা শুমহৎলে, লাইরিক লাইশুগী রা কাওপ্রে ফুমিৎ তারকপা অহনা ময়াম পুম্নমক হন্দ্রে আজামিল ম অতুম য়েংহুনা লৈরে ।। ১২ ।। জগোই শাবিদা অজামিলনা হংডি নহাক অসি কনানো ঐভোন্দা শেংনা হাইয়ু। কনাগী রমনীনো নপুয়োইবা লৈরব্রা লৈত্রিব্রা শেংনা হাইয়ু। লৈত্রবদি ঐগী রমনি ওইয়ু ঐ ব্রাহ্মণনি অজামিল কোই ।

তবেত তুমার ঘরে করিব গমণ।
দ্বিজ কহে বহুতার না করিব আন॥
শুনি হাসি কহে তবে সেই কুটকিণী।
কুনকালে মোর স্থানে কর্ম্ম' বাধা হানী॥
আমি করি সেইকর্ম্ম নাবাধহ তুমি।
শুনি অজামিল বিপ্র সিকার যে কর্ম্মি।
সত্য সত্য নাকরিব তুমি সেই মানা।
কহিল বচন তুমি সন্দেহ করনা॥ ১৪ ॥
তারপরে নিজ ঘরে আনিল তখন।
কুটকিণী নিয়াবিপ্র করিল গমণ॥
পিতা মাতা মানে নাহি আর বন্ধুজন।
কুটকিণী যাহা বোলে তাহা না'হি আন॥
নিতি নিতি তারগুণ হিনতা হইল।
তারপরে কতদিনে সুরাপাণ কৈল।
দৈস্যুবৃত্তি করি নিত্য ভোক্ষণ কারন।
সেইদিনে কুটকিণী আছেন যখন॥ ১৫ ॥
সেই হৈতে শাস্ত্র পাঠ নাকরে গমণ।
কতবার গুরু আসি কহিল যতন॥
তথাপি নহিল তার মন ফিরায়ন।
কুটকিণী যেবাকয়ে সেইসার হেন॥
চৌরকরি পরধন আনি নিতি নিতি।
খাইবার লাগি চুরিকরে নিতি নিতি।
তার যয়পুত্র জন্মে অতি দুরাচার।
অতিথি আছিয়া গৃহ ভীক্ষ করিবার॥ ১৬ ॥
তাহাদেখি আজামিল পুত্রের ডাকিয়া।
উঠমার বোলি মাত্র লাগিল মাগিয়া॥
শুনিতার জেষ্ট পুত্র উঠীল তখণ।
ঠেঙ্গা মারিবার লাগি ধাইল তখর্ণ॥
পালাইয়া গেল তবে অতিথী ব্রাহ্মণ।
এইমতে কতদিন করিল বঞ্চন॥
পরে কতদিন এক পুত্র জনমিল।
সভাহৈতে বড়স্নেহ তাহারে হইল॥ ১৭ ॥
তিলেমাত্র সর্ব্বকাল নাছারে তাহারি।
পরে একদিন এক আইল ভিক্ষারি॥
তাহার ভুজন কালে উপস্থিত হৈল।
ভিক্ষারি দেখিয়া দ্বিজ পুত্রেরে কহিল॥

অদু তাবদা কুটকিনীনা খুম্মী ঐ কন্যানি ঐবু লৌগে হাইরদি ঐনা হাইবমথৈ ইনগত্রা ॥ ১৩ ॥ ইনগনী হাইরবদি চংকে অজামিলনা ইনগনী ননিং তৌজে কুটকিনীনা নোঙ্গনা করিগুম্বা মতমদা ঐনা তৌবা থবক থিংঙোই রাশকউ অজামিলনা সত্যনা শাথি নংনা তৌগে হাইবা থবক ঐনা থিংঙোই । ১৪ । করে হাইনহুনা কন্যা পুহনা মমুমদা লাকলে লৈমিম্নরে মমা মপা মরুপ মপাং শাগৈ নাতৈ পুম্নমকৌ রা তাথিত্রে কুটকিনীগী মরাদা ইনঙ্গে নোংমা নোংমাগী মগুণ মাং ঙকলে মঙদা য়ু থকলে চানিঙাই লৈতহুনা হুরাললে । মুপী অদু লৌরুবা হুমিংতনী ॥ ১৫ ॥ লাইরিক তম্বা চংত্রে মাগী গুরুনা কৌবা রাত্রে মাগী মুপীনা হাইবা রা অদু মন্ত্র ওইনা লৌঙ্গে। মীগী মপোং হুরান্দুনা লৈরকপা অহুনা মথং মথং মচা মুপা ঙাক্ত (৬) পোকলে । নোংমা অতিথি ১ ভীক্ষা লাকই ॥ ১৬ । অদু উবদা অজামিলনা মচা কৌহুনা হাই অতিথি অসি রৈয়ু । তাবদা মচামুপা অহন অহুনা চৈ পাইহুনা চংডি অদু উবদা অতিথী ব্রাহ্মণ অদু চেনখ্রে, অগুম্না মুমিং কয়ানি লৈরবা তুংদা মচা মুপা অমা অমুক পোকলে অত্তোনবা মচা অসি য়াম্মনা মুনা তৌই । ॥ ১৭ ॥ থোইদিং অমাগী মতম থাদোকক্তে, নোংমদি ভিক্ষারি অমা লাকই, অজামিলদি চাক চারি মচা অত্তোনবনা ভিক্ষারি লাকই, তাকই, মচা অত্তোনবনা হাইজরকই চাকনীবা

দেখ এই ভিক্ষারি শুণহ কুমার।
শুনিপুত্র বাপস্থানে করিল উত্তর।।
ভীক্ষারিতে কিছুদেহ আনন্দ হইল।
শুনিলেন অজামিল মনে হর্ষ হৈল ।। ১৮
অর্দ্ধদিয়া ভিক্ষারিতে করিল ভুঞ্জাইল।
অজামিল কহে তবে সওয হইল।
মোর পুত্র কিবা নাম থুইবে এখণ।
শুনিয়া বৈষ্ণব কহে অজামিল শুণ।।
তুমার পুত্রের নাম বোল নরায়ণ।
ইবোলিয়া চলিগেল ভিক্ষারি ব্রাহ্মণ।
তবে নরায়ণ নাম থোইল নন্দন।
এইমতে কতদিন বঞ্চিল যখণ ।। ১৯ ।।
নিতি নিতি দৈণ্য বৃতি গাড়ি পরধন।
পথিক জনের বস্ত্র গাড়িল যতন।।
বন্ধু বান্ধব গণ কহিলেন বিস্তর।
বৃদ্ধ হৈল তবদেহ সার দুরাচার।।
নাহিমানে কারবাক্য ক্রোধ হৈলমন।
দেখি সব জ্ঞাতি বন্ধু ছারিল তখণ।।
কতকালে আতুর হইল সেই ক্ষণে।
পুত্রগণ বেড়ি কান্দে মৃত্যু হৈল জানে ।। ২০ ।।
কণ্ঠ বিরুদ্ধ কালে যে কনিষ্ট নন্দন।
নরায়ণ বোলি ডাকে স্নেহের কারন।।
হেনকালে যমদুত আসি চারিজন।
বিকল দশন হৈল ঘোর দরশন।।
বান্ধিয়া তাহারে দুত মারিল বহুল।
প্রাণছারিগেল তবে কান্দিল সকল।।
হাহাকার করি সবে ভার্য্যা পুত্রগণ।
এথা অজামিল বিপ্র মারি দুত গণ ।। ২১ ।।
কান্দিতে কান্দিতে গেলা বৈতরণী পারে।
তাহদেখি নারায়ণ পাঠাইল তারে।
দুই দুত আসিতাহা উত্তরিল পাছে।
বোলে শুন কুনজন কেনে বান্ধিয়াছে।।
বন্ধণ ছারহ এবে নাকর লঙ্ঘন।
শুনি যমদুত কহে আমায় বচন।
তুমি কুন হও দেখি পিতাম্বর ধারি।
চতুর্ভুজ হয়ে কেনে আছিয়া তুমারি ।। ২২ ।।

অসিদা চাক খরবদি পীজখিসি, অহ্ন তাবদা অজামিলনা হরাওহুনা। ১৮ ।। মাগী চাবহ্ন ভোজুনা চাকলুক তংখাই অহ্ন পীজখ্রে। হরাওনা চাই তুংদা অজামিলনা অঙাং অসি মমিং করি কৌ সিগে হংভি, চাকনীবা বৈষ্ণব অহুনা নরায়ণ কৌ হাইরমলগা চংখি, মচা অসি নরায়ণ কৌরে অসুমনা তুমিং কয়ানী লৈরকই ।। ১৯ ।। তুমিং থুদিংগী মী হাংহুনা মপোং মুপ্পি লখী চংপা মীগী মকি মরোল মপোং মচে মুপ্পি। মরূপ মপাংনা হাই অহন ওইরে ভৌবীগমু অহ্ন তারগা য়ামনা শাওই শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং ভিন্নদে খরগী তুংদা নারকলে সিবা তারহুনা মচানা সেবা ভৌরে ।। ২০ ।। সিরমদাইদা মচা অভোনবা নরায়নবু কৌই মচাবু তুংশিবদগী মতম অহুদা যমরাজ ছৎ ৪ লাক্নুনা মাবু কাহুনা পুথ্রে। য়ৈহুনা চৈহুনা ঊপাই লৈতহুনা মচা কৌহুনা কপই। মপাবু শিব উরবদা মচা মাগী মমনী শাগৈ নাতৈ হৌহুনা কপ্পহৌই। অসোমদা তুৎনা পুল্লিবদো ২১ ।। কপ্পা কপ্পা বৈতরনী লানঞবদা শ্রীনর য়া মনাই ২ থারক্নুনা তুৎকি মাংদা লেপহুনা হংভি। কনানো নখোইনা পুরিবদো করিগী য়ৈরি চৈরি থাদোকউ অহ্ন তাবদা যম রাজগী তুৎনা হাই লাক্লীবা নখোই কনানো সনা ফিগে সেংল্লি পাখোম মরি পাল্লি ।। ২২ ।। মনি মুক্তানা লৈতেংভি পুরিবা অজামিল ব্রাহ্মণসে য়ামনা পাপ চেনবনী যম নিংথৌগী য়াথংনা

মুক্তি পায়ে মৃতুজণ জানিহ নিশ্চয়।
চিত্রগুপ্ত করেদান বৰ্দ্ধনী তথায়।
যম লোক গমনেত মহাসুখ প্রায়ে।
মৃতুর উর্দ্দেশ মাষ জল অন্ন লয়ে ॥ ৫ ॥
ষড়স ঘট আম্র পত্র বান্ধিয়া গলেত ।
এইমত ঘট সাজে রাখিয়া আগেত ॥
ষড়স ঘট অর্ঘকরি হইবেক দান ।
উত্ক্রান্তি শ্রার্দ্ধ করি আরম্ভক দাণ॥
ষড়সী শ্রাদ্ধ করি ষড়শী ঘট করি।
ষড়ষ ব্রাহ্মণ দান যতনে যে করি ॥
একাদশাহে হইতে আরম্ভ করিয়া।
বৎসর প্রযান্ত এক একযে করিয়া ॥ ৬ ॥
প্রতিদিন অন্ন যুক্ত ঘট জল পূর্ন।
বংশ পাত্রে উপস্থিত করিয়া তখন ॥
একটি বৰ্দ্ধনী বস্তু দ্বারা আস্বাদিত।
সুগন্ধিজল পূর্ন ব্রাহ্মনে দানবিত ॥

এইরূপে এক এক বৰ্দ্ধণ প্রদান।
বেদবিত ব্রাহ্মণেরে করিবেক দান ॥
কদাচ নাকরে অসৎ পাত্রে করিদান।
বেদবিত হয়ে যদি মৃতুর পাবন ॥ ৭ ॥
গরুড় কহিল শুণ দেব নরায়ণ ।
দানকরি তীর্থ স্নাণ করে যেই জন ॥
কভু পূর্ণ্য হৈল তার স্বর্গেতে বসতি।
তাহার কথণ মোরে কহ জগৎপতি ॥
কিরূপে মনুষ্য লোক মুক্তপদ পায়।
চিরকাল স্বর্গে থাকি কুণ ভোগ পায় ॥
কুনমতে চ্যুত হয়ে কহ ভগবান।
শুণিতে শ্রর্দ্ধায়ে মোর হইতেসে মন। ৮ ॥
মৃত্কাসি কহে কৃষ্ণ শুণহ গরুড়।
ভারত ভুমিতে জাণ হয়ে জাতি নর ॥
ত্রয়দশ জাতি হয়ে শুণহ কারন।
যতি তীর্থ প্রাণ ত্যাগ করে যেইজন ॥

মক্কম অশোমদা বৰ্দ্ধনী দান তৌই যম লৈপাক চৎপদা য়াম্না ফুংঙায়রুক্টই, মৃতুগী উর্দেশ তৌষ্কনা শগোন হরাই জল অন্ন লৌষ্কনা ॥ ৫ ॥ ঘট ১৬+মঙকতা হৈনৌ মনা য়েৎচুতা অমুম্ন ঘট শেন ছুনা মাংদা থমলগা। ঘট ১৬ তা অর্ঘ পীষ্কনা দান তৌগনী। শ্রাদ্ধ হৌগৎপদা দান হৌগৎপদা যড়শী শ্রাদ্ধ তৌগনি ঘট ১৬ শেমষ্কনা। ব্রাহ্মণ ১৬ তা দান তৌগনি। একাদশাহাদগী হৌষ্কনা চহি অমা কাওবা অমা অমা ওইনা ১৬। সুমিৎ খুদিং অন্ন চাক হাপপা ঈশিং হাপপা চফু। র'নানা শেমষ্কনা বৰ্দ্ধনী দানগী পোৎ অদু কুপসনগনি সুগন্ধি জল অথনবা ঘট চফু ব্রাহ্মন্দা দান তৌগনী। অসুম্না অমমম বৰ্দ্ধনী দান তৌগনী। বেদ হৈবা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনী ॥ ৭। গরুড়না হায় হে দেব নারায়ন তাবিয়ু। দান তৌষ্কনা স্নান তৌবনা করিগুম্বাদা পুণ্য ফংষ্কনা স্বর্গ ফংবা অদু হায়বিয়ু হে জগৎপতি করম তৌনা মীওইবনা মুক্তপদ ফংবাগে। মতম কুইনা স্বর্গদা লৈরগা করি চিনজাক চারুবগে। করম তৌরগা অমুক তারকপগে হায়বিয়ু হে ভগবন। মনাই ঐ য়ামনা চেৎশন্না তাজনিংই। ৮। মোমোন মোক্ষুনা কৃষ্ণনা হায় তাও হে গরুড় ভারত ভুমিদা পোকলিবা মীওইবা অসে থংও হায়গে। জাতি ১৩ গুই মরম হায়গে তাও। যতি সন্যাস তৌবা তীর্থদা প্রান থাবা মী অদু। পুনর্জন্ম ওইগ্রে মাগী লক্কন থংউ। অযুধ্যা মথুরা মায়া অবন্তি। কাশি কাঞ্চি দ্বারিকা হায়রিবা তরেৎ অসিদা মৃতু ওইবা মী অদু মুক্তি পদ ফংই ॥ ৯ ॥ মী অদুনা শীরমদারদা ঐবু নীংশিংজবা। ঐগী নাম থোনজবা মী অদু

পুণ জন্ম নাহি হয়ে জানহ লক্ষণ ।
অযুধ্যা মথুরা মায়া অবন্তিতে জান ।।
কাশি কাঞ্চি দ্বারাবতি এই শপ্তপুর ।
যেইজন মৃত্যু হয়ে মুক্তি পদ তার । ৯ ।।
প্রাণ গতকালে যেবা আমারে ভজন ।
মোর নাম জপে যেবা বিষ্ণুপুরে জান ।।
কদাচ তাহার পুণ জন্ম নাহি হয় ।
দ্বি অক্ষর হরিনাম জপে এক তায় ।।
মুক্ষপায়ে যেইজণ বান্ধব সহিতে ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ তিনবার জপে নিতি নিতি ।
পঙ্ক ভেদি পদ্মযেন উঠেজল থাণ ।
নরক হইতে উদ্ধারিল সেই জন ।। ১০
সেই স্থানে সালচক্র শিলা বিদ্যমান ।
সেইস্থানে পাপনাসি বিনতা নন্দন ।।
তীর্থে কিম্বা শ্রেষ্ঠ মৃত্যুজান এইতত্ত্ব ।
ত্রিবিধ কালাবধি উত্তম মধ্যম ।।
সালচক্র সন্নিধানে যেজন মরন ।
মুক্তিপদ পায়ে যেই বাধা নাহি তান ।

তুলসী রোপণ জল সেবাদাণ করি ।
বাঢ়িল পালন করি চিত্তে স্থির করি ।। ১১ ।।
পুজাকরি তারনাম করিল স্পর্শন ।
সেইজন পূর্ব্বজন্ম পাপ ক্ষয় জান ।।
জিনিসত্য জলপুর্ণ রাগ দ্বেশহীন ।
মানস তীর্থেতে স্নান হৃদি রূপ জ্ঞান ।।
কদাচ তাহার অঙ্গে পাপ নাহিজান ।
কাষ্টেকিম্বা শিলাকিম্বা দেব অধিস্থান ।।
অতএব তারভক্তি মুক্তির কারন ।
দেবতা মানিয়ে ভাব দেবতা হয়েন ।। ১২ ।।
ভক্তি মুক্তি লভ্য হয় জানিহ কহেন ।
কৈবর্ত্ত সকল নিতি নর্ম্মদা দর্শন ।।
প্রাত কালে করিজলে স্পর্শণ দর্শন ।
ফল নাহি পায় তার স্বর্গ না পায়েণ ।।
তারমনে মচ্ছলাগি ভাবনা করিল ।
সেই হেতু মুক্তিপদ তারা না পাইল ।
তারমন লাগি মাত্র সমস্ত যে পাই ।
চিত্তবৃত্তি যেই রূপ কর্ম্ম ফল পাই ।। ১৩ ।।

বৈকুণ্ঠদা চৎলি । করিগুম্বদা পুনর্জন্ম ওইদে । ময়েক অনি ওইবা হরি হায়বা নাম অমুক্তং শোনজবা মী অদু মাগী বান্ধব লোয়ননা মুক্তি ফংই । কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না নিতিগী ৩ লক শোনজবা । লৈখোম থিনগায়দুনা ঈশিংদগী থবান থিনকংলকপাগুম্বা । নরকতগী উদ্ধার ওই মী অদু ।। ১০ ।। মফম অদুদা শালগ্রাম লেংশনবা । শালগ্রাম দর্শন তৌনা মৃত্যু ওইবা পাপ কোক্লে হে গরুড় । তীর্থদা মৃত্যু ওইবা অখোইবনি থাউ । মতম অহুম অর্থাৎ মাং তুং হৌজিকদা উত্তম মধ্যম ওইরবসু তৌরকপা পাপ । শালচক্রগী নাক ওইনা মৃত্যু ওইরবদি. মুক্তি ফংই অপনবা লৈতে । তুলসী থাজবা ঈশিং হৈজব সেবা তৌজবা । চাওনবা য়োকচবা তুলসী সেবা তৌজবা থুকনিং তপনা ।। ১১ ।। পুজা তৌজবা মাগী নাম শোনজবা । মী অদু পাপ কোকলে পুণর্জ্জন্ম ওইদরে । মী অদুনা রাগদ্বেশহীন শাওবা য়েকনবা লৈতনা । থুকনিংনা হৃদিগী মশক ওইবা তীর্থদা জ্ঞান রূপক শ্নান তৌবা । করিগুম্বাদা মাগী মশাদা পাপ লৈত্রে । উনা ওইরবসু শুংনা ওইরবসু হরি মূর্ত্তি নিরুপন তৌজব । মাদুবু ভক্তি কৌই মাহুনা মাগী মুক্তি মওইরে । ঐনা লাইনি নীংলগা লাই হেক্তা মওইরে ।। ১২ ।। মাগী ভক্তি মুক্তিসু ফংলে থাউ, চুম্বা নিত্তীগী নর্ম্মদা তীর্থ দর্শন তৌই । নোংচানবগা তীর্থগী জল দর্শন তৌই মথুংনাসু শোকই ।

পাছদড়ি বান্ধি মোরে কাহাতে গমন।
কুণ কুণ হও বোলি বিচারিল মন॥
সেই ক্ষণে স্মরন পুর্ব্ব শাস্ত্রের জ্ঞান।
তবেত আপণ মনে ধিকার করেন।
মোরসম পাপী নাহি সংসার ভীতরে।
তারসব পাপ ভাগি মণগণি স্মরে॥
মাথে করাঘাট করি কান্দিল বিস্তর।
কোনমতে পাপী হৈতে হইল নিস্তার॥ ৩২॥
স্মরিলেন নিজ পাপ রহিতে নাপারি।
শিঘ্র উঠি গুরুঠাই গমন যে করি॥
শ্রীগুরু চরন ধরি পড়ে ভুমিতলে।
দুনয়ানে প্রেম ধারা কন্দিতে লাগিলে॥
বার বার প্রনাম করি করজোড় কৈল।
শুণ প্রভু গুরুদেব গদগদ বোলিল॥
অধম পাপীষ্ঠ কৃপা কর গুরুদেব।
মোর পাপ হৈতে প্রভু কেমনে তরিব॥ ৩৩॥
উদ্ধার করহ মোরে গুরু মহাসয়।
ক্ষণে মৌন হয়া রহে মনেতে ভাবিয়॥

গুরুদেব কহিলেন শুণ অজামিল।
শিঘ্রচল তোর ঘরে যতেক আছিল॥
সর্ব্বধন লুটি করে ব্রাহ্মণের দান।
তারপরে বনমধ্যে করহ গমণ॥
হরিনাম মহামন্ত্র জপ নিরন্তর।
হরিনামামৃত বিনে গতি নাহি আর॥ ৩৪॥
দুইনেত্র মুদিলেন করে কৃষ্ণ জপ।
হরিনাম সমতুল আর নাহি জপ॥
হরিমাতা হরিপিতা হরিপ্রাণ ধন।
প্রাণ অন্তকাল জীব শ্রীহরি ভজন।
ব্রত করি প্রাণ জন্ত যেমত করিয়া।
এমত নিয়ম করি মন বিবেচিয়া॥
তুমার যতেক পাপ তৎক্ষণে নাশিবে।
শুণি অজামিল গুরু পাদ সিরদিবে॥ ৩৫॥
ঘরে আসি তারধন ব্রাহ্মণের দান।
মিছা মায়া জানি তবে সর্ব্ব ধন জন।
পুত্র দ্বারা সর্ব্ব ত্যাগি বনেতে গমন।
ব্রত করি হরিপদে মোজাইল মন॥

---

চেনবা অমা লৈত্রে করি তৌরগা কোকদগে কোক্ত থুং থাঙ্গংতুনা কপই রাখণ তৌই ॥ ৩২ ॥ মাগী পাপ খনবদা লৈবা ঙমজ্রদুনা গুরুগী নাক্ত চত্তুনা চরন কোল্লে কপচৈ হাইজে গুরুদেব ননাইগা মান্নবা তাপ চেনবা অমা লৈত্রে গুরুদেবগী থৌজাল নত্তুনা লানবা ঙম্মরোই করম তৌবিগনী। ৩৩ ॥ ননাইবু লানবীয়ু হে গুরুদেব। অদু তাবদা ঙাইহাক খল্লগা গুরুনা হে অজামিল নং য়ুমদা হল্লো অদুগা নংগী নরন অদু ঙমজবামথৈ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা কংলো অদুদগী বন্দ চৎলগা হরি নাম মহামন্ত্র শোললু অদু নত্তুনা উপাই অমা লৈতে ॥ ৩৪ ॥ শোনবদা প্রেম কৎলু পীতাজো রাখন চোইগদু শ্রীহরিনা ইমানি ইপানী লদী পাঙ্গমী খন্দুনা শিব ফাওবা শোনগদবনি অদুতদা নঙী পাপ কোক্তুনা চরন য়োৌগদবনি অদু তাবদা গুরু চরন খুরম্মী ॥ ৩৫ ॥ য়ুমদা লাকলগা ব্রাহ্মনদা ঙমজবা দান কংলে পুনমক মায়ানী খল্লদুনা মরুপ মপাং মচা মগু থাদোক্তুনা বোন্দ লাকতুনা ব্রত কত্তুনা নাম শোন্দুনা থরাই থাম্বে জীবনা বৈকুণ্ঠদা লাক্তুনা নরান্দা হাইজরৈ ইবুংঙো চরনগী নাক্ত খম্বীয়ু কর্ম্মগী থৌরিনা পুন্দুনা যম চৎলুরবনী ॥ ৩৬ ॥ চৎনা য়েন্নুনা চৈত্তুনা পুরবনী নরক্তা থাদদুনা লাক্লরগদবনী অদুদা নরায়ণ হাইবা নাম শোনজবদগী ইবুংঙোগী চৎনা থাদোকপীবনি। হৌজিক নাম শোনজগে থম্মোইদা চরন কোমজগে ইবুংঙো

শুচরিত্র সেই নারী স্বর্গেতে বসতি।
প্রার্দ্ধ কোটি বৎসর স্বর্গেতে বসতি ॥
পুত্র পৌত্র পরিত্যাগ পতির সহিতে।
চিত আরোহণ করি নারী ভাগ্যবতী ॥ ১৮ ॥
স্বামি সঙ্গে স্বর্গে পুরে করিল গমন।
সর্ব্ব পাপ করিসেই হেন পাপী জণ ॥
স্বামি ব্রহে আচরণ আর মহা পাপী।
স্বামি সঙ্গে চিতা আরুহন করে পাপী ॥
সর্ব্বপাপ মুক্ত হয়ে সুদ্ধ হৈলতার।
যদি স্বামি মহাপাপী হৈল জান তার ॥
তার পাপ মুক্ত হয়া স্বর্গে বাস করে।
সেই নারী অনুরাগী গমন স্বামিরে ॥ ১৯ ॥
সেই হেতু যমদুত ধরিতে না পারে।
স্বামি লয়া স্বর্গে গামি বাধা নাহি তারে ॥
গ্রাম মধ্যে নিতি নিতি অন্নদান করি
সেইজন স্বর্গ গামি বিমানেতে চড়ি ॥
ছত্র চামর আদি নৃতে যত বিদ্যাধরি।
সুখে থাকি স্বর্গপুরে শুভ ভোগ করি।

সহপাপ করিযদি বৃষঃ বৃত্তি করি।
তারপাপ বিনাশিয়া স্বর্গে বাস করি ॥ ২০ ॥
ব্রাহ্মণ কুমারি যদি দরিদ্র হইয়া।
বিহানাহি পাবে যদি বিহা করাইয়া ॥
ভুত ভবিষৎ বর্ত্তমান সর্ব্বপাপ ক্ষয়।
তিনজন্ম পাপ রাশি হইয়া অক্ষয় ॥
এক কুপদান করি বহুপুণ্য হয়।
দশকুপদান ফল পুষ্করিনী হয় ॥
দশ পুষ্করিনী দান এক সরোবরে।
দশসরোবর দান যেই জন করে ॥ ২১ ॥
নির্জ্জনেতে দস্যু হস্তে মারিবার কালে।
একপ্রাণ রাখিবেন যেজন করিলে ॥
তারফল সমান যে বিনতা নন্দন।
মহাপুণ্য হয়ে জান স্বর্গেতে গমন ॥
দরিদ্র ব্রাহ্মণ যদি ধনদান হয়।
তারসম পুণ্য পায়ে জানিবা নিশ্চয় ॥
সর্ব্বজীব গণ আত্মা সমতায় হয়।
সুখেথাকি ধামতার পুণ্য ভোগ হয় ॥ ২২ ॥

পুন্নি গুহা থাওবাৎ লৈকোন সেমহনা কৎচবা। লাইশং মন্দির কৎচবা অচৌবা কল কংই, অম নবা অলঙ্কর হোংহনা অনৌবা অলঙ্কার কৎচবা। কৎচরিবা অহুগী মহৈ হায়বা ওস্মোই; মন্দির অমনবা তেক-দোরবা ॥১৭॥ অহবু শেমহনা অথোইবা ব্রাহ্মণদা, অশুম্না দান তৌজরিবা মী অদো। চহি প্রার্দ্ধ কোটি ১ স্বর্গদা লৈ, মুশিনা মপুরোইবগী তুং ইন্দুনা শিজবা। মচৎ ফজবী কৌই মুপী অদু স্বর্গদা লৈ, চহি প্রার্দ্ধ কোটি ১ চুপ্পা লৈ, মচামচু কন্দোক্লমহনা মপুরোইবগা লোইনবা মপুরোইবগী চিতাদা চোংসিন্দুনা শিত্রিবা মুপী ভাগ্যবতী কৌই ॥১৮॥ মপুরোইবগা লোইননা স্বর্গ কাই, পাপ য়াম্না তৌরক্রবা অহুগুম্বী পাপী, পতিহিংসা তৌরকপা মাহা পাপীশিংদো, মপুরোইবগা লোইননা চিতাদা চোংশিন্দুনা শিত্রবাদী পাপ পুম্নমক পুমশেং শেংনা কোক্লে, মপুরোইবা অহনা পাপ য়াম্না তৌরবসু। মাগী পাপ কোক্লুনা স্বর্গদা লৈ, মুপী অহনা মপুরোইবগা লোইননা মুংডাইনা লৈরুই ॥১৯॥ মরম অহুনা যমগী দূতনা মাবু কাবা ওমদে, পতিগা লোইননা স্বর্গদা চৎলি মাবু থাম্বা ওমদে, মরৈকাইদা নিতিগী অন্নদাণ তৌবা মী অদু বিমান তোংহনা স্বর্গ কাই। বিদ্যাধরিনা ছত্র চামর পাইরগা জগোই শাহনা স্বর্গকাই স্বর্গদা মুংডাইনা লৈহনা অহাওবা চিঞাক চাই। পাপ য়াম্না তৌরবসু যন সেবা তৌরবদি মাগী পাপ কোক্লুনা স্বর্গদা লৈ ॥২০॥ ব্রাহ্মণা লাইরবনা মচা মুপী

প্রাণীগণ স্নেহ করি নায়ক লাগে হয় ।
জীবগণে পুণ্য ধর্ম্ম করিতে যে হয় ॥
স্বর্গে লাভ করিতারা মহা সুখ হবে ।
অত এব ধর্ম্ম চর যুগতি করিবে ॥
মরন কালেত যদি সুকৃতি হইবে ।
দরিদ্রের দাণ করি অনাথ পালিবে ॥
কুলপ্রতিমা অনাথ পালিবে যে করি ।
সদাসত্য বাক্য কহি অধর্ম্ম না করি । ২৩
সদা ধর্ম্ম করি পাপ কর্ম্ম না করেন ।
যদি কুলস্থানে মৃত্যু করে এক জন ॥
দাহ করিবার হেতু উপায় সংকুল ।
তার দাহাকরি যেবা শত যজ্ঞ মান ‖
সেইফল কোটি যজ্ঞ ফল পায়েজান ।
গরুড় কহেণ শুণ দেব ভগবান ॥
মনুষ্যের হিত লাগি আপনার মান ।
দয়া করি মোরে প্রভু কহ নারায়ণ ॥ ২৪ ॥

অসৌচ যে বিধি সব জানহ আপণে ।
শুনিহরি কহিলেন বিনতা নন্দনে ॥
অসৌচ ব্যবস্থা আমি কহি তব স্থানে ।
মনদিয়া শুণ ইহা ধর্ম্মের কথনে ॥
স্বপিণ্ড করন বিণে অশৌচ জানিবে ।
ব্রাহ্মণাদি চারিজাতি এমত করিবে ॥
অশৌচের মধ্যদান করিবে বর্জ্জন ।
প্রতিগ্রহ না করিবে হোম জপ জান ॥ ২৫ ॥
দেশ কাল পাত্র দেখি আপণার বস্তু ।
বিচার করিয়া শুত্ত যার যেই জত ॥
নিমন্ত্রনে পরে গৃহে খায়া পিয়া তেজি ।
যারধন ঋণ আদি ইহাই না তেজি ॥
কর্ম্মলাগি সর্ব্ব বস্তু যাহাতে নাতেজ ।
পূর্ন্ন হইল গর্ভ দাহা যে নাহিক কাজ ॥
জলাঞ্জুলি কার্য্য নাহি অশৌচ লক্ষণ ।
দৈবে হৈল দাস দাসি রাজ ভৃত্য জন ॥২৬॥

মিবাহ ওমত্রবা, অদুবু বিবাহ তৌরবাদি । মীদো তৌপ্রবা তৌরকদৌরিবা হৌজিক তৌরিবা পাপ পুন্নমক কোকই, মপোক ৩ মুক্তা তৌরকপা পাপ কোকপা ওমত্রবা কোক্লে । গুহা ১ কৎলগা য়ম্মা পূণ্য কংই, কুপ অদু তরা কৎপগা পুষ্করিণী ১ কৎপগা মারৈ । পুষ্করিনী ১০ কৎপগী মহৈ সরুবর ১ কৎপগা মারৈ, পুত্রী ১০ কৎপগী ফল অদু ব্রাহ্মণী দান তৌবাদা কংই ॥২১॥ অচিকপা লমহাংদা দাকুগী মথুৎতা শিব তারবাদা, মথরাই কনবিরবদি মী অদো । মচুগী মহৈদু কংই ব্রাহ্মনী দান তৌবিবদা হে গরুড়, মহাপুণ্য কংহুনা স্বর্গদা কাই । লাইরবা ব্রাহ্মন্দা দান তৌবা; মচুগা মারবা ফল কংই । জিব পুন্নমকপু মাহাকা মাগ্রনা খনবা মুতাইনা মযুমদা লৈ ‖২২॥ জীব পুন্নমকপু মুংশিহুনা য়োকপা, জীব পুন্নমক্তা পুণ্য ধর্ম্ম তৌরবা, স্বর্গ কংহুনা মুংতাইনা লৈ, মরম অসিনা ধর্ম্ম তৌবনা মতিক ওকই । শিরবদসু মমিং চৎকনি, লাইরবদা দান তৌগনি অতোনববু য়োকশিগনী করিগুম্বা প্রতিমা মূর্ত্তি ১ সেবা ওম্রবত্রবদি ঐনা সেবা তৌগনী, মতম থিবিজ্ঞা অওইবদা হাইগনি ধর্ম্ম কাইবা তৌহৈদে ।২৩॥ মতম খুদিংমক্তা ধর্ম্ম তৌগনী পাপকী থবক তৌকদে করিগুম্বদা মী ১ শিরম লবদা । সংস্কার তৌবদা উপায় লৈত্রবা, অদুবু সংস্কার তৌরম্নবদি যগ্য ১০০ কৎপগী মহৈ কংই । অদুগুম্বা ফল অদু যগ্য কোটিগী ফল কংই, গরুড়না হায় তাবিযু ভগবান । মীওইবগী ফনবগীদমক মংবা থনবিহুনা খোজানবিহুনা ঐতোন্দা তাকপিযু হে নরাণ ॥২৪॥ অশেং অমাংগী বিধি তাকপিযু, অসি তাবদা শ্রীহরিনা গরুড়দা হায় অমাং অসেংগী ব্যবস্থার ঐ হায়গে, পুক্লিং চংবা তাও মসি ধর্ম্মগী

স্নান শুদ্ধ হয়েজান অশুদ্ধ না হয় ।
ব্রত পরায়ণ মন্ত্র পুত্র সাগ্নী হয় ॥
রাজা আদি এইসব অশুদ্ধ না হবে ।
ব্রাহ্মণ ইহা নাহি শাস্তে অশুদ্ধ নাহবে ॥
জাতা শৌচ না করিযে অশৌচ নাকরে ।
পিতা স্নাণ শুদ্ধ করি অশুদ্ধ নকারে ॥
দ্বাদশ দিবস মাতা অশুদ্ধ করিবে ।
মনুবাক্য এক আছে মরন হইবে ॥ ২৭ ॥
অশৌচ হইল যদি উৎসবের দ্রব্যে ।
বিহাদিক দ্রব্য যত বর্জ্জন না হবে ॥
এই অশৌচের মধ্যে জনম হইল ।
তহার অশৌচ দিনে তাবৎ শুদ্ধ হৈল ॥
তার কর্ম্ম শুদ্ধ আদি নাকরিব জান ।
ঋষিগণ একবাক্য কহিল যতন ॥

অশৌচ করিলে যদি ভিক্ষাদান করে ।
ব্রাহ্মণের দান এই দোষ নাহি কারে ॥ ২৮ ॥
কার্য্য অনুছাড়ে করি ইহাদোষ নাই ।
ব্রাহ্মণে স্বর্ণদানেতে গাভী আর নাই ॥
ক্ষে ত্রয় দ্বিগুণ করি বৈসের ত্রিগুণ
শুদ্রকরি চতুরগুণ এই মত জান ॥
এইমতে ব্রাহ্মনের করিবেক দান ।
কর্ম্ম অনুস্থান করি তাহার বিধান ॥
শুদ্ধ হৈলে কর্ম্ম সব দোষ নাহিতার ।
গোব্রাহ্মণ নারী রাখি মরিলে যে নর ॥২৯॥
যুদ্ধ কিম্বা মরিজায়ে তার জ্ঞাতি গণ ॥
একরাত্রি অশৌচ হয়ে জানহ কারন ॥
ব্রাহ্মণ সঙ্গেতে থাকি দোষ নাহি তার ।
স্নান করি শুদ্ধ হৈল দোষ নাহি যার ॥

বানি । সপিন্দ পিত্রবদি মাংই হায়না থংউ ব্রাহ্মনচিংবা জাৎ মরিমক অশুদ্ধ তৌগদবনি । যুম· মাংঙিডৈদা দান তৌকদে, দানসু লৌব য়াদে যজ্ঞ হোম তৌকদে ॥ ২৫ ॥ দেশ কালপাত্র য়েংগনী মাগী মপোৎ অহু রাখন তৌহুনা অহুগী ভত্তহু থংগনী । মীগী নিমন্ত্রন কংলবদি অতোপ্পগী যুমদা চাবা থকপা তৌকদে, মী অহুগী লমনদো কোকপা ওমদে । কর্ম্মগীদমক লাংইবা মীগী পোৎ অহু মাংহনকদে, গর্ভ পূর্ণ ওইরবা নুপী অহু পোলোইবা য়াদে গর্ভহু থাইদোক্লবদি, জলাঞ্জুলি কৎপা য়াদে অসৌচগী মওংদা লৈ । লাইগী নোংদমদগী দাস দাসী নিংথৌগী মনাই ওইরবদি ॥ ২৬ ॥ মপু অহু নিংথৌ অহু যুম মাংদে স্নান তৌরগা শেংই । ব্রত তৌবা মৈ চংবা ( মন্ত্রপুত্র ) সমক ওইরবদি নিংথৌনাচিংব যুম মাংদে । ব্রাহ্মণনা শান্তি তৌরোই মাংদে । পোকপাগী যুমশেংবা তৌরোই মাংদে । অর্থাৎ মযুম লৈবা মীনাই সেবক মচা পোকপাদা মপুগী যুম মাংদে চাপোক পাগী যুমশেংবা লৈতে । মপা স্নান তৌরগা শেংই মমাদি মাংই হুমিৎ ১২ নিদা যুম শেংগনী । অসিদা মনুসংহিতানা হাইবা রা অমা লৈ শিরবদি ॥ ২৭ ॥ যুম মাংলবদি উৎসবগী পোৎ । বিবা হাগী পোৎ অহু মাংদে হন্দোকলোই । যুম মাংলিডৈদা মচা পোকলবদি । পোকপাগী শেংবা হুমিত্তা শেংই । জগী যুম সেংবাদা মৃতুগীসু শেংলে মুনিসিংনা হায়বা রা অমা লৈ । যুম মাংলিডৈদা ভিক্ষা হাপপা য়ায় । ব্রাহ্মণগী দান পিবদা কনাদাসু দোষ লৈতে ॥ ২৮ ॥ থবক ২ কি মতুংইন্না তৌগনী মাসি দোষ লৈতে । ব্রাহ্মণা স্না দান তৌবদা মন য়াওদে । ক্ষেত্রিনা দ্বিগুন তৌগনী, বৈস্যনা ত্রিগুন তৌগমী । সুদ্রনা চতুর গুন তৌগনী । অসুম তৌনা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি । থবকী মওং য়েংহনা বিধি তৌগনি । শেংলগা কর্ম্ম পুম্নামক দোষ লৈতে । মন ব্রাহ্মণ নুপী থনমহনা শিপ্রবা ॥ ২৯ ॥

ইহাবেই শুণে জানি শুদ্ধা শুদ্ধ কর্ম্ম।
সর্ব্ব পাপ মুক্ত হয়ে অন্তে স্বর্গ ধাম ॥
তুমার চরন বিনু নাহি অন্য কাম।
তুমি মাতা তুমি পিতা বন্ধুজন তুমি ॥ ৩০ ॥
মোর ভার্য্যা মোর পুত্র কেবা কার নয়।
দেহেতে জীবন থাকি সম্বন্ধ যে হয় ॥
মরন হইলে যদি কেথাকার নাই।
রতিদেহ ভগবাণ তুমার নামে দেয় ॥
তুমানাম বিনে আরগতি নাহি মর।
জীবন থাকিতে যদি নাম মহামন্ত্র।
মরন কালেত নাম ঔষধ হইয়া
হেননাম রতিদেহ কৃপালু হইয়া ॥ ৩১ ॥
ইন্দ্রতুম্বা দাসমনে এই আশা করি।
ইহাজানি হরি পাদে নম দৃঢ় করি। ৩২ ।
০—ইতি শ্রীগরুড়পুরাণ চতুস্ত্রিংশ অধ্যায় সম্পুর্ন

— ॥ ৩৫ ।, পঞ্চত্রিংশ অধ্যায় ॥— ॥

নম নম ভগবান ভগতের নিধি।
সমুদ্র মথন কালে অমৃতের নিধি ॥
দেবাসুর যুদ্ধ করি অতি ঘোরতর।
দেবতা রক্ষার হেতু করি অবতার ॥
মুহিনীর রূপ ধরি অমৃত পতন
দেবের উদ্ধার করি রাক্ষস পীড়ণ ॥
শুতকহে মুণিগণ কর অবধান।
হরি পুছিল তাহার বিনত নন্দন ॥ ১ ॥
গরুড় কহেন শুণ দেব ভগবান।
ব্রাহ্মণ জাতিতে যদি অবমৃতু পাণ ॥
তাহারা কিমত করি কহ মোর স্থানে।
কুনমতে করিবেক কর্ত্তব্য বিধানে ॥
মরনান্তে প্রেত হয় কিগতি তাহার।
এইতত্ত্ব জানিবেন হৈল মোর ভার ॥
কৃপাকরি কহ মোরে জগতের স্বামি।
শুণি কহিলেন হরি শুণ বিধি ক্রমি ॥ ২ ॥

লান্দা শিখিবা মাগী জাতি শিংনা। নেংমা মাংই খংউ মরম। ব্রাহ্মনগা লৈমিন্নবা য়ায় দোষ লৈতে। শ্নান তৌরগা শেংলে দোষ লৈতে। গরুড় পুরান তারগা অশেং অমাং খংগনি। পাপ পুন্নামক কোক্লা শিরগা স্বর্গ ফংই গ্রন্থকারনা হায়রৈ। নংগী চরন নত্তবা অতৈ পানজদে। নংনা মাতানি নংনা পিতানি নংনা বন্ধুনি ॥ ৩০ ॥ ঐগী ভার্য্যা ঐগী ইচা হায়বা অসি কনাগীনু ওইদে। দেহদা প্রান লৈরিমখৈ ঐগী সম্বন্ধ ওই। শিরবদা কনাগু কনাগী ওইদে। হে ভগবান নংগী নাম শোনবদা পামজবা পুক্লিং ওইহনবিয়ু। শিরমদায়দদি নামনা হিদাক ওইগ দৌরি। অসিগুম্বা নামদা পামজমা ওইহনবিয়ু কৃপা তৌবিয়ু ॥ ৩১ ॥ ইন্দ্রহুম্না দাসগী পুক্লিংদা পামজৈ। অসি খংনা হরিগী চরন্দা পুক্লিং চেংশনবা তৌজে ॥ ইতি গরুড় পুরানগী অধ্যায় ৩৪ অসিদা লোয়রে ॥

( পাংত্রবা তোক্লবা মনিনা মৈতৈরোন্না অর্থ তৌরৈ অরানবা পুন্নক ভাকপিয়ু

( অসিগী তুংদা অধ্যায় ৩৫ হৌজরে ) শুতগী লনয়ায় ওইবা ভগবানবু খুরমজৈ। মমাংদৈদা সমুদ্র নৈবদা অমৃত চফু থোকখি। লাই হিংচাবা অমৃত মুন্নারবদা। লাই কন্নাবাগীদমক অবতার তৌখি মুহিনী ওইদুনা অমৃত য়েনখি। লাই ভাকপি হিংচাবা বাহনখি। শ্রীসুত পণ্ডিতনা হায় মুনিসিং পুক্লিং চংনা তাও। শ্রীহরিদা গরুড়না হংখি ॥ ১ ॥ গরুড়না হায় হে দেব ভগবন। ব্রাহ্মণ জাতিনা অপমৃতু ওইরবদি শিথ্রিবা অদুনা করি তৌবগে হায়বিয়ু ঐঙোন্দা। প্রেতগী বিধি করি তৌবা হৌনবগে। শিরগা প্রেত ওইরিবা অদুগী করি গতি ফংবগে। অসিগী তত খংহনবিয়ু।

অতি গুপ্ত এই কথা কহিব তুমাতে ।
অপমৃত্যু হৈলে যদি প্রেতসে নিশিতে ।
তার যত কর্ম্ম সব করহ শ্রবন।
ষর্পদংশি মৃতু আর দংশে জন্তুগণ ॥
গলে পাছদড়ি কিম্বা গুরুতরা ঘাটে ।
ব্যাঘ্র অগ্নি ম র কিম্বা বিষদ্বারা ঘাটে।
জলে ডুবি মরি কিম্বা আর বিষুচিকা ।
ম্লেছ হাতে মরি এই পতন নরকে ॥ ৩ ॥
কুকুরে দংশন কিম্বা শৃঙ্গাল দংশনে ।
বৃক্ষ ঘাটে মরি যদি নরকে পটনে ।
রজস্বলা অশুচি শুদ্র রজকাদি স্পর্শে।
সেই মৃতু নরকেতে পটন অবস্যে ॥
নরক ভুগান্তে পুণ প্রেত জন্ম পাই ।
ইহাসব দাহা ক্রিয়া অশুদ্ধ না পাই ॥
তৎক্ষনে হিতার্থ বিধি কহিব তুমারে ।
ব্রাহ্মণের যয় মাছে তার বিধি করে । ৪ ।
ক্ষেত্রিয়ের তিন মাস বৈস অর্দ্ধ মাসে।
শুদ্র সদা করিবেক শুণ ওহে বাসে ।
গয়া যমুনা কিম্বা নৈমিষা পুষ্করাদি ।
তরাগ বিমল জল পূর্ন জল হ্রদ ।
বাপী কুপ গোষ্ঠ গৃহে প্রতিমার অগ্রে।
এইসব স্থানে আর করি কৃষ্ণ অগ্রে॥
নারায়ণ বোলি ক্রিয়া করিবে যতন।
তারপরে পৌরানিক বৈদিক ব্রাহ্মণ ॥ ৫ ॥
বেদ মন্ত্র তর্পনাদি করিবে যতনে।
সর্ব্বৌষধি মিশ্র জল বিষ্ণুকে তর্পনে ।
অনন্তরে পুরুষ সুক্ত মন্ত্র করিবে ।
অণ্যকিম্বা বৈষ্ণব মন্ত্র যত্ন করিবে ।
প্রেতের উদ্দেশ যে দখিন মুখ করি ।
প্রেত বিষ্ণু রূপ ধ্যাণ তর্পণ যে করি ॥
তর্পণ অবসাণ বীতরাগ যে হৈল i
মৎশুয্য বিহীন চিত ইন্দ্রি বস কৈল । ৬

হে জগৎকী মপু কৃপা তৌবিহুনা ঐতোন্দা তাকশিয়ু। হরিনা হায় য়ান্না থুপপা বানি অহুগা বিধি হায়গে মথং মথং তাও। ॥ ২ ॥ য়ান্না থুপপা অহুগী রা নতোন্দা হায়গে। অপমৃতু ওইরবদি প্রেতগী অহিং অহদা তৌগদবা। অহুগী তৌগদবা কর্ম্ম অহু তাও। লিন্না চিক্নুনা অমাদি তিনন কোংনা চিক্নুনা শিবা। গুরুতরা ঘাট ( ভৃগু পাত ) অর্থাৎ মতোমদা চিংদগী ওথহুনা শিবা থোরি য়ানহুনা শিবা। কৈনা চাবা মৈনা চাকপা অর্থৎ মৈদা ইশিংদা সংবল্ল তৌহুনা শিবদি সংকলপা কোই নিংবা থুংই অহুদি নত্তনা খংহোদনা নৈনা চাকপা ইশিংদা তাহুনা শিবদি অপমৃতু কোই। মপুক কংখৎপা লেংহুনাশিবা বিযুচিকা কোই হচাহুনা শিবা ইশিংদা তাহুনা শিবা। পাঙনগী মখুত্তা শিবা মথোয় অশি নরোক তায় ॥ ৩ ॥ হুইনা লমহুইনা চিক্নুনা শিবা উনা নন্দুনা শিবা অপমৃতু কোই নরোক তায়। রজস্বলা স্ত্রী অমাংবা শুদ্র দোবি মথোয় অসি শোক্লানা শিবা নরোক তায়। নরোক ভুগ লোইরগা প্রেত জন্ম কংই। হায়রিবা অপমৃতুশীং অসী মৈ থাহুনা লেংদ। খুদক্তা লেংবা রা হায়গে। ব্রাহ্মন ওইরগা থা রুকনি লৈরগা বিধি তৌগনী। ক্ষেত্রিগী থা ৩ বৈস্যাগী নুমিৎ ১৫নী। শুদ্রগী খুদকতা বিধি তৌগনী। গয়া গঙ্গা যমুনা নৈমিষা পুষ্করনাচিংবাদা। নত্রগা থাঙ্গপাৎ অরুবা ঈশীং অচৌবা হ্রদদা। পুকখ্রীদা যঙ্গোন্দা প্রতীমাগী মাংদা অসীদা কৃষ্ণগী মাংদা নারায়ন লোন্দুনা ক্রিয়া তৌগনী। মতুংদা পুরান হৈবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণনা ॥ ৫ ॥ বেদমন্ত্র থিহুনা তর্পনাচিংবা তৌগনী। সর্ব্বৌ ষধি মহুমা বিষ্ণুদা তর্পন তৌগনি। মতুংদা পুরুষ সুক্ত

শুচি হয়া দান ধর্ম্ম বাক্য মণ শুদ্ধ।
প্রাণ সংজম করি ধর্ম্ম পরায়ণ শুদ্ধ ॥
তারপরে বন্ধু গণ মিলিয়া সকলি।
একাদশ শ্রাদ্ধ তার করিবে সকলি ॥
সর্ব্ব কার্য্য করিবেক একত্র হইয়া ॥
সর্ব্বদান করিবেক সজ্জ্যাদি লইয়া ॥
অনন্তরে বস্ত্র দুই উপধান যুক্তি।
অশ্ববিধ পদদান তার যথা শক্তি ॥ ৭ ॥
ব্রাহ্মণ দান করিবে পুংক্তি না করিবে।
বস্ত্র সঙ্গে ভুমি রাখি গন্ধ পুষ্প দিবে ॥
এইমতে দান দিবে যাহার বিধান।
তারপরে শঙ্খ কিম্বা তাম্র পাত্র আর।
পৃথক পৃথক তবে শ্রাদ্ধ কর্ম্ম করি।
পৃথক পৃথক তবে তর্পনাদি করি ॥
পরে জানু ভুমে পড়ি স্বর্য্য অর্ঘ দিবে।
পৃথক পৃথক তবে শ্রাদ্ধ যে করিবে ॥ ৮ ॥

এসব বিধি ক্রিয়ার অনুসার করি।
প্রথম পিণ্ড আপ দেবী ইত্যাদি যে করি ॥
দ্বিতিয় পিণ্ড বসুমতি ইত্যাদি মন্ত্র।
তৃতিয় পিণ্ডে নাপাব ইত্যাদিক মন্ত্র ॥
চতুর্থ পিণ্ডেতে দেবাস ইত্যাদি মন্ত্র।
পঞ্চম পিণ্ডেত সমুদ্র গছ যে মন্ত্র ॥
ষষ্ঠে পিণ্ড অগ্নি জ্যোতি ইত্যাদি মন্ত্র।
শপ্ত পিণ্ডে হিরণ্য গর্ভ ইত্যাদি মন্ত্র ॥ ৯ ॥
অষ্টম পিণ্ডে যমায় ইত্যাদি মন্ত্র।
নবম পিণ্ডে যজ্ঞাগ্রত ইত্যাদি মন্ত্র।
দশম পিণ্ডে যং কনিনী ইত্যাদি মন্ত্র।
একাদশ ভত্রং কর্ম্মভী ইত্যাদি মন্ত্র ॥
এইসব মন্ত্র উচ্চারন করিবেক।
পিণ্ডদান করিবেক বিসর্জ্জন তাক।
অনন্তর পরদিন একাদশ দেবে।
শ্রাদ্ধ করিবেক তার একাদপ দেবে ॥ ১০ ॥

মন্ত্র থীগনী। নত্রগা বিষ্ণুমন্ত্র খিত্নন। প্রেতগী উর্দ্দেশ তৌছুন মাই মথা ওন্দুনা। প্রেতবু বিষ্ণুরূপ ধ্যান তর্পণ তৌগনী। তর্পন লোইরগা [ বীতরাগ ] শাওনিংবা লৈতনা। সুংনাংবা লৈতনা ইন্দ্রি নাকশন্দুনা ॥ ৬ ॥ পুক্লিং শেংনা দানধর্ম্ম তৌগনী য়াথং পুক্লিং শেংনা। প্রান নাকশন্দুনা ধর্ম্ম দা পুক্লিং চংনা শেংনা তৌগনী। মতুংদা বন্ধুশিং তিন্নাদুনা। একাদশ শ্রাদ্ধ তৌগনী। থবক পুন্নামক তৌগনী ময়াম তিন্নাদুনা। সজ্জ্যানাচিংবা দান তৌগনী। অশ্ববিধ দান তৌগনী ওন্নামথৈ ॥ ৭ ॥ ব্রাহ্মণদা দান তৌগনী, কৌগা লেইননা লৈবাক্ত থমদুনা গন্ধপুষ্পা কৎকনী। অসুম্না দান তৌগনী রায়েন চুন্না। মতুংদা শঙ্খ নত্রগা তাম্রপাত্রদা। তোপ্পা তোপ্পা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌগনী। তোপ্পা তোপ্পা তর্পণ তৌগনি শ্রাদ্ধ তৌগনী ॥ ৮ ॥ মতুংদ খুউ লৈতান লৈবাক্তা কমদুনা সুর্য্য অর্ঘ কৎকনী। অমাম্বা রায়েন থবককী মতুংইন্না তৌগনী। প্রথম পিণ্ডদানদা আপ দেবী ইত্যাদি মন্ত্র তৌগনী। আপ দেবী না হোবা মন্ত্র থীগনী। দ্বিতীয় পিণ্ডদানদা বসুমতিন হোবা নত্র থীগনী। তৃতীয় পীণ্ডদানদা নাপাবন হোবা মন্ত্র থীগনী। চতুর্থ পীণ্ডদানদা দেবাসনা হোবা মন্ত্র থীগনী। পঞ্চম পীণ্ডদানদা সমুদ্র গচ্ছনা হোবা মন্ত্র থীগনী। ষষ্ঠপীণ্ড দানদা অগ্নি জ্যোতিনা হোবা মন্ত্র থীগনী। সপ্তমদা হিরন্য গর্ভনা হোবা মন্ত্র থীগনী ॥ ৯ ॥ অষ্টম পীণ্ড দানদা যমায়না হোবা মন্ত্র থীগনী। নবম পিণ্ডদানদা যজ্ঞাগ্রত না হোবা মন্ত্র থীগনী। দশম পীণ্ডা যংকনিনীনা হোবা মন্ত্র থীগনী। একাদশ পীণ্ডদা ভত্রং কর্ম্মভীনা চিংবা মন্ত্র থীগনী। হায়খিনা মন্ত্রশিংসি থীগনি

এই শ্রাদ্ধ ব্রাহ্মণের করি আবাহন।
অর্ঘ্যদান করিবেক করিয়ে যতন ॥
সামণ্য ব্রাহ্মণ নাহি করিবে বিধান।
শ্রাদ্ধ কাজ গুণ বেক্ত শুনিল বিদ্যান।
সংকুল প্রতিষ্ঠিত অব্যঙ্গ বিধিজানি।
উত্তম ব্রাহ্মণ আবাহন যথা জানি ॥
হীনজাতি ব্রাহ্মনেরে নাহি আবাহন।
শ্রাদ্ধ কালে স্বর্ণময় বিষ্ণু নিরূপণ। ১১ ॥
তাম্র রজ রূপা ব্রহ্মা লৌহময় যম।
সিষ কিম্বা দর্ভ ময় প্রেম মূর্ত্তি কাম ॥
যমায়ত্বা ইত্যাদি মন্ত্র মূর্ত্তি সকল
অঙ্গ আবাহি মন্ত্র ইত্যাদি করিল ॥
পশ্চিমে গোবিন্দ মূর্ত্তি বিন্যাস করিবে।
অগ্নি মিলে ইত্যাদি মন্ত্র পঠন করিবে।
পুর্ব্বেতে ব্রহ্মার মূর্ত্তি করিবে বিন্যাসে।
ইসে ত্বোজিতি মন্ত্র ইত্যাদি জপিসে ॥ ১২

দক্ষিণেতে যমমূর্ত্তি বন্যাস করিবে।
ত্বামন্ত্র ইত্যাদি উচ্চারন যে করিবে ॥
মধ্যস্থলে মণ্ডল করিয়া তদুপরি।
দর্ভময় প্রেম মূর্ত্তি স্থাপণ যে করি ॥
পঞ্চ কুম্ভ করি তারে পৃথক পৃথক।
পঞ্চরত্ন একে একে কুম্ভ করিবেক ॥
মুর্ত্তিগণে মন্ত্র আদি যজ্ঞ যে পবিত্রা।
মুদ্রা দরশন করি রুদ্রাদি দেবতা। ১৩ ॥
যার তার মন্ত্র পড়ি পৃথক পৃথক।
পঞ্চ ঘট করিবেক যথাতে পৃথক ॥
এককুম্ভ বিষ্ণু এক কুম্ভ রুদ্র করি।
এককুম্ভ ব্রহ্মা আর কুম্ভে যম করি।
আর কুম্ভ প্রেত স্থানে করিবে বিধান।
তারপরে পঞ্চ দেবতার শ্রাদ্ধ করেন ॥
প্রতি পিণ্ডে পৃথক যে জল ধার করি।
শঙ্খ পাত্রে তাম্র পাত্র মৃৎ পাত্রে করি ॥ ১৪ ॥

অর্থাৎ মন্ত্র উচ্চারন তৌগনী। পীণ্ডদান তৌরগা বিসর্জনা তৌগনী। মতুং নোংমা কোনবাদা একাদশ দেবদা। একাদশ দেব শ্রাদ্ধ তৌগনী ॥ ১০ ॥ অম্বুম্বা শ্রাদ্ধদা ব্রাহ্মণ আবাহন তৌগনী। অর্ঘ দান তৌগনী, সামন্য ব্রাহ্মণদি য়াদে। শ্রাদ্ধ ক্রিয়া গুণ থংবা লমচৎ ফজবা লাইরিক হৈবা জাৎ ফবা মমিং চৎপা কর্ম্মগী অঙ্গ থংবা। অসি থংনা উত্তম ব্রাহ্মণ কৌগনী। জাৎ তোনবা ব্রাহ্মণ কৌফদে। শ্রাদ্ধ মতম স্নানা বিষ্ণুরূপ নিরূপণ তৌগনী ॥ ১১ ॥ কোরিনা রূজ্র, রূপানা ব্রহ্মা য়োংনা যম য়োং নত্রগা মিশি নত্রগা [ দর্ভ ] কুশনা প্রেম মূর্ত্তিনা কাম, অসি অম্মা নীরূপন তৌগনী। যমায ত্ব নাচিংবা মন্ত্র মুর্ত্তি লিংথংকনী। অঙ্গ আবাহি হায়বা মন্ত্র পাগনী। নোংচুপ্তা গোবিন্দ মূর্ত্তি বিন্যাস তৌগনী অগ্নি মীলে হায়ব মন্ত্র পাগনী। নোংপোক্তা ব্রহ্মাগী মূর্ত্তি বিন্যাস তৌগনী। ইসে ত্বোজিতিচিংবা মন্ত্র অসি শোনগনী ॥ ১২ ॥ দক্ষিনদা যম মূর্ত্তি বীন্যাস তৌগনী। ত্বামন্ত্র অসিনাচিংবা মন্ত্র পাগনী। ময়ায়দা [ মণ্ডল ] য়াম্না কোয়না য়েক্নী অতুগী মথক্তা। কুশনা প্রেমগী মূর্ত্তি ১ স্থাপন তৌগনী। চফু ৫ তোপ্না তোপ্না থমগনী। পঞ্চরত্ন অমমম চফুদা হাপকনী। মুর্ত্তিসিং অতুদা মন্ত্র ( যজ্ঞপবিত্র ) নগুন অমা অমা কংকনী। মুদ্রা তৌগনি রুদ্র নাচিংবাদা ॥ ১৩ ॥ ঘট ৫ থাগনী তোপ্না তোপ্না। কুম্ভ ( ঘট ) অমদা বিষ্ণু অমদা রুদ্র স্থাপন তৌগনী ঘট অমাদা ব্রহ্মা অমাদা যম কুম্ভ ঘট অমাদা প্রেত লৈহনগনী। মতুং অতুদা পঞ্চদেব তাদা শ্রাদ্ধ তৌগনী। পীণ্ড থুদিংদা জল হৈগনি শঙ্খজল তাম্রপাত্রগী জল মৃৎপাত্রগী জল ॥ ১৪ ॥

সর্ব্বৌষধি তিল দোক পীণ্ড পরে দিল ।
শ্রাদ্ধের যে দান মত করিবে সকল ।
ছত্রভোজ্য আসনাদি করিবেক দানে ।
তিলস্বর্ণ তাম্র পাত্রে সহিতে দক্ষিণা ॥
যথা বিধি ব্রাহ্মনের করিবেক দান ।
ঋগবেদ ব্রাহ্মণের ভূমি করিদান ।।
যজুবেদ ব্রাহ্মণের দুগ্ধ গাভী দান ।
শিবলাগি শ্যাম বেদি ব্রাহ্মণের দান ॥ ১৫ ।
বস্ত্র আদি অলঙ্কার করিবেক দান ।
যমলাগি তিল লৌহ করিবেক দান ।
দক্ষিনা করিবে সবে আনন্দিত মন ।
প্রেত মূর্ত্তী তদ্ব পরি সর্ব্বৌষধি দান ।।
পলাস পত্রকে রাখি তদুপরি ভিন ।
কৃষ্ণজিন পরিকুশ পুরুষ স্থাপণ ।।
তিন শত ষষ্ঠ কুশ অস্থি সঞ্চ করি
অনন্তরে কুশ পৃথক পৃথক করি । ১৬ ॥
অঙ্গ যে বৈন্যাস করি পৃথক পৃথক ।
মস্তকেত চত্বারিংশ গৃবাতে দশক ॥
বক্ষে বিংশ হৃদি বিংশ বাহুদ্বয়ে শত ।
কটিদেশে বিংসতিক উরু দুই শত ।।
জঙ্ঘ দুই ত্রিংশ শিশ্নে চারি করিবেক ।
বৃষণ দুইরে ষয় বিধাণ ইহাক ॥
পদের অঙ্গুরি দশ করিবে এমন ।
কুশ মন্ত্রে অস্থিসব সঞ্চয় যেমন ।। ১৭ ॥
অনন্তরে মস্তকের নারীকেল দান ।
তালু দেশে রজত মুখে পঞ্চম রতন ॥
জিহ্বাতে কদলি ফল অস্থি স্থাণে বালু ।
নাসাতে কুঙ্কুম বাস স্থাণে হৈল তাল ।
মৃত্তিকা স্থাপণ করি মত্র স্থানে গো মুত্র ।
ধাতু স্থানে গন্ধক হরিতাল একত্র ॥
মাংস স্থানে মনছিলা করিবে তখন ।
শৌনিত স্থানেতে মধু করিল যখন ।। ১৮ ।।

সর্ব্বৌষধি জল, তীলোদক, পীণ্ড মথক্তা পীগনী । শ্রাদ্ধগী দান মতোগুম্না তৌগনী । ছত্রদান ভোজ্যদান আসন দান তৌগনী । তীলদান স্বর্ণদান তাম্রপাত্রদা দক্ষীনা লোয়নবা । বীধী কায়দনা ব্রাহ্মণদা দান তৌগনী । ঋগবেদী ব্রাহ্মণদা কংকনী । শীবগীদমক শ্যাম যেদীব্রাহ্মন্দা দান তৌগনী ।।১৫। বস্ত্রনাচিংবা অলঙ্কার দান তৌগনী । যমগীদমক তীললৌহ দান তৌগনী । দক্ষীনা তৌগনী লাই পুন্নামক্ষুদা পুক্লিং মুংভাইনা । প্রেত মুত্তি অদুগী মথক্তা সর্ব্বৌষধি দান তৌগনী । পাঙ্গোং মনা থাগ্নগা অদুগী মথক্তা । শজি মউন থাগনী মথক্তা কুশগী পুরুষ অম স্থাপন তৌগনী ৩৬০ কুশনা অস্থি সঞ্চয় তৌগনী । মতুংদা কুশ তোপ্পা তোপ্পা পায়তুনা । অঙ্গ বিন্যাস তৌগনী তোপ্পা তোপ্প ॥ ১৬ ।। কোক্ত ৪৪ লক ওক্তা ১০ রক । থবাক্তা ২০ লক হৃদিদা ২০ লক পাম্বোম অনিদা ১০০ রক । খাংদা ২০ লক কৈগন অনিদা ১০০ রক । খুবোম অনিদা ৩০ রক লিঙ্গদা ৪—লক । অণ্ড কোষদা অনিদা ৬ লক খোংজাদা ১০—রক । কুশতনা শরু পুন্নামক সঞ্চয় তৌগনী অর্থাৎ সেমগনী । ১৭ ॥ কোক্তা যুবি হাপকনী ভৌদা লুপা মুখদা পঞ্চরতন । কৈয়েংদা লকোই শরুদা কৈঙেংই নাতোন্দা কুঙ্কম বাস স্থান্দা কোনা মহৈ । মুত্তি স্থাপন তৌরগা মুত্রস্থানদা গোমুত্র হাপকনী । ধাতু স্থানদা গন্ধক হরিতাল হাপকনী । ( মাংসগী ) তোংগী মকমদা চুং হাপকনী । ঈগী মকমদা খোইহী হাপকনী ।। ১৮ ॥ শমগী মকমদা বোট মরা উনদা শজি মউন । রেতগী স্থান্দা সু হিদাক ( পারা ) লিঙ্গদা (পুরুষদা ) পিথ্রাই । হকচাং পুন্নামকক্তা মুং সন্ধিদা

কেশ স্থানে বট জটা চর্ম্মে মৃগ চর্ম্ম ।
রেতের পারদ পুরুষ পিতল ধাম ।
সর্ব্ব গাত্রে মনছিলা সন্ধি তিল পিষ্ট।
কর্ণ দোহে তক্ষ পত্র স্তন গুঞ্জা দুটি ॥
নাসিকাতে শতদল পদ্ম করি স্থাপনে।
নাভি মণ্ডল কমল বার্ত্তকি বৃষনে ॥
লিঙ্গেতে গৃঞ্জন দিবে নাভি ঘৃত দিবে।
কৌপিনে সিষ প্রদান করিবেক দিবে ॥ ১৯ ॥
স্তন দুই মুক্তা শীরে লেপণ কুঙ্কুম।
তারপরে কর্পুর অগুরু ধূপ দাম ॥
সুগন্ধি নানায় দ্রব্য বিভুষন করি ।
পরিধান পট বস্ত্র হৃদে স্বর্ণ করি।
স্কন্ধ বিন্ধি দুই ভুজে করিবে প্রদাণ।
দুই নেত্র কর্পুর দোক সিঞ্চণ তাহান ॥
নেত্র কোণে সিন্দুর যে প্রদান করিবে ।
তাম্বুলাদি উপহার অলস্কৃত দিবে ॥২০ ॥
ব্রাহ্মণেরে প্রেত সঙ্গে যজ্ঞ পাত্র সব।
প্রদান করিবে তাম্বুলাদি উপহার ॥
প্রদান করিবে সর্ব্বৌষধি সব আদি ।
তারপরে সন্নোদেবী পুণস্তু ইত্যাদি ॥
ইমস্মে বরুণ মন্ত্র জপিবে ইত্যাদি।
সালচক্রে প্রদক্ষিণ জল দ্বারা আদি ॥
প্রেত অভিষেক করি পবিত্র যে তার।
পরে বিষ্ণু ঠাই গাভী তিলদান কর ॥ ২১ ॥
বৈতরনী গাভীদাণ প্রেত মুক্তি দান।
তবে বৈষ্ণব শ্রার্দ্ধ করিবে যতন।
মুক্তি পায়া সেই প্রেত হইল যখন ।
প্রেত মুক্তি বিষ্ণু রুপে করিয়া কল্লণ ।
মৃত্যু জ্ঞাণ অগ্নি দাহা করিবে যতন ।
অগ্নিদাহা অশৌক ত্রিরাত্রি একরূপেণ ॥
ত্রিরাত্রি মধ্যেতে দশাহ যত্ন করিল ।
বার্ষিক বিধি মাসিক বিধি সব কৈল ॥ ২২ ॥

তাংশন্দা ( তিলপিষ্টক ) কাংগুবি হাপকনী । না অনিদা উনা স্তনদা গুঞ্জা অনি । নাসীকাদা খম্বান খোইদোদা খম্বান অণ্ড কোষদা খামেন অর্থাৎ খামেন্না অণ্ড কোষ শাগনী । লীঙ্গদা গৃঞ্জন খোয় দোদা ঘী পীগনী । কৌপীন ( গুহ্যদা ) মীসী হাপকনী ॥ ১৯ ॥ স্তন অনীদা মুক্তা, কোকথক্তো কুঙ্কুম তৈগনী । অতুগী মতুংদা কর্পুর আগর ধূপ । মনম সুংশিবা অয়াম্বা অয়দ্রব্য বিভুষণ পীগনী । পট বস্ত্র শেংহনগনী হৃদিদা স্না কাপকনী । মীৎ অনীদা কর্পুরজল খীককনী । মীৎচিদা শীন্দুর তৈগনী তাম্বুলনাচিংবা পোৎলম পীগনী ॥ ২০ । প্রেতগা লোয়ননা ব্রাহ্মণদা যজ্ঞপাত্র পুম্নামক অহ্র পীগনী । তাম্বুলনাচিংবী পোৎলম পীগনী । সর্ব্বৌষধিনা চিংবা পীগনি । অতুগী তুংদা "সন্নো দেবী পুনস্তু" হায়বা মন্ত্র শোনগনী । "ইমস্মে বরুন" হায়বা মন্ত্র শোনগনী শালগ্রাম প্রদক্ষিন তৌগবি শালগ্রামগী চরনামৃতনা প্রেত অহ্র অভিষেক তৌদুনা শেংহনগনি । অতুগী তুংদা বিষ্ণুদা গাভিদান তৌগনী তীলদান তৌগনী ॥ ২১ ॥ বৈতরনীগী গাভীদান তৌগনী প্রেত মুক্তিদান ওইগনী । মতুংদা বৈষ্ণব শ্রার্দ্ধ তৌগনী । মুক্তি ওইরে প্রেত অহ্র। প্রেতনা মুক্তি ওইদুনা বিষ্ণুগী মণক ওইনা চৎখরে । অশোমদাদি মৃত্যু ওইরে থন্দুনা অগ্নি দাহ যত্ন তৌগনী । অগ্নি দাহগী হুমনী যুম মাংবা ওইগনী । হুম্নিগী মতুংদা দশাহগী যত্ন তৌগনী । চহিগী কর্ম থাগী তৌগদবা কর্ম্ম বিধি তৌগনী ॥২২॥ থপীণ্ড তৌগনি পীণ্ডদান তৌগনী । শ্রীসুতনা হায় হে মুনিশিং শ্রবন তৌও । মমাংদৈগী রারি অমা ঐ হায়গে । শ্রদ্ধা তৌনা তাও শন্দোকনা হায়গে । মমাংদৈদা নারদনা

স্বপীণ্ড করনপীণ্ড আদি এ কয়েন।
সুত কহে মুনিগণ করহ শ্রবন ॥
পুর্ব্ব ইতিহাস আমি করিব বর্ন্নন।
শ্রর্দ্ধা করি শুণ সব বিস্তার কহেন ॥
নারদ পুছিল পুর্ব্বে সনৎ কুমারকে।
তীর্থ সমুহের মধ্যে তীর্থ করিবেক ॥
কুণ তীর্থ বোল মোরে কহ মহামুনি।
প্রনাম করিয়া আমি তুমার চরনে। ২৩ ॥
আমার নিকটে কহ করিব শ্রবনে।
শুনিসনৎ কুমার কহিব শুমা স্থানে ॥
তীর্থের মহিমা আমি কহিব তুমারে।
গয়ার সমান তীর্থ নাহিক সংসারে ॥
শ্রার্দ্ধ করি গয়া তীর্থ মুক্তি পদ পাই।
পৃথিবীর তীর্থ সবে গয়া সম নাই।
এক কালে পদ্মযোনি প্রার্থনা করিয়া।
গয়াসুর মস্তকেতে পথের স্থাপিয়া। ২৪ ॥

তাহার উপরে যজ্ঞ করিল আসিয়া।
গদাধর দেবগণ তথাতে আসিয়া ॥
যজ্ঞ সেষ করি ব্রহ্মা গৃহাদি প্রদান।
ব্রাহ্মনের নানা দান করিল প্রদান।
গয়ানাম এই ক্ষেত্রে প্রাবন্ধ তাহার।
পুত্রগনে গয়া ক্ষেত্রে লাগিয়া পিতৃর ॥
পিণ্ডদান করি যেবা পিতৃলোক সুখে।
নরক হইতে তরি পায়ে স্বর্গ সুখে ॥ ২৫ ॥
গয়াতে পিতৃর পিণ্ড করিল প্রদান।
অশ্বমেধ ফল পায়ে এসত্য বচন ॥
সংসয় নাকর ইথে জানিবা নিশ্চয়।
দেব লোকে পিতৃ লোকে মহাতৃপ্ত পায় ॥
জেষ্ঠপুত্র গয়াতে বৃষোৎসর্গ করে।
সর্ব্বপাপ মুক্ত হয়ে যায় স্বর্গ পুরে।
এই হেতু পিতৃগন মঙ্গ পুত্র মানে।
কুণ পুত্র অন্নদান করে যেই জন ॥ ২৬ ॥

হাংথি সনৎ কুমারদা। তীর্থ পুন্নমক্কী মরক্তগী করম্বা তীর্থনা হেনবগে। ঐহোন্দা তাকপীয়ু হে মহামুনি। নংগী চরণা ঐনা খুরমজরি ॥ ২৩ ॥ ঐগী মফমদা হায়দিয়ু তাজগে। সনৎ কুমারনা হায় হাংগে নহোন্দা। গয়া তীর্থগা মান্নবা অমা লৈতে জগতত। গয়াতীর্থনা শ্রার্দ্ধ তৌরবদি মুক্তি ফংই। পৃথীবিগী তীর্থ পুন্নামক গয়াগা মান্নবা লৈতে। মোংমদা ব্রহ্মানা প্রার্থনা তৌজহনা গয়াসুরগী মকোক্তা লম্বী শেমদুনা। ২৪ ॥ অদুগী মথক্তা যজ্ঞ তৌথি লাক্তুনা। শ্রীগদাধর দেব শোভাও লাকই। যজ্ঞ লোয়রে ব্রহ্মানা গৃহনা চংবা দান তৌখ্রে। ব্রাহ্মণদা নানা দান তৌই। অদুদগী গয়াগী মীং লৌহনা গয়া তীর্থ কৌথখোনখি। মী অদুগী মচা শিংনা লাক্তুনা গয়া তীর্থদা পিতৃগী পীণ্ড দান তৌজবা পিতৃলাক হুংঙায়। নরোকতগী লাক্তোক্তুনা স্বর্গ ফংই। গয়াদা পিতৃলোকক্কী শ্রার্দ্ধ তপণ তৌবা অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফল ফংই। অরেপপনী। সংসয় তৌগনু লেপনা থংউ। দেবলোক পিতৃলোক য়ামনা পেপ্পি। মী অদুগী মচাহনা গয়াদা বৃষ স্বর্গ অথাৎ গোদান তৌবা। মী অদু মুক্তি ওইদুনা স্বর্গদা চৎলি। মরম অসিনা পিতৃশিংনা মচা য়াম্বা পামনৈ। কনাগুম্বা মচানা গয়াদা অন্নদান তৌবা ॥ ২৬ ॥ মী অদু মচা য়ামনা ফংই। থা অমা। অমামথাই বাস তৌজবা শাগৈ তরেৎ য়োনা শেংলে। সুমিৎ তরামঙানি বাস তৌরুবা নত্রগা সুমিৎ তরেংনি লৈবা নত্রগা সুমিৎ হুমনি বাস তৌজবা। অচৌবা পাপ তৌবা অদু কোক্তুনা মুক্তি পদ ফংই। গয়া ক্ষেত্রদা মশাগী পীণ্ডদান তৌরবা খোইদিং ফজ্রবসু পিণ্ডদান

ব্রহ্মলোক পাইবেক গয়া ক্ষেত্রে দান।
তারসম পুণ্য নাহি এতিণ ভুবন॥
দেব পিতৃ তৃপ্ত হয়া থাকে অনুক্ষণ।
মুণ্ডন উপবাস সর্ব্ব তীর্থ বিহিত্তেন॥
কুরুক্ষেত্র বিসালা বিরাজ গয়াতেই।
এচারি তীর্থের ফল তার বিধি নাই॥
নরজণ্ম পায়ে যেই গয়া তীর্থ জাই।
তীক্ষুযদি গয়া গমন করিল তাই॥ ৩১॥
পিণ্ডদান নাকরিবে দর্শণ করিবে।
বিষ্ণুপাদে দণ্ডনিষ্ঠে যথন করিবে॥
পুর্ব্ব ভত্র পদে অজাজিক পাইলেণ।
ভরনিতে করে শ্রার্দ্ধ দীর্ঘায়ু করেন॥
শ্রাদ্ধ বিধি কহি তাহা যেন মত হৈল।
বিস্তারিয়া কহে আমি তুমারে শুনিল॥
ইছাতে গয়ার শ্রার্দ্ধ করিবে যতন।
গয়ার ব্রাহ্মাণ গণ অতি গুণ বান॥ ৩২॥

শ্রাদ্ধ কালে বিপ্রগণে করিবেক দান।
যদি ব্রাহ্মণ লক্ষণ কহিতার শুন॥
যে ব্রাহ্মণ কিটব মদ্য পাণ যে করি।
তার অঙ্গ হয়ে রোগ বর্জ্জণ যে করি॥
পশুপাল নিরা বৃত্ত গ্রাম শ্রেষ্ঠ জন।
বার্দ্ধষিক গায়ণ বম্নিক যে ব্রাহ্মণ॥
গৃহদাহী গড়দ কুণ্ডাসি সোমজে বিক্রিয়া।
সমুদ্রশারি দুশ্চর্ম্মা তেলিক সঙ্করা॥ ৩৩॥
কুটু করাক নাস্তিক বেদ বিবর্জিত।
পিতৃ সহ বাদ করি তার গৃহ স্থিত॥
অভি শপ্ত স্নীপ জীবি পুর্ব্ব করিগণ।
মিত্র দ্রোহি যাজক উন্মত গণ জান॥
ষণ্ডক শঠ ভ্রুনাহা পরস্ত্রী গামিন।
তিষ্যা জীব পৈশনিক না করিবে দান॥
ব্রহ্ম বিক্রয়ি ব্রত বিক্রয়ি বিপ্র গণ।
তপ বিক্রয়ি আদি যে করিব বর্জ্জন॥ ৩৪॥

পুক্রিং লেপচবা। পুর্ব্বভত্র নৈক্ষত্রদা পুজা তোনদবা হুমিংতম্ শ্রার্দ্ধ দান তোজবা। ভরনি নক্ষত্রদা শ্রার্দ্ধ তোজবা য়াম্মা পুনশি শ্রার্দ্ধগী বিধি তোগদবা বায়েন। ঐনা হায়হুনা নং থংপ্রবনি মাসিদা গয়াদা শ্রার্দ্ধ তোবাদি য়াম্মা চেংশনগনী। গয়াগী ব্রাহ্মনশিং য়াম্মা গুণ চেল্লি। ৩২॥ শ্রার্দ্ধগী মতমদা ব্রাহ্মণ দান তোগনী। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণগী লক্ষন হায়গে তাও। ব্রাহ্মন ওইহুনা লোনম্বা য়ু থকপা। মশাদা অনাবা ( রোগ পকপা ) মাদু থাদোককনী। যদ লোইবা লোনম তোদব গ্রমগী চাম্বা। প্রাচিন লোক ওইবা ঈশৈ শকপা হৈবা ব্রাহ্মণ কোই। য়ুম মৈথাবা হুপিজবা [ কুণ্ডাসি ] জারজ অর্থাৎ লাম্নাহুনা পোকপা ( সোমজে বিক্রিয়া ) পুকচেন কত্তবা। মুত্র চংপদা চামদবা, ( দুশ্চর্ম্মা ) লিঙ্গ হাবদোকপা অর্থাৎ কত্তরনা কুপ্তবা, ( তেলিক ) বর্ণ সংকর নমহৎপা॥ ৩৩॥ ( কুতুকরাক ) মরৈ মরা তোবা, নাস্তিক ওইবা বেদ থাদোকপা। মপা থংনবা ওম্বা মী; অত্তগা লৈমীরবা। মশাদা অভি শাপ লৈবা ( স্নীপি জীবি ) মিস্ত্রি শুহনা জীবন ওইবা, মিত্র দ্রোহিগী পুরোহিত ওইবা ভাওবা মখোয় অসি থংও। ( ষণ্ডক ) নপুংসক ( শঠ ) লোনম চাওবা ( ভ্রুনহা ) গর্ভ পাত তোবা পরস্ত্রী য়েংবা। ( তিষ্যা জীব ) মপোক কবা মীবু ( পৈশনিক ) হিংসা তোবা, অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তোফদে। ব্রহ্ম য়োনবা ব্রত য়োনবা ব্রাহ্মণ। তপ য়োনবা মখোয় অসি থাদোককনি॥ ৩৪॥ নাস্তিক ( কৃতঘ্ন ) মীনা তোবীমল থংদবা ললোনবা ব্রাহ্মণ। মখোয় অসিদা দান তোবা ফল লৈতে। পোং লৈরমদায়দা নিন্দা তোবা

নাস্তিক কৃতঘ্ন যে বানির্য্য ব্যবসায়।
এসকল দান করি ফল নাহি পায়॥
কোণ বস্তু ক্রয় কালে বহু নিন্দা করি।
বিক্রয় কালেতে বহু প্রশংসা যে করি।
এইসব ধর্ম্ম লজ্ঘি জানহ কারন।
মিথ্যাবাদি ব্রাহ্মনেতে না করিব দান॥
নাকরিবে শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তার যুগ্য নহে।
যদিবা করিলে তারা কিছু ফল নহে॥ ৩৫॥
ভস্মতে আহুতি ঘৃতে কেবা ফল পায়।
এইমতে শ্রাদ্ধ বস্তু সকল নাশয়॥
সৎকর্ম্ম করিলে যদি পাপ ক্ষয় হয়ে।
কুব্রাহ্মণ করিয়াছে কিছু ফল নয়॥
পিতৃগণ মুক্ত হয় তাহার মোচন।
কর্ম্মধারিজন কুণ পাপ আর পুণ্য॥
তারদেহে নাহি থাকে জানহ লক্ষণ।
পুত্রগণ গয়া ক্ষেত্রে করিল গমন॥ ৩৬॥
পিতৃগণ পদে পদে স্বর্গের স্থাপণ।
গয়ার পশ্চিম উত্তর পুর্ব্ব দখিণ॥
মুণ্ডন করিবে যেবা স্বর্গেতে গমন॥
ব্রহ্মাবোলে দুই ক্রোশ দণ্ড পরিমান॥
পঞ্চ ক্রোশ গয়াক্ষেত্র একক্রোশশির।
সব্ব তীর্থ এই স্থানে মিলন যে করি॥
গয়া শ্রাদ্ধ করি যেবা পিতৃ ঋন তরি।
পদে পদে অশ্বমেধ ফল সম করি॥ ৩৭॥
পিতৃলোক শ্রাদ্ধ করি ফল কহিতার।
কৃত্তিকা নক্ষত্র করি বিগত পুত্রের॥
রোহিনী করিলে শ্রাদ্ধ আশাপুর্ন কার।
মৃগশীরা শ্রাদ্ধ করি তেজবন্ত তারে॥
অদ্রাতে করিলে তার ক্রোর কর্ম্ম জানি।
পুণবর্বসু করি শ্রাদ্ধ ক্ষেত্র লাভ জানি॥
পুচ্ছাতে করিলে শ্রাদ্ধ ধণ ধাণ্য বান।
পুত্র পৌত্র তেজস্বি তুষ্টি লাভ জান॥ ৩৮॥

য়োনলমদায়দা মপোং থাগৎপা মাসি ধর্ম্ম লাম্থোকপা কোই থংও। মীনম্বা হায়বা ব্রাহ্মণদা দান তোক্‌দে। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তোহনলোয়দবনী থংও মতিক ওক্তে। তোহল্লবাপু করিসু ফল লৈতে॥ ৩৫॥ উত্তা হোম তোবা কারি কায়বগে। অশুম্না শ্রাদ্ধ বস্তু সিংদো মাংলে। সৎকর্ম্ম তোরগা পাপ কোকই। কৎতবা বাহ্মন্না তোরগা ফল লৈতে। পিতৃসু মুক্তওই মাসু লাল্লি। কর্ম্ম তোবা মী মশাদা পাপ লৈত্রে। মচাসিংনা গয়া চৎপা॥ ৩৬॥ পিতৃ খোংথাং থুদিং স্বর্গ কায়। গয়াগী নোংচুপ অরাং নোংপোক মথাদা। শম কোকচবা স্বর্গ কায়। ব্রহ্মানা হাইখি গয়াশুরগী ময়ানা ক্রোশ অনিগী মাননি। ক্রোশ মঙাগী মাননি মশানা কোকনা ক্রোশ অমানি। তীর্থ পুম্নমক্না তিল্লি মকম অদুদা। গয়াদা শ্রাদ্ধ তোবা পিতৃঋান কোকই। খোংথাং থুদিংদা অশ্বমেধগী ফল কংই। ৩৭॥ পিতৃলোককী শ্রাদ্ধ তোবাগী ফল করি হায়সিগে। মচা শিরগা কৃত্তিকা নক্ষত্রদা। রোহিনী নক্ষত্রদা শ্রাদ্ধ তোবা আশাপুর্ন ওই। মৃগশিরাদা শ্রাদ্ধ তোবা তেজবন্ত ওই। অদ্রা নক্ষত্রদা শ্রাদ্ধ তোবা মীনা কত্তবা তোবা থংই। পুনর্ব্বসুদা তোবানা মরো মশিং কংই। পুচ্ছদা শ্রাদ্ধ তোবা ইনাক খুল্লি। মচা মশু মতিক মশুণ চাওখৎলি॥ ৩৮। অস্লেসা নক্ষত্রদা তোবনা অকনবা মচা কংই। মঘা নক্ষত্রদা তোবানা পাল্লি দৈ। পুর্ব্ব ফালগুনিদা তোরগা মরাইবক কবা মচা কংঙৈ। উত্তর ফাল্গুনীদা তোবানা মচা ধর্ম্ম লৈবা কংই। হস্তা নক্ষত্রদা শ্রাদ্ধ তোবনা মচা পোকই। চিত্রা নক্ষত্রদা শ্রাদ্ধ তোবা মচা মশক ফজে। স্বাতি নক্ষত্রদা তোরগা মচা

অশ্লেসা করিলে শ্রাদ্ধ বীর পুত্র লাভ ।
মঘাতে করিলে জ্ঞাতিবেতে শ্রেষ্ট লাভ ॥
পুর্ব্ব ফাল্গুনীয়ে শ্রাদ্ধ সৌভাগ্য নন্দন ।
উত্তর ফাল্গুনী ধর্ম্ম শীল যে নন্দন ॥
হস্তা সাধু পুত্র পাই জানহ কারন।
চিত্রাতে করিলে পুত্র হৈল রূপ বান ॥
স্বাতিকরে পুত্র যেবা বিদ্যাণ তনয়া ।
বিশাখারে করি শ্রাদ্ধ তনয় লাগিয়া ॥ ৩৯ ॥
অনুরাধা শ্রাদ্ধ করি স্বদেশে বিরাজ ।
জ্যেষ্ঠা করি বহুপুত্র পাইবার কাজ ॥
মুলাতে আরোগ্য পুর্ব্ব ষাঢ়া মহৎযোশ ।
উত্তর ষাঢ়াতে শোক হইয়া বিষেশ ॥
শ্রবণাতে পরমগতি পাইল যেজন ।
পুর্ব্ব ভদ্রপদ করি অযাজিক পায়েন ॥
উত্তর ভদ্রেতে সহস্রেক গাভী পাই ।
রেবতী করিলে শ্রাদ্ধ বহুদ্রব্য পাই ॥ ৪০ ॥

অশ্বিনী করিলে শ্রাদ্ধ অশ্বগণ পাই ।
ভরণীতে করে শ্রাদ্ধ দীর্ঘায়ুতে হই ॥
পুণ্য কর্ম্ম করি যদি মুখে না কহিলে ।
যদিতার মুখে পুণ্য আমি করি বোলে ॥
তার পুণ্য সব নাসি তক্ষণে হইল ।
ইহাজানি পুণ্য কর্ম্ম নিজ না কহিল ॥
শ্রাদ্ধ বস্তু দান বস্তু সব যত্ন করি ।
কুক্কুর রাক্ষষ দৃষ্টি না দিবে তারে ॥ ৪১ ॥
শ্রাদ্ধ লাগি তিল বিক্র করিবে যতন ।
শুকর দর্শন আর কুক্কুর গমন ॥
যেইবস্তু শ্রাদ্ধ করি বিংষ্টু যে জন ।
রজস্বলাস্ত্রী স্পর্সে হবি যে প্রদান ।
পিতৃলোক তৃপ্ত নাহি জানহ কারন ।
মন্ত্রহীন বাক্য মাত্র শ্রাদ্ধ নাহিহন ॥
মন্ত্রহীন করিবদি বিবাদ ঘটন ।
পিতৃলোক মুক্তি পদ নাহবে কখন ॥ ৪২ ॥

লাইরিক হৈ । বিশাখাদা নক্ষত্রদা তৌবনা মচা কংই ॥ ৩৯ ॥ অনুরাধাদা শ্রাদ্ধ তৌবনা মরৈ বাক্তা ওাল্লি। জেষ্টা নক্ষত্রদা তৌবনা মচা য়াম্না কংই । মুলাদা তৌবনা নাদে পুর্ব্বষাঢ়াদা তৌবনা মীংচৎ কংই। পুর্ব্বভদ্রপদদা তৌবনা নিদনা কংই। উত্তরভদ্রদা তৌবনা ষনবী লীশিং কংই। রেবতিদা তৌবনা পোৎ য়াম্না কংই ॥ ৪০ ॥ অশ্বিনীদা তৌরগা শগোন য়ামনা কংই । ভরনীদা তৌবনা য়ামনা পুনশি। পুণ্য কর্ম্ম তৌরগা মচিন্না হায়দোক্তুবদি । মাগী মচিন্দা পুণ্য কর্ম্ম তবু ঐনা হায়হনলী। মানা পুণ্য মচিন্না হায়দোক্লবদি মাগী পুণ্য মাংলে। অসী খংহুনা মাগী পুণ্য কর্ম্ম হায়দোককদে । শ্রাদ্ধগী পোৎ দানগী পোৎ যত্ন তৌগনী। হুইনা য়েংলম্বা চংলম্বা রাক্ষসনা য়েংলম্বা পোৎ শ্রাদ্ধদা হাপকদে ॥ ৪১ ॥ শ্রাদ্ধগীদমক থোয়দিং লৈক্লবা যত্ন তৌগনী । ওকনা য়েংলম্বা হুইনা চংলম্বা। পোৎ অদু শ্রাদ্ধদা হাপলবদি মী অদু মাওলে। রজস্বলা স্ত্রীনা শোকপা পোৎ হবিদা কৎপা। পিতৃলোক্না পেন্দে খংও। মন্ত্র য়াওদনা রাহৈতনা শ্রাদ্ধ য়াদে ॥ ৪২ ॥ মন্ত্র য়াওদনা কৎপা মী অদু রাখোকপা নংই। পিতৃলোক মুক্তি ওইদে। ময়ম অসিনা ব্রাহ্মণগী য়াথং ইনগনী। শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী দান যতন তৌগনী। মমাংহৈদা গয়া চৎপগী নিয়ম ব্রহ্মানা তৌরম্মী। অদু হায়গে তাও অদুগী লক্ষন। কৌপীন সেৎতুনা গ্রাম প্রদক্ষিন তৌহুনা। উসবকী প্রসাদি চারগা চৎকনী। মীগী পোৎ লৌকদে হুমীৎ খুদিং চৎপদা। পুক্নিং সুংত্তাইনা চৎকনী নাপণ তৌকদে ॥ ৪৩ ॥ অস্নমনা চৎলবদি তীর্থগী ফল কংই। মখোং মথুৎ পুকনিং লাকশনগনী।

এই হেতু ব্রাহ্মণের অনুমতি জানে।
শ্রাদ্ধ কর্ম্ম করিদান করিবে যতনে ॥
পূর্ব্বে ব্রহ্মা গয়া যাত্রা নিয়ম করিল।
তাহা আমি কহি শুণ লক্ষণ সকল ॥
কৌপিণ ধারন করি গ্রাম প্রদক্ষণ।
উসবের সেষ খাই করিবে গমন ॥
পরদ্রব্য নাহি লই যাই প্রতিদিন।
সন্তুস হইবে মন অহঙ্কার হীন ॥ ৪৩ ॥
এইমত যাত্রা করি তীর্থ ফল পাই।
তার হস্ত পদমন সংযুক্ত যে হই ॥
ইহ কালে বিদ্যা ভোগ কীর্ত্তি তিন পাই।
যদি মহানদি স্নান পথেতে যে পাই ॥
গয়াতে প্রবেশ মানি অতি হর্ষ মন।
আগে দেব গণে লাগি করিবে তর্পণ ॥
তারপরে বেদ শাখা অনুসার করি।
যথা শক্তি শ্রাদ্ধ যেবা বিধি মত করি ॥ ৪৪ ॥

আবাহণ নাকরিবে শুচি মন হয়া।
পরদিন প্রেত পর্ব্বতে গমনা করিয়া ॥
ব্রহ্ম কুণ্ডে স্নান করি দেবের তর্পণ।
প্রেত পর্ব্বতে শ্রাদ্ধ করি স্বপিণ্ড গণ ॥
দক্ষিণ মুখ যে করি জ্ঞাণ বাণ ধির।
অনন্তরে আচমন শুদ্ধ দেহ কর ॥
অগ্নি আদি সপ্ত বহির্ষদ যে তর্পণ।
তারপরে প্রার্থনা করিবে যে যতন ॥ ৪৫ ॥
দেব পিতৃগণ এই স্থানে আগমন।
আমার পিতৃয়গণ স্বগোত্র যে জন ॥
বন্ধু বান্ধব গণ মোর কুলে জাত।
তুমা শোভা কৃপা করি আসি গয়া তীর্থ ॥
মোর দত্ত এই শ্রাদ্ধ করু হও।
এইরূপে প্রার্থনা করিবে শুদ্ধ হও ॥
তারপরে পঞ্চাঙ্গ প্রনাম করিবেক।
পুণর্জন্ম রহিত হয়া পায় ব্রহ্মলোক ॥ ৪৬ ॥

---

ইহকালদা বিদ্যা ভোগ কীর্ত্তি অহুম ফংই। লম্বীদা মহানদী ফংলগা স্নান তৌগনী। গয়াতীর্থদা চংলিবনী নীংঙ্গনা হরাওজগনী। মাংদা অহানবদা লাইসিংগী তর্পণ তৌগনী। অচুগী তুংদা বেদ শাখা লাইরিককি মতুংইন্না। শক্তি ৱা শ্রাদ্ধ বিধি ইন্না তৌগনি ॥ ৪৪ ॥ আবাহন তৌরোই পুকনিং শেংগনী। অচুগী মতুং সু মতা প্রেত পর্ব্বতদা চংকনি। ব্রহ্ম কুণ্ডদা স্নান তৌদুনা লাইগী তর্পণ তৌগনী। প্রেত পর্ব্বতদা শ্রাদ্ধ তৌগনী স্বপিণ্ড পীগনি। মাই মখা ওন্না অশিংবা পণ্ডিৎনা। আচমন তৌদুনা দেহ শুদ্ধি তৌগনী। অগ্নিগী সপ্তঋষিগী তর্পন তৌগনী। প্রার্থনা তৌগনী ৪৫ ॥ দেবগণ পিতৃগণ মকম অসীদা লাকপীয়ু। ঐগী পিতৃগী কাংলুপ গোত্র পুন্নামক বন্ধু বান্ধব গণ ঐগী শাগৈদা পোকপশিং। নখোয় পুন্নমক্না কৃপা তৌবিদুনা লাকপিয়ু গয়াদা। ঐনা তৌজবা শ্রাদ্ধ অসিনা পেনবিয়ু। অসুম্না প্রার্থনা তৌগনি পুকনিং শেংনা। অচুগী তুংদা পঞ্চাঙ্গ প্রনাম তৌগনী। অসুম তৌরবদি ব্রহ্মলোক ফংলে পুনর্জ্জন্ম ওইরোই ॥ ৪৬ ॥ পিতৃ লোক্না ফংমবা মন্ত্র মথং মনাও কায়দনা শোনগনি। রাম তর্পণ তৌগনী মথং কায়দনা। পিতৃগণ দেবগণ ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা পুন্নমক। ব্রহ্মাদগী হৌনা তিন য়োনা শেনবিগনী। গয়াশিরদা পীণ্ডদান তৌগনী মীওইবনা। সপ্তগোত্র সপ্ত কুল উদ্ধার তৌগনী। শাগৈ তরেৎ কৌবদি হায়গে অহু মাতা পীতা ভগ্নি পত্নি পিতৃ স্বসা কন্যা। ৪৭ ॥ মাতৃস্বসা মখোয় অমি সপ্তপুরুষ ( শাগৈ তরেৎ ) কৌই অথাৎ মমানে মপানে মচন—মচেনে মপাগা পোকমিনবা মনেনে মমাগা পোকমিনবা

প্রাপ্তি হেতু পিতৃ গণে মন্ত্র যথাক্রোমে।
রাম তর্পণ করিবে তৃপ্ত যথা ক্রমে॥
পিতৃগণ দেবগনে ব্রহ্মাণ্ড সকল।
ব্রহ্মা হৈতে ক্ষিত আদি সৃজিল সকল॥
গয়াশীরে পিণ্ডদান করিবে মানব।
সপ্ত গোত্র শতকুল উদ্ধার করিব॥
সপ্তম পুরুষ বোলি তাহার কথন।
মাতা পিতা ভগ্নি পত্নি পিতৃ স্বসা কন্যা।৪৭।
মাত্রি স্বসা সপ্ত পুরুষ এইসব বোলে।
শত পুরুষ লক্ষণ তাহাতে কহিলে॥
পিতার চতুর্বিংশতি মাতার বিংশতি।
পত্নির ষোড়ষ ভগীনীর দ্বাদশতি।
কন্যার একাদশ পিতৃ স্বসারনবর্তি।
এবং এব কহিল মাতৃ স্বসার অষ্ট॥
দুই শত পুরুষ উদ্ধার হবে জান।
তীর্থ শ্রার্দ্ধে দ্বিগবন্ধ নাহি আবহন॥ ৪৮।
মোর গোত্র মুক্তি নাহি আর বন্ধু গণ।
একাগ্রে মন হয়া কুশের উপারণ॥
তিলদোক করিমন্ত্র পূজা করিবেণ।
তাহার উর্দ্দেশে পিণ্ড করিবেক দান॥
মাতৃ কুল লাগি বান্ধবের এক।
গর্ভ মৃত্যু লাগি এক অগ্নি দগ্ধ এক॥
অপ মৃত্যু লাগি এক আত্মা ঘাটি এক।
অরন্য মৃত্যুর একরনে মৃত্যু এক॥ ৪৯॥
এইমতে এক এক প্রদান করিবে।
মোর বংশ প্রেতজন মোচন করিবে॥
ওহে প্রভু হরি আমি গয়া আগমন।
দেব ঋষি পিতৃ ঋণ সকলি মোচন॥
আর ব্রহ্মা আদি দেবগণ সাক্ষিহন।
আমি গয়া আসি পিতৃলোক তরিগণ॥
আজি হৈতে পিতৃগণ উদ্ধার যে করি।
স্বপিণ্ড করন আমি এইমত করি।৫০॥

মন্দোন মক্সা'নমে তবেং অসি সপ্ত পুরুষ কৌই। মপাগী পুরোন ২৪×মাতাগী পুরোন ২০× মতুগী ১৬×ভগ্নিগী ১২×। কন্যাগী ১১×পিতৃ স্বসাগী ৯। মাতৃ শ্বসাগী ৮। অসুম্মা পুরোন চামা উদ্ধার ওই। তের্থদা শ্রার্দ্ধ তৌবদি দিগবন্ধ য়েংলোয় আবাহন তৌরোই॥ ৪৮। ঐগী গোত্র শাগৈ অমাসু বন্ধুশিং মুক্তি ওইত্রবা শিংগী। পুকনিং লোংদনা কুশ থারগা। তিলোদক পীদুনা মন্ত্র শোন্দুনা পূজা তৌগনী। মথোয়গী মাইগৈ লাকুনা পিণ্ডদান তৌগনী। মাতৃকুলগী অমা, বন্ধু গণগী অমা গর্ভ মৃত্যুগী অমা মৈনা চাক্কুবা শিখিবাগী অমা। অপমৃত্যুগী অমা, আত্মা ঘাটকী অমা। লমলক্তা শিবাগী অমা লান্দা শিবাগী অমা॥ ৪৯॥ অসুমনা পীণ্ড অমা অমা পীগনি। ঐগী শাগৈগী প্রেতশিং অদুগী মুক্তি ওইহনগনী। ওহে প্রভু হরি ঐ গয়াদা লাক্লে। দেবগী ঋষিগী পিতৃগী লমন কোকচরে। অমাদি ব্রহ্মানা চিংবা লাইনা সাক্ষি ওইয়ু। ঐ গয়াদা লাকুনা পিতৃলোক লানমহল্লবনী। ওসিদগী হৌমা পিতৃলোক উদ্ধার তৌরবনী স্বপিণ্ড পিরবনী॥ ৫০॥ অদুগী তুংদাদি প্রেতশিং মুক্তি ওইপ্রে ইন্দ্রদুম্ন দাসনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজে। নংগী চয়নগী অমৃত শিবিয়ু হে হরি। পুত্র ভর্যাগী শৃঙ্খলা ককথৎপীয়ু হে হরি অতোনবা অপিকপানি ঐদি গতি লৈজদে। জ্ঞান লৈতবা অপংবনী থংবিয়ু হে মুরারি॥ চণ্ডালদগী তোনবাসি ঐদি নংগী ভক্তসু থংজদে। কৃপা: সমুদ্রনি নংদি ঐবু ভক্তিদা তাহনবিয়ু॥ ৫১॥ অতোনবনী থংবিদুনা লানবিয়ু হে জনার্দ্দন। ঐগী মায়বা অতোনবা সংসারদা পোকলমলোই। ওাংলবা চয়ন

তারপরে সেই প্রেত মুক্তি লাভ করি ।
ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস শ্রীকৃষ্ণ প্রণাম করি ॥
তুমার চরন ছায়া দেহগ মুরারি ।
পুত্র ভার্য্যা শৃঙ্খ লাতে ছেদ করু হরি ॥
অধম পামর মুক্তি গতি নাহি আর ।
জ্ঞানহীন মহামূঢ় জানহ মুরারি ॥
চণ্ডাল অধিগ মুক্তি নাহি জানি তত্ত্ব ।
কৃপার সাগর মোর করহ ভগতি ॥ ৫১ ॥
ত্রাহি ত্রাহি জনার্দ্দন অধম জানিয়া ।
মোসম পতিত নাহি সংসারে জন্মিয়া ॥
রাঙতা পাদ মধুলেষ নাহি পাইলেশ ।
বিষ্ঠা গর্তে যোগ্য হই করিবার বাস ॥
ইহাজানি কৃপাকরু হে ভক্ত বাসল্য ।
পতিত পাবন নাম বিখ্যাত করিল ॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন দাস মনে সদা এই আশ ।
জন্মে জন্মে শ্রীচরন সেবা অভি লাস ॥ ৫২ ॥

ইহাশুনি যেইজন বিপদ খণ্ডন ।
স্বর্গবাস করি যেই আনন্দিত মন ॥ ৫৩ ॥
০ —। ইতিশ্রীগরুড়পুরাণ পঞ্চত্রিংশ অধ্যায়সম্পূর্ণ

০।—। ৭। ষষ্ঠত্রিংশ অধ্যায় ।—।

শ্রীনমহ নরায়ণ জগত বসল ।
জগত তারিল প্রভু সংসার শৃঙ্খিল ॥
গজেন্দ্রক রক্ষাকরি অজাগর মারি ।
সেই হেতু গজেন্দ্র মুক্ত নাম তুমারে ॥
তুমার চরন তলে কোটি নমস্কার ।
ধণ্য ধণ্য সর্ব্বথাই তুমার নামের ॥
সুত কহে মুনিগণ কর কবধান ।
পুণরপি কহিলন্ত দেব ভগবান ॥ ১ ॥
শ্রীকৃষ্ণ কহিল শুণ বিনতা নন্দন
কার্ত্তিকাদি মাসে শুক্ল পুর্ণিমার গণ ॥
বৃষোৎসর্গ কারবেক নান্দি মুখি শ্রাদ্ধ ।
ভুমি সংস্কার করি গোষ্ঠ মধ্য বিধি ॥

লৈশাননী লৈরিককি মরিক অমা কংজয়ি । বিষ্ঠা প্রতদা লৈগদবনা মতিক ওকই । অসী খং বিহুনা কৃপা তৌবিয়ু হে ভগত বৎসল । পতিত পাবন কৌবা নাম অচু জগৎনা থহৌশনু । অসী খংদুনা ইন্দ্রদ্যুম্ন দাসনা আশা তৌজে । জন্ম জন্ম খুদিংদা চরন সেবা পামজে ॥ ৫২ ॥ অসি তারগী বিপদী কোককনী । লুংতাইনা স্বর্গ বাস ওইগনী ইতি গরুড় পুরান ৫২ অধ্যায় লোয়রে

( পাংত্রবা তোল্লবা মনিনা মৈতৈলোন্না অর্থ তৌজে অরানবা পুরনক ভাকপিয়ু

( মতুং অসিদা ৩৬ শুবা অধ্যায় হৌজরে ) ভগত বৎসল ওইবা শ্রীনারায়ন খুরুমজৈ । জগৎ লানবিরিবা সেখিবিবা । শামু নীংথৌ ভাকপিখী গুল্তাইর হাত্তুনা । মরম অতুদগী গজেন্দ্র মুক্ত কৌখি । নংগী চরন্দা কৌটি নমস্কার তৌজে । নংগী নাম মকম খুদিংদা ধন্যনী ধন্যনী । সুত পণ্ডিতনা হায় হে মুনিশিং পুরিং তপথৌও । শ্রীভগবাননা হায় তাও হে বিনতা নন্দন ॥ ১ ॥ কার্ত্তিক মৈরা থাদা অকখা পুর্ণিমানা চিংবদা গোদান তৌবা নন্দি মুখি শ্রাদ্ধ তৌদুনা । ভুমি দাম যজোম শেংজবা । পুকরি কূপ তৌদুনা কৎপা বিধি য়েংদুনা । অগ্নি স্থাপন তৌবা রারেন ছুম্বা । ব্রাহ্মননা স্বস্তিবাচক তৌবিবা । ব্রাহ্মনদা অর্দ্ধ রাজ্য কৎথোকপা ॥ ২ ॥ প্রথমেনা হোবা মন্ত্র খিগনী । দেবতা অজ স্পর্শ তৌজবা । অগ্নি রুদ্র পশুপতি উগ্রশিব খংও । অসি হায়দুনা হোম ১ কৎকনী । ( পিইক ) তিলচুর্ন থোয়দিং মকুপনা হোম পীগনি । অতুগী তুংদা ( পায়সচরু ) চেংগা যজেংগা থোংবা চরু কৌই অহু শেমগনী । শিষ্টি কৃৎ হারদুনা অমুক্তং হোম পীগনি ৩ ।

বাপি কুপ অথবা তাহার বিধান
অগ্নি স্থাপণ করি বিধান যতন ॥
ব্রাহ্মণের স্বস্তিবাচকাদি কত করি।
ব্রাহ্মণের অর্দ্ধ রাজ্য প্রদাণ যে করি ॥ ২ ॥
প্রথমে ইত্যাদি মন্ত্র কতেক যে করি।
পরস করিয়া অঙ্গ দেবতা যে করি।
হোম করি দেবগণ করিল পূজণ।
অগ্নি রূদ্র পশুপতি উগ্রশিব জাণ ॥
ইবোলিয়া ইহাদের এক হোম করি।
পিষ্টক করিয়া হোম যত্তণ যে করি।
তার পরে পায়ষ চরু যেই মত করি।
একবার শিষ্টি কৃৎ যেই হোম করি ॥ ৩ ॥
পরে মহা ব্যাত্তি হোম প্রায়চিত্ত হোম।
তারপরে করিবেক প্রজাপতি হোম।
সংশ্রাব প্রশান প্রনিতা মোক্ষণ করি।
তারপরে ব্রাহ্মণের দক্ষিণা যে করি ॥
অচ্ছিদ্র কারন রুদ্র সুক্ত জপ করি।
ইহা করি প্রেত মুক্ত হইবেক তারে।

একবর্ন বৃষ এক গাভী করি স্নাণ।
অলঙ্কার বিভুষিত উর্ষর্গ কারন ॥ ৪ ॥
ইহা করি প্রেত মুক্তি পাইল যখণ।
বৃষের পুচ্ছেরে জল করিবে অর্পণ ॥
ব্রাহ্মণ ভুজন করি দক্ষিনা যে করি।
সন্তুষ করাই বিপ্র প্রাথনা যে করি।
তারপরে যথা বিধি এক দৃষ্টী করি।
এক দৃষ্ট শ্রাদ্ধ আরম্ভ যতণ করি ॥
এক বৃষ্ট শ্রাদ্ধ তার লক্ষণ যেই কহি।
দ্বাদশাহে শ্রাদ্ধ করি এক দৃষ্ট কহে ॥ ৫ ॥
দ্বাদশাহে প্রেতের নরকে ত্রান জণ্য।
অন্নজল দাণ করি তরি প্রেত জন ॥
একবর্ষ পুর্ন করি মাস মাস দাণ।
পৃথক পৃথক অন্নজল করি দান ॥
এরূপ করিয়া প্রেত মুক্তি পদ পাই।
এইত কহিল প্রেত মুক্তির উপাই ॥
শুনিলে এসবতত্ত প্রেতের লক্ষণ ॥
দান ধর্ম্ম নিষ্ঠা হৈল পাপের মোচন ॥ ৬ ॥

মতুংদা মহা ব্যাত্তি হোম পীগনি প্রায়শ্চিত্ত হোম পীগনী। মতুংদা প্রজাপতি হোম পীগনী। সংশ্রাব, প্রশান, প্রনিতা, মোক্ষন মন্ত্র অসি তৌগনী। অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণ দক্ষিনা তৌগনী। ছিদ্র লৈতনা "রুদ্র সুক্ত" মন্ত্র জপ তৌগনী। অসুম তৌদুনা প্রেত মুক্ত ওইহনগনী। মচু তিন্নবা যনলাবা অমা অমোম অমা স্নান তৌহনা। অলঙ্কারনা লৈতেংহনা সংকল্প তৌহনা গোদান তৌগনী ॥ ৪ ॥ অসি তৌরগা প্রেত মুক্তি ওইরে মতম অদুদা। যনগী মরৈদা ইশিং হৈগনী। ব্রাহ্মণ ভুজন তৌগনী দক্ষিনা তৌগনী। প্রার্থনা তৌদুনা পেলহনগনী। অদুগী তুংদা বিধি কায়দনা মিৎযেং হোংদনা। মিংয়েং হোংদনা যত্ন তৌনা শ্রাদ্ধ হৌগৎকনী। এক দৃষ্ট শ্রাদ্ধগী রা হায়গে। ১২ নিদা শ্রাদ্ধ তৌবা একদৃষ্ট শ্রাদ্ধ কৌই ॥ ৫ ॥ দ্বাদশাহদা প্রেতগী নরোক তাদনবাগীদমক। অন্নজল দান তৌরগা প্রেত অদু লাল্লি। চহি অমা কানা থাথা খুদিংগী অন্ন জল দান তৌগনী। তোপ্পা (২) অন্নজল দান তৌগনী। অসুম তৌরগা প্রেত অদু মুক্তি ফংই। প্রেতগী মুক্তি ওইনবা উপায় হায়রবা অসীনি। প্রেতগী অয়াম্বা তত্বগী লক্ষন তারবা। দান ধর্ম্মদা নিষ্টা ওইরগা পাপ কোকই ॥ ৬ ॥ গ্রন্থকারনা হায় হে ননাই চানহৈবা হে প্রভু থৌজাম্না সমুদ্রগুম্বা। নংগী কৃপানা সংশারদগী লামবা নংগী চরন্দা প্রেম ভক্তি লৈহনবিয়ু।

